ꯅꯤꯡꯇꯝꯕꯒꯤ ꯃꯃꯜ

# নীংতম্বগী মমল




অইবী ঃ বরকন্যা

এমঃ এসঃ পব্লিকেসন
পাউনা বাজার, ইম্ফাল

(NINGTAMBAGI MAMAL, a collection of twenty Manipuri short stories written by *M. Borkanya,* Published by *M.S. Publication)*

ফোঙবা ঃ ২০০৭






কোপী ঃ ৫০০

মমল ঃ লুঃ ৯০.০০



কোভর দিজাইন ঃ থোইদিংজম তোম্বী

নম্ফম ঃ সোফিয়া প্রিন্টর্স, লম্লোং বাজার, খাঙবোক

# ৱাহৈ খরদং

ইনিংবগী ঈথিল লাকপা হায়বসি লায়না অমনি। মসিদগী নাম্থোকপা ইঙম ঙমদে। অসিগুম্বা মীৎকুপ মীৎকুপ্ত, ওইখিবনি ঐগী শৈরেং, ৱারীমচা, উপন্যাস মেমোৱা এসেনচিংবশিং অসি।

জিপি কলেজ মেগাজিন্দা ৱারীমচা খরা হাপখি। ৱারী মচা তরামুকসু ( ঐনা নর্সেস হোস্টেল, সনা কৈথেল লম্ফেলদা লৈরিঙৈ ইখিবশিং ) মরূপ মপাংশিংনা মথং মথং লান্ন লান্নদুনা পাখিবদগী মথোঙ খঙদনা মাঙখ্রে। মাঙহৌদবা খরগা অনৌবা খরগা পূন্সিন্নরগা লাইরিক অসি মণিপুরী সাহিত্যদা খূদোল তমজবনি। ঐনা ইজরিবা থিমশিং অসি ঙসিদি চজীক তাদুনা কনানসু হন্না য়েংনীংলরোইদ্রা হায়বগী নুংনাংবা অমদি ফাওই অদুবু ৱানা ইজরুবনিনা মাঙহনবসু পাম্মুই অদুনা মীৎ চেজেৎ উইশিন্দুনা ঐনা ঙসি পুথোকচরি। তশেংনমক্তি ৱারীমচা ইবগী কলা অসিসু য়াম্না লুবা কলা অমনি। মসিদা মায় পাক্লা খূৎ থাববা অইবা অইবীশিংনা মণিপুরী সাহিত্যগী পুক্কে চোলহল্লক্লবনি। মখোয়গী লৈশক লৈচু হেল্লবা লৈচলশিংগী লক্তা ঐগী খূদোলসিদি ইচম চম্বা লৈচু অমদি লৈনম য়াওদ্রবা মনারৈগুম্বনি। লাইরিক অসিদা য়াওরিবা ৱারী মচা "পাথবী কোমগী মচুম" হায়বসি ইং ১৯৮০-৮১ দা এ.আই.আরগী লৈকোলগী থৌরমদা পাথোকখ্রবা ৱারীমচানি। মিংথোল অসিনা মতমদুদা ঐগী মরূপ শক্লাইরবা ক্রিতিক ইবোসনা য়াম্বেম্না থোনবীখিবনি। ৱাবীমচা খবনা ৱাখল (অথোনবা সনারৈ) ঋতু (নাপল) অমসুং কুমগী নোংহৌ (নিংঙাই, লৈয়োনবী. য়েন্নীংথা অমুক লাকপদা) দেলি পেপর পোক্লফম (সুইসাইদ নোট, লোম্থোক্তবা থৌদুনূং) অসিনচিংবশিংদা হাপখ্রে। মখোয় অসিবু নৌনা অমুক খোমজিঞ্জদুনা লাইবিকসিদা হাপ্পা যাহনবীবগীদমক তৌবীমল খঙবা ঊৎচরি।

অদুগা হায়জনীংবা অমনা ঐগী লাইরিক অসিবু ফোঙবগী থৌদাং লৌবীরিবা এমঃ এসঃ পব্লিকেসনগী মফমদসু শিংঙম্লরোইদবা লমন তোন্সিঞ্জরে। লাইরিক অমনা মী চাম্মা পানবা লাইরিক লৈবগী পাবগী হৈনবী নেম্না লৈবা লমদমসিদা শেন্দোংগী ৱাখল যাওদনা পব্লিশব ওইবীগনি হায়না চোংথোরক্লিবা অসিমক ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচরি। মহাক্লুম্বা থৌনাফবা মীশক খরা য়াম্না চোংথোরক্লবদি ঐখোয় অইবশিংগী লাইরিক ফোঙবগী পোৎলূমদুমদি থাংথরনি। মগুন লৈবা লাইরিক কয়াসু অইবশিংদগী মশীং য়াম্না ফংলগনি হায়না খল্লী। ঐগুম্না ইরগা ফোঙবা ঙমদদুনা নমশীন্দুনা থম্বা কয়া অমসু শোয়দনা লৈরমখিগনি। অচিনবা কয়া কাইথোক্লুনা লাইরিক অসিগী মখূমগী লাই য়েকপীরকপা ইকাই খুম্নজরবা ওজা শ্রী থোইদিংজম তোম্বী, লাইরিক অসিবু তাইপ সেত্তিং তৌবীবা সঞ্জোয় শোইবম, সোফিয়া প্রেসকী প্রোপাইটর এলঃ ইবোচাউবা সিংহ অমসুং প্রেস অসিগী ইচিন্ ইনাও পুম্নমক্কী মফমদসু তৌবীমল খঙবা ঊৎচরি।

এমঃ বরকন্যা

## মনুংদা করি

# নীংতম্বগী মমল

অয়ুক্কী পুং ৩ তাখ্রে। অমম অঙান শিন্নবগী লংদাইসিদা থীরবা মুরবা অমম্বগী পেন্নায়দ্রবা খয়াৎনা অমুক্তুংদগা অরোয়বা খুথাদা অতিয়া মালেম অনীমকপু পূময়োৎ য়োৎশিল্লগে মতাগুম লাওনা কাথোক্লুনা ঙাইহিরি। থাগী নুংশিৎ নামিবনা নঙগী মতম লোইরে, হৌজিক ঐখোইগী মতম্লি, ইকায়খঙদবা নতৌদু থাদোক্লো হায়বা ইংগিৎকা লোয়ননা তনৌরবী খুৎশাশিংনা অমম্বা মপৈবু তপ্লা তপ্লা ইম্থোরক্লে। হৈনম লৈনমগী ফীগাও চোন্না পুবকপা খুদোলশিংদু অহাঙবদা শরা শন্না চাইথোক্লদুনা চান্নজবী মতাবোই চীংখৈ লাইরেম্বীনা জগোয় খুথেক তম্লকপা, অনৌবা আশাগী লৈ-চন্দোল চাইরকপবু খৌরাংনা ঙাইদুনা লৈবক্লে। নুমিৎ খুদিং মতম অসিমক্তদনি ষন পোৎপা অনীদু লেংঙম শাঙমদনা নিযু কছার রোদতা হেক হেক লাক্লিবা। মখোয়গী মঙকশমশিংদা শিরিবা শরীকশিংগী ক্রিং- ক্রিং লাউবা মখোনগা, কে -- কে লাউবা মখোন থোকহন্দুনা মল্লবা ষনগারী চাকানা কোইলাস থারবা শডক্তা তকপগী মখোলনা অচীকপদা পূম্লিল নিল্লি। মখোয়না লাক্লিবদু কোইলাস থাগদবগী চাইখাইদুনা থল্লিবা শজিরোক্কী লম্বী লাম্থোক্লুনা শীজিন্নবমখৈ শীজিন্নবীরগা নোংমতা অতেক অকায় শেমজীন শাজিনবীদবনা শকফম ওল্লক্লবা ষনগাড়ী অমনবা অদু মরেংজুমদা পুদুনা কুদ্রুক কদ্রাকপা লম্বী কয়া লান্দুনা নোংমনা খুম্বোংদগী, নোংমনা ঙাইরাংবমদগী, নোংমনা অৱাং খুনৌদগী, নোংমনা সঙাইথেলদগী ফৌ, চেক, নুং লৈঙোই পীক - পীক থন্না হাপ্তুনা ইম্ফাল তম্লা লাক্লিবনি। কুইনা শেমজিনবীদ্রবা খুঙ্গংগী লম্বীশিংগী লৈকুৎ কোমকুৎ ময়াম লান্নবা হোৎনবদা চোকথরবা মখোঙশিংনা চৈঙাক ওইদুনা মথক্তা পুরিবা পোৎলূমশিংদু পুনবা হোৎনবদা মখোঙশিংদু ফৈরেং তুরেং থাংবদুনা মঙম শাল্লক্লবদা মখোয়গী মথক্তা তোংলিবা মপু অমুবনা শাজৈনা নময়াঙদা হুইস হুইস থারকপদুনা মমীৎ মনা খংশিং খংশিং শিংহন্দুনা ময়াঙলেন থেক্তোক থেক্তোক্লুনা মখোয়গী পম্বুংফম য়ৌনবা লাকখিবমক্তনি। অমুবদি অফং অফংবা পোৎ-চৈ পুদুনা কারবার তৌবা মীওইনি।

মপানা থম্বীরম্বা লৌ-শিং খরদুনা হিংনবদা ৱারক্লদুনা মদু য়োম্থোক্লগা ষন পোৎপাসিমগা ষনগাড়ী অমনবা অমগা লৌদুনা পোৎ-চৈ পুথোক পুশিন তৌদুনা কারবার তৌরক্লিবসি চহী মঙা ফারক্লে। তেল্লবা মপুন্সিনা শাংলবা চহী মঙাগী মতমসি মংগেবা কোনাবা ষনপোৎপা অনীসিনা মপুগী ফনবতা হোৎনদুনা পোৎলূম পুনা পুনা শাজৈ চাদুনা লাক্লি। শাজৈ খুনোৎ খুদিংগী থাদরম্বা মথীনা মরায়বক থীরবা মরুপ অনীসিগী তুংগী পুন্সিগী লীক্লম শেমহৌরি। মরোল থোক্তবগী হৌনশা নোংমত্তা মখোয় অনীনা ৱাকৎ অমত্তসু থাংগৎখিদে মখোয়বু লোইরিবা অমুবগী মফমদা থাংগৎলুদুনা করিবু কান্নগনী? ৱাদুনা নিংঙাই খজিক্তং তৌরুবদা মিনুংশি মরীক অমত্তা পক্তনা ফুবীখিবমক্তনি। চ্যেক, নুং, লৈঙোই, ফৌগী কারবারদুনা পেল্লক্ত্রদুনা মদুগী মথক্তা অমুবনা ৱাগী কারবার অমসু হাপচিল্লম্মী। শনৈবী য়াঙ্খ্রেগী অরূম্বা মথক্তা ষনগারী অমনবা অদুগা মশাগী অরূম্বগা তিনশিল্লদুনা মখোয় অনীগী মথক্তা ফল্লিবা অমুবনা মমীৎ উইথদুনা পারি "শনৈবী অমগী মমল লুপা কুনমঙা, য়াঙ্খ্রেগী মমল লুপা লীশিং অমা চনী য়াঙ্খ্রে। লৌরকপগী মমলনা অমদা লুপা কুন, পুল্লপ্পা লুপা লীশিং অমা। শেন্দোংনা চনী য়াঙ্খ্রে চাকচমাঙ অমদা ফংগদৌরিবনি। অসুম্না লেপ্তুনা ফংলবদি শেন্দোং তনা থা অমদা লুপা লীশিং তরেৎ চামঙা। মসিগী মথক্তা নুংথিলগী মতমদা অফং - অফংবা পুগদৌরিবা চেক, নুং, লৌঙোইনচিংবগী শেন্দোংশিংগা তিনশিল্লবদি গোবর্নমেন্টকী তলব চাবা মীশক অমদগীদি তাররোই। ঐগী আইনদুম হেল্লগনি।" মী খ্বাইনা ৱা কুম্মু নিফু খোঙচৎ অমুক্তা পুনবদু মহাক্লা য়াঙ্খ্রে পুরি। শেন্দোংগী ৱাখলনা লৈশৌ তিলগুম মতম পুম্নমক্তা মহাক্কী মকোক মনুংদা লেঙ লেঙ চৎলি। য়ারবদি শনৈবী চাম্মা ফাওবা হাপ্পীংলিবনি। নুংঙাইরবা ৱাখলগী দোলান কয়া শাগত্তুনা অমুবনা নোংঙাল্লমদাই খুদিং নোংমনা কৈথেলমানবীদগী, নোংমনা শঙাইথেলদগী, নোংমনা হৈক্রুজমদগী অফং অফংবা ৱা লৌদুনা ইম্ফাল তম্না লাক্লি। মংগেবগা কোনাবগা ষন পোৎবা অনীদুদি মীৎকুপ অমত্তা অশংবা অতিয়াগী মচু উবা ফংজদে। লৌবুক্কী হানৌ য়াতোন তংবা ফংজদে। মশাগী পুন্সিগী মরমদা খল্লুবা শংজদে। পোৎলুম পুদবা মতমদা ষনগোম্দা ফাজিন্দুনা মপুনা লোনবা দানা অমদি চরূ অককপা চাদুনা মখোয়গী নোংমগী থৌদাং পুবা ঙম্নবা হোৎনরি।

পোৎলুম পুনা পুনা নময়াঙদা শাজৈ থারকপা মীৎকুপ্তা মখোয় অনীনা হৎনীংবগুম তৌই, 'ঐখোয়গী পম্থুং কয়াম ৱাৎলি' অদুবু লোম্থোক্তবা অনীদু মঙম শান্দ্রবা মীৎয়েংশিংদুনা তাল্লবা লম্বীদা য়েংজবনা ফুইরবা নুংশাশ্বরশিংদুগী, চৈনাশিংদুগী তাইনফম ওইরি।

নুমিৎ খুদীং ষন পোৎপা অনীদুনা মহারানী থোংখোঙ মপা য়ৌরকপদা লম্বীদা নীংঙাইদনা শগুপ শায়দুনা কুন্দুনা লৈরম্বা কৈথেল কাও অচৌবা অমনা মমীৎ মনা চপ য়ুংখত্তুনা ফুক হৌগৎলগা ষনগারী অদুগী মমাঙদা লেপ্তুনা মমীৎ অনী অদুনা মংগেবা অমদি কোনাবদা চাগদবগুম য়েংদুনা লম্বী হেক হেক থৎলি। মহাক্কী মীৎয়েংদুনা হায়বগুম তৌরি 'তেনখ্রবা অদুগা মমল নাইদ্রবা নপুন্সিবু কারিগীদমক তৌবীমল খঙদ্রশিংগীদমক পোম্থা ওইরিবনো? থৱায় পানবা ওইনা পোক্লগা করিগী নীংতম্বগী মমল খঙনবা হোৎনদ্রিবনো'?' চীংদুমগুম্লবা কৈথেল কাও অদুগী মতৌদুদা কিরবা ষণ পোৎপা অনীদুনা মনমদা পুরিবা ৱাশিংদুগী অকম্বা কাউথোক্তুনা থক থক নীক্লা হেক হেক লেপ্লী । অমুবনা চৈ শীংলদুনা কৈথেল কাওদুবু হেক হেক তাম্থোক্লম্মী।

নোংমদি পোৎলুম পুদুনা লাকপা কোনাবগী মখোঙ খুমাঙ অনীদু থাংবা ঙমদদুনা মফমদুগী শড়ক্তা কুম্থখিরম্মী। অমুবনা শাজৈ কয়ারক থারবসু মচী লেঙহনবা ঙম্লমদে। থোং মান্নদ্রবদুদদি অরূম্বদু মথন্তনা পুদুনা লেপ্লা ঙম্লক্ত্রদুনা মংগেবসু শড়ক্তা খংতু তুশিল্লক্লে। অমুবদু ষণ গাড়ী মথক্তগী ওম্থগে তৌরে। মহাক উপাই লৈত্রদুনা ষনগাড়ীদগী কূমথরক্লে। থৌদোক অদু উবদা শাউরবা কৈথেল কাওদু ফী ফী কাল্লদুনা মমৈ থেক্কৎ মমীৎ-মনা চপ য়ুংলদুনা হোৎচিল্লক্লে।অমুবসু মহাক্কী অশাওবা খুদিং কাওদুদা তাইনদুনা শাজৈ তাপ পায়খত্তুনা মহাক্কী নময়াঙদা কন্থরকই। চৈনা ফংলবদা মমীৎ ঈ কারবা কাওদুনা অমুবদা চোংশিন্দুনা মকোক্লা কোইলাস থারবা শড়ক্কা পান্ননা অমুবগী মথবাক্তা গৃ গৃ নমশিল্লকই। অমুবা লোংনা তাখ্রে। কাওদুসু হন্দোক্তনা লৈজবী থৌনা পুম্নমক শীজিন্নদুনা মথবাক্তা মকোক্লা নমদুনা ৱাইখায়রক্লে। লোংদা তারিবা অমুবগী মমীৎ অনীমক চেঙকুপ শীজিল্লকপদগী মমৈথঙদা পুম্মম মমশিনখ্রে। মতমদুদা নোংপোক থংবা অতিয়াদা চীংখৈ লাইরেম্বীনা মঙালগী ফীদুপ চীংথোকপা হৌরক্লে। অমম অঙাল অনীগী লংদাইশিদা অমুবনা মঙওই হাওই উরকই মহাক্কী মংগেবা অমসুং

কোনাবা অনীদু লৌবুক্কী হানৌ মরক্তা কোয়চৎ চৎত্তুনা হানৌ চারি। মথংগী মীৎকুপ্তুনা অমুক মখোয় অনীবু ফাজিন্দুনা শনৈবী গাড়ী মপোৎ অমা পীকথন্না হাপচিল্লগা শাজে থা থাদুনা কুদ্রক কদ্রাকপা খুঙ্গংগী লম্বীদা পুহন্দুনা থৌরি । মথংগী মীৎকুপ্তা অমুক উরকই, কৈথেল কাওদু পোৎলক্কী হংগাম, কোবী শ্রো শ্রো লাক্লা চিংথোক্কুনা চারি। মাবু উবদা মচেৎ মচেৎ থোক্লা নেৎখায়রগে মতাগুম মমীৎ মনা চপ যুংখত্তুনা খুমাং হোৎলদুনা চেন্সিল্লক্লে। মমৈথঙদদি অমুবনা উরে,মঙোন তম্লা হোৎচিল্লক্লিবদু কৈথেল কাও নত্তে মহাক্কী মংগেবা অমসুং কোনাবনি। অমুবদু জ্ঞান তাদনা শড়ক্কী কোইলাস মথক্তা লোংদা তারি। মহাক্কী মচীন অমসুং মনাতোন্দগী ঈ লেপ্তুনা চেন্থরক্লিবদু অয়ুক্কী কোরৌ মশেক্লা অমুক্তা য়েংহৌগে মতাগুম তপ্না তপ্না নোংমাইজিং চীংগী নাপোমদগী লীৎখৎলক্লে ।

২৭/১২/২০০৬

# লোম্হোক্তবা থৌদুনুঃ

তাইবংপানদা লৈরিবা পোৎ খুদিংমকপু ঐনা শোইনাইবগুম উই। শেন্বীবা মহাকপুসু শোইনাইবগুম উই। নত্তবদি ঐগুম্বা কয়াবু করিগীদমক শেন্বীরম্লি? মহাক্কী সুম্মৎপা শক্লোনশিংবুদি মশক খঙহল্লগা করিগী মহাক্কী খোঞ্জেলবুদি তাহন্দ্রিবা? করিগী মহাক্কী মগুনবুদি শকচবা শোঞ্জবা ঙমহন্দ্রিবা? ঙসিদি খঙলক্লে তাইবংপানসিদা ঐগুম্বা কয়া কয়া লৈরি। ঐঙোন্দগী হেন্না লাইবকথীবশিংসু লৈরি। অদুবু ঐনা হংনীংবা অমত্তংদি করিগীনো মহাক্কী খুৎশেমদা অসুম্না মীচঙ মীখায় নাইরিবা? লৈপাল অমদা শাৎলিবা লৈশিংসে অমগা অমগা মান্নহন্দে, খরনা শোইরোম্মী খবনা লৈকা ফন্না শাৎলি। খরনা পোল্লিঙৈ মতমদা তমথীবা তীন্না চীকথক্তুনা লৈখোঙদা মচোই মচোই তাহনখি চোইজাইনরবী লৈনাশিংগা লোয়ননা পোল্লিবা মখোয়গী পোল্লিবা পুন্সিগী মঙলানশিং। হৈপালগী হৈরাঙশিংসু অদুমঙায় হৈজিং ফাদ্রিঙৈ খরবুনা খীকথখি তমথীবা লেন্না, নুংশিৎনা অদুগা নোংজুনা। খরনা সুংগ্রং মাংগ্রং পাল্লি। ৱানা ফেৎ ফেৎ হাইনা খাঙই মহৌশাগী অকনবা চৈথেংদা। ফনা কুইরে খুদিংমকসি য়েংদুনা মসিগী মরমদা ৱাখল খন্দুনা লাকপা। অদুবু নোংমা পুন্সিগী মীৎকুপ অমদা ঐনা খঙলকপগুম তৌখি ঐনা থিরিবা ৱাহংগী পাউখুম। খঞ্জখি ঐহাক অসিসু লাইবক ফবশিংগী মনুংদা অমনি। ঐগী পুন্সিগী অহানবা মীৎপাঙমক্তদা নঙনা ঐগী নাক্তা লেপ্পখি, মথং মথং শ্বতু মাইখুম হাইদোক্তুনা পোম্লম্বদগী পোমশাৎনবী অদুদগী ফৃগাইরবী লৈরাং ওইনা। নঙ ঐ চীংয়াগী খুঙ্গং অমদা চাউমিন্নরকপনি। নখোয়গী ইমা ববানা ঐগা নঙগা তিন্নবদা মীৎ শুকখিবদু অথীবা ৱাহৈনা ঐবু চৈ থাংখিবদু করিগীনো হায়বা ঐনা খঙখিদ্রবসু নঙগী থম্মোয়গী মমি মায়থোংদা তাখিবদুমদি ঐনা তশেং তশেং উখি। নোংমসু ঐখোয় অনী চৈতেক কোৎপী শান্নরিঙৈ নখোয়গী ইমানা নোংলৈ নুংশিৎকুম ফ্রং লাক্লগা নঙগী শাগল লাক্তুনা চিংথোকখি। অদুগা মখুৎও মশা ও ঐগী মীৎ কোৎকদবমখৈ ঙাঙলম্লগা নঙবু চিংদুনা পুখি। চিংবদা নত্তে ঐগী খুৎনা পায়রিবা চৈতেক কোৎনবা অশাঙবা চৈদু মুল্লগা নঙগী নময়াঙদা অনী অহুম্লক চিংখি। নুমিত্তু নঙনা কপ্পুনা চৎখি। ঐনা কিবগা থৱায় নুংঙাইতবগা য়ান্নদুনা থৌদোক্তুবু

য়েংদুনা লৈহৌখি। ঐনা খনখি নুমিত্তুগী মতূংদা নঙ অমুক হন্না ঐগী নাক্তা লাক্লরোই অদুবু লাকখি, নুংতিগী লাকখি, হরাও তয়াম্না করিগুম্বা মমি অমত্তনা খঞ্জিন্দবী তরু তরুবী অতিয়াগুম। নঙগা লোয়ননা শান্নবদু কয়াদা নুংঙাইখিবা ! চানি থক্লি খঙখিদে, য়ুমদা হাঞ্জিনগনি হায়বসু খঙখিদে। ঐদি লায়রবা ইমুংগী নুপামচানি। ইমানা ঐবু চেকশিন্না য়েংশিনবা ঙমখিদে। লৈত লায়রা থিবা কোয়না চৎলি। মতম মতমগী শিন থিবদা য়ূমদা লৈবা ফংজখিদে অদুগা ববানা অয়াম্বা মতম লংফৈন্দা লৈখি। অহীং অহীংখক্তং ইমানা মহাক্কী নুংশিবা পুন্নমক নায়তোম পোকচবা ঐঙোন্দা হৈজিন্দুনা কোনবীখি। অসুম্না ঐগী মঙলান তাইবঙ অনীমক নঙ অমদি ইমাগী শক্তম্না থনখি। অদুদগী খঙহৌদনা য়ৌরকখি য়েন্নীংথাগী অয়ুক, হৈখা মপাল, মালহৈ মপাল অদুগা চুম্ব্রে মপালগী মচুনা ঈথক হৌহল্লবা, হেনৌ মপালগী মনম্না চাইথোক্লবা মালেম। মতমদুদনি নঙ ঐ পূন্না খুঙ্গংগী চীঙয়াদা পাৎপান্দা হেক হেক চীক্লা ফম্লি ন্নখিবদো। পীক্লবা লৈতুম মচা মচা পাৎকী ঈশিংদা লংথরগা নঙগী নখুৎশানা ঈংগিৎ তৌদুনা হায়খিবদো "ঈথক অসে নঙগী থম্মোয়দদি হৌদবরা," ইঙক ঙক্লা ঐনা নঙবু য়েংখি। ঐনা মীৎকুপ্তুদা খঙখি ঐদি হকচাংগী ফীবমদা নত্তে পুক্লিংগী ফীভমসু শোইনাইবা মীশক্লি। অদুননি ঐনা নঙগী ৱাহংগী পাউখুম থিফম খঙদনা লৈখ্রিবা। নঙনা মোমোন নোক্লা ঐবু তুমিন য়েংদুনা লৈখি। মীনোক অদুনা শক্তম অদুনা ঐগী থম্মোয়বুসু ঈথক হৌহনখি।

নোংমনা কদায়দগীনো পোমশাৎনবী তখেল্লৈহাউ অমা পুবরক্লগা নঙনা ঐগী লুমাঙগী শমদা থেৎপীখি অদুগা ঐগী খজাই অনীমক্তা নঙগী খুবাম অনীদুনা চপশিল্লগা ইংগিৎ তৌদুনা হায়খি

— নঙদি নশক য়াম্না ফজে। ঐদি নঙগুম্না ফজরমদৌবা মান্দে।

— নঙনা ঐঙোন্দগী অমুক হেন্না ফজে। ঐনা ইংগিৎ তৌদুনা খুমখি।

— ফজবা করিনো খঙব্রনে নঙবো? নঙদি অঙাংগা চপ মান্নে।

— ঐদি অঙাং নত্রে। নঙোন্দগী হেন্না ৱাংলিসিদি।

নুমিত্তুদা নঙনা ঐবু অঙাওবা হায়না নুংশিনা চৈখি। অদুগা থিংবা লাকপা ঙমদনা নহাক্লা নিংশিং নিংশিং নোকখি। ঐসু মথোঙ খঙদনা নোকখি।

— অঙাওবা হায়বদি করিনো?

— 'খঙদে'। ঐনা ঙক হাইখি। অদুদা নঙনা মতৌ তমদুনা ঐখোয় খুনগী ফিভম

চাদবা, ঐনসু য়াম্না কিজবা, মফি মরোল জুৎ চানা শেত্তবা, মকোক মরু ইচাও চাউবা, চোং চোংদুনা চৎপা নুপা অমবু তাকখি অদুগা ঐবুসু মহাক্না মান্নে হায়খি। ঐনা শাউমনখিদুনা নঙবু ফূগে তান্নখি। নঙনা নোক নোক্তুনা চেনখি।

নোংমা ইমানা ঐবু ৱাশানা কনখি। মখুৎ পেন্নবা ফূখি। মদু করিগীনো'? নঙগা তিন্নবগীনি। ইমানা ঐবু চৈখিবদু 'নঙগুম্বা শোইরোম্বা মীমান্নদবা নঙনা করিগী মীগী মচানুপীগা তিন্নরুরি? তাইবংপানবগী চৎনবীসু খঙদবা, পাখঙ ফারে হায়বসু খঙদবা নঙদি তুমিন্না য়ুমদা লৈগদবনি, কনাগসু তিন্নরোইদবনী' হায়বা ওইরমাল্লে। ঙাঙনা ঙাঙনা মহাক্কী মীৎত্তগী পি শিম্থুরকখি। থম্মোয় শোক্লা কপখি। ঐসু কপখি। ইমানা ফুবগী চৈনাদু ঐহাক খাঙবা ঙমখি। মহাক্লা পি শিম্থুবদুদি ঐ খাঙবা ঙমখিদে। মহাক্লা ঐগী নমগলদা তারিবা চৈফমদুদা মখুৎনা নাল্লগা ঐবু থেমজিনখি -'মীগী মচা অমত্তগা তিন্নরুগনু। মিরাগী মমানা ঐবু থীনা চৈরকই। পাখং ফারক্লবদি লৈশাবীগা তিন্নবা য়াদ্রে। অদুগীসু মথক্তা নঙদি মীমান্নবসু নত্তেদো।'

ঐনা ইথস্তা খনখি - 'মীমান্নদবা হায়বসি করিনো ? মখোয়গা ঐগা করিদা খেন্নরিবনো?' খেন্নবগী চৈখৈ অদুতদি ঐনা থিবা ফংলমদে অদুবু ৱারৌবদি পোকখি -'য়ুমদগী কদায়দসু চৎলরোই কনাগসু তিন্নররোই। অদুবু মিরাদি?' থম্মোয়না হংখি 'মিরাদি?' নঙগী ৱাখল খল্লুবদা থম্মোয়সিদা ঈথক ঈপোম চাম্মা হৌরকখি অদুবু মদুনা ঐগী ৱাবৌবা অদুবু নক্ষৎপদি ঙল্লমদে। থৌদোকসিগী মতুং নোংমা ইম্ফালদা হোংগত্তুনা লৈখিবা ঐগী মামতোন লাকখি। মহাক্লা ইমাদা হায়দুনা ঐবু ইম্ফালদা পুখি। মদু ঐগী লাইরিক তম্নবগীদমক্তনি। চৎলমদাইদা নঙবু নীংশিংখি। খঙহৌদনা মীৎলুদা পিনা থূক্ষৎলকখি। ঐঙোন্দা মীৎকুপ্তুদা ফাওখিবদো নঙনা নোংমা পাৎকী ঈশিংদা লৈতূম লংথরগা হায়খিবশিংদুরা? নুমিত্তুদা হৌখিবা ঈশিংগী ঈপোমশিংদো খুদক্তুদা ঐগী থম্মোয়দসু হৌরবগুম তৌখি। মশক খঙদবা ঈরাউখোন্না নিনবগুম তৌখি। মদুরা লোন -থোকপশিংনা খোঞ্জেল কৌরিবদো?

ইম্ফালদা মতম খরা লৈবদু ঐহাক খাঙফম খঙখিদে। মহৌশাগী শক্লোন খুদিংমক্লা নঙবু নীংশিংবগী ঈনোৎ হাপখি। ননাক্তা ঐনা লৈরিঙৈ থাবল ফবী অহিংনা ঐবু কয়াদা লাঙতক্লহনখিবা! ময়াই কাহনখিবা ! নঙগা তাম্নরবা মীৎকুপ্তুদদি মৈরীগুম থম্মোয়বু চাকথেকপা হৌরকখি। অসুম্না লৈচিল, নোং,

লৈ-শু, উচেক ৱায়া পুম্নমক ঐঙোন্দা চৈনা পীবমক্তা ওইখি। ঐনা লাইরিক ইবা হৈরবা মতমদা নঙোন্দা পাউ কয়া তম্লিংখি। নঙগী মরমদসু খঙনিংখি অদুবু পীক্লবা ৱারৌবা অমগী ফীজিনা থুংবোই থুংদবোই খনজিন্দুনা ঐনা মতম লেনখি। ৱারৌখিবদো কনাদসু নত্তে, ঐগী নোংদম থীবা মপোকসিদনি। ঐনা লাইরিক তম্বা লোইদুনা য়ুমদা হল্লকখিবা নুমিত্তুদনি, নুমিত্তুগী নুমিদাংৱাইরমদনি নঙনা ঐগী থম্মোয়গী নিংঙাই পুম্নমক মায়থীবা পীদুনা ঐগী খুৎ পায়দুনা ঐখোয় অনীগী ফম্ফম চীংয়াগী পাৎপান্দা চিংদুনা পুখিবদু। নঙনা ইংগিৎ তৌদুনা ঐবু মীৎ উইশিল্লু হায়খি। মফমদুদা ঐনা মীৎ উইশিল্লবদা নঙনা নখুৎমক্না শেমদুনা পুরকপা চাকহৌ তলদু ঐঙোন্দা ইল্লকখি। ঐনসু নঙোন্দা ইনখি। মতমদু নোংজু থানি। পাৎকী ঈমাইদা থরো থম্বাল থারিকথাশিংনা মকা লাম্না মীনোক তমদুনা ঐখোয়গী ইতৌবু য়েংখি। নুংশিবা লৈনম্না থম্মোয়বু মরাঙ হৌহনখি। ঐনা পাৎপান্দা চৈতেক্না খোত্তুনা নঙগী নমিংবু ইখি ,'মিরা! মিরা!' নঙনা কযাদা হরাওজখিবা। নঙগী মায়থোংদা মমি তাখিবা ঈৱাই ঈনিল অদো ঐগী থম্মোয়দা ফাওখি। নঙনা ইংগিৎ তৌদুনা হায়খি - 'করম্বা মতমদা নঙনা ঐগী মিং কৌবদু তাগদগে হায়না লাঙতক্লবম্বদু ঙসিদি তাজবা ফংলবগুম তৌরে'। অদুগা নঙনা অমুক ইখি 'মিরানা নঙবু নুংশি! মিরানা নংবু নুংশি!' হন্না হন্না ইখি। ৱাহৈশিংদুগী পল্লোন্নুংদা লম্মাংননা লৈরিঙৈ খঙহৌদনা পাৎপানগী লৈমায়বু করিগুম্বা অমনা নীকহনখি লোয়ননা চোরফোন মচুগী ঈথক্না চীংমায় অমদি পাৎয়ায়দা শাৎপী কংফালগী অমদি ঈশিংগী লৈরাংশিংবু খনজিনখি। পাৎপানগী লৈমায়বু নীকহনখিবদু চোরফোন মচুগী ফীজোল শেৎপা মখোঙদা খোংঙুপ বুট তোংবা সিফায়শিংগী খোঙথাংননি। খুৎলাই পায়বা মখোয় খরনা নঙবু ফাদুনা পুখি। মখোয় খরা অমনা ঐবু চীংখোঙদা হৌবা উপাল অমদা পুন্সিনখি। করি করিনো খরা হায়দুনা ঐগী নময়াঙদা, খোঙদা, চুবাদা পায়রিবা নোংমৈশিংগী মনিংনা শুথরকখি। নাকথংদা বুট তোংবা মখোঙশিংনা কাওশিল্লকখি। মদু মখোয়না হংবা ৱা ঐনা খুমদবগীনি। মখোয়গী মওংদুদগী ঐনা খঙখি করিগুম্বা ইরাল অমা মখোয়না ঐঙোন্দা থঙজিল্লি। ঐনা খুৎ শানা ইংগিৎ তৌদুনা মখোয়দা 'ঐ কনাদসু লানখিদ্রি। করিগুম্বা ইরাল অমত্তসু লৈজদে' হায়জবসু মখোয়না খঙবীখিদে। নঙনা থম্মোয় শোক্না পি তানা করি করিনো খরা লাউখি মদুসু কনামত্তনা তাবিখিদে। ঐবু থাদোক্লম্লগা মখোয় পুম্নমক অমত্তা

ওইনা নঙবু পল্লোন শানা কোয়শিনখি। মখোয়গী মীৎয়েং অমদি মায়থোংদা ঐনা পুন্সিদা অমুক্তসু খল্লুদ্রবা, থেংনখিদ্রিবা শক্তম অমগী মমি তাখি। ঐগী মীৎমাঙমক্তদা নঙনা শেৎলিবা ফি শিংবু অমমমতা ওইনা মখোয়না মুনখি অদুগা লৈরাংগী লৈকাবু অমমমতা ওইনা শেগাইদুনা লৈমায়দা থাদখি, খোঙপাক্লা নোইহৎখি। ঐগুম্বা লোম্হোক্তবা নাপঙবা অমগী মফমদা ফোংঙমদ্রবা পাউখোঙ ওইনা লোত্নুনা লাকপা নঙগী পুন্সিবু কল্লক চাউবশিংনা তেমশিংনরমখি। ঐহাক মীৎ উইশিন্দুনা খাঙখি। ঐবু পুল্লিবা উপালদুদা ইকোক হন্না হন্না থেংজিন্দুনা ঐনা অরোইবা মীৎকুপ্পুবু খুৎলাম তোয়না কৌখি। চেম্থরকপা ঈখেংনা ইমিৎ অনীমক তাঙহল্লসনু খনখি।

ঐনা লৌশিং তারকপা মতমদা ইমানা ঐবু মতম্বাক্তা ইকোক মোনখাঙনহন্দুনা কোনবীরম্মী। মমিংকী পিনা ঐগী শোকফমবু চামথোক্লমই। ঐনা ইমাদা নঙগী মরম হংখি অদুবু পাউখুমদি থম্মোয় শোকপা মীকপখোন অদুনি। থৌদোকশিংদু অমমমতা ওইনা নীংশিংলুবা মীৎকুপ্পা ঐনা খঙজখি ইমানা ঐবু হেক হেক চৈখিবদো। মীমান্নদবা হায়না কৌখিবদো। মাগী থম্মোয়দা কোকপা ঙমদনা তাখিবা চৈনাশিংদো ঐনা লোম্হোক্তবা অমা ওইরম্বা অসিনি। ঐগী লোন কনানসু খঙবীদবা অসিনি। অদুবু তাইবংপান অপুম্ববু শীংনদুনা ঐনা ঙসি লাউরি - 'শেম্বীবা মপুসু, মহাক্কী খুৎশেম পুম্নমকসু শোইরোম্বমক্তনি'। নঙনা নোংমসু হায়খি - 'নঙনা ইংগিত্তা তৌদুনা লৈ। নঙগী ইংগিত্তা ঐ চোকথরে। ঐগী মীংসে অমুক্তদি কৌবা।' চোকথবা অদুনা নঙবু পুন্সি চুপ্পগী ওইনা সুম্বীখ্রবরা? কনানো মায় পাক্লিবসে তাইবংপানসিদা পুম্নমক মায়থীরবমক্তনি। মায় পাক্লিবা হায়ববু ঐগী মিরানা ঐবু নুংশিখিবা অসিনি, ঐনা মাবু নুংশিজবা অসিনি। নঙনা খুদিংমক থাদোক্তুনা অরোইবা য়াহীপ তাল্লিবা মোংফম অদুদদি লোম্হোক্তবা ঐগী লোন্না ঙসিসু নিন্দুনা লৈরমগদ্রা? লৈরমগনি হায়না খল্লী অদুননি ঐনা ঙসি ফাওবা হিংলিবা।

২০০৪

# লংদাই

— ইনম্মা, চীংলেনগী করি পাউ তাবগে?

ইবেমনুংসিনা মনম্মদা হংলকই।

— কৈসু তাদেদা ইবেম্মা। ইচাদো শিখ্রবরা হিংলিব্রসু খঙদ্রে।হিংলগনা করম্না কদাইদা লৈরিবা চাক্লা কনানা পীজরিবা? চাক য়াম্না লামগনবনি ইচাদো। নোংঙানবগা চাক নুমিৎতাবগা চাক, চাক চাগেতা, হায়জরম্বনি।

অদুগা খাঙবা ঙমদনা থম্বাল্লে হীক্লা কপথোরক্লে। মনম্মগী মতৌ উবদা ময়ানুপাবু নীংশিংলুবদা ইবেমনুংশিসু কপ্লক্লে। মহাক্না ময়ুম পান্দ্রিবঙৈ মহাক্কী মনমগন্দা চাউজরকপা নাইতোম ফংজবা ময়ানি। তূম্লে তূমীন্নরকপা কোয়রে কোয়মিন্নরকপা লুনা তৌজরকপনি। মচন মনীংদু ঙাইহাক কপমিন্নরগা ইবেমনুংশি ময়ুমদা হনখ্রে। হৌজিক্তি থম্বাল্লে মথন্তমক ঙায়হৌরে। অচীকপসিদা অকনবা ব্রাখলগী লম্মৈনা মতীক মথৌনা ফূদোক্কুনা মচা কায়নরবী থম্বাল্লেবু চাকথেকপা হৌরক্লে। মহাক্কী মীৎমাংদা মপূং মরৈ ফাগৎলক্লিবা চহী তরানিপান চঙলকপদা ঙায়রিবা মচানা য়াতোন ইরং-লংনা নোক্কুনা মমাবু কাইহৌররে। শাউবা হায়বসে হৈজদ্রবা চীংলেন্না মোমোন্তা নোক্কুনা ফাগি তৌদুনা মমাবু হরাওহল্লি। নৌনা মপুরোইবা শেৎনরবী থম্বাল্লেগী অহাঙবা থম্মোয়গী মফমদা অমত্তা পোকচবা মচানুপানা চীংগুম থত্তুনা লৈখিবনা কায়নবগী নোংলৈ নুংশিৎনা মহাকপু হুমদুনা পুবা ঙমখিদবনি।

— ববা লৈতে'না করিগী ব্রারিনো ইমা? নঙগীদি ঐ লৈরিসিদি। নোংমদি শোয়দনা নুংঙাইহনখিনি।

চীংলেন্না হেক হেক হায়গনবা ব্রাহৈনি। মচাগী ব্রাহৈ তারগা অব্রাবা ব্রাখল পুম্নমক লেন্না নুংশাদা তুমখিবগুম তুমখ্রবনি।

ঙসিদি অদুগুম্বা মচাদো মাঙখ্রে, কদায়দনো খঙদনা। চহী অমা ফারক্লে। নোংমা মচানা তাকলমদনা চৎখিবা মীৎকুপ্পুদগী অঙাওবীগুম লৈরক্লবনি। অহীং কয়া তূমদনা লালতেন অমা পায়দুনা মাংগোল উখোক তেন্দা ঙাদুনা মচা লাকপা ঙাইখি। ফমদুনা ঙাইবা ঙম্লক্রদুনা থোঙগাল ফাওবা থোঙগালদগী লম্বী ফাওবা

থোক্তুনা মচাগী লম্বী য়েংজখি। লৈকায়গী মশুং মমান্নবী, মচেম মনেমশিংনা অয়ুক নুংথিলগী মতমদা মনাক্তা লাক্তুনা মপুক্লিং থেমজিনবীরম্বা মীৎকুপ্তা মহাক্কী অৱাবা খরা শাফরম্মী। অচীকপদা নাইতোম তারকপদা, থাবলনা ঈংনা শল্লকপদা লাউখোংনা চাক্লকই থম্মোইদা হৌরিবা মৈফম্না মৈরী থোক্লদুনা। অসিদসু নত্তে মহাক্কী চৈনাদি খাকি শেৎপা মখুত্তা খুৎলাই পায়বশিংনসু লাক্তুনা অহীং তাইবঙদা মহাকপু ওৎ-নৈবা তৌরম্মী। ‘নচা কদায়দা লৈ নচাগী লৈফম তাকউ’ হায়দুনা ফূ-চৈবসু তৌবীরম্মী। মীওৎ থীনা ওৎপীরম্মী। মতুংদদি লৈকায় অনী অহুমগী মৈরা পায়বীশিংনা মহাকপু ঙাক শেনবীরম্মী। অদুদগী মখোয় অমুক লাকখিদ্রে।

— খল্লুরনু ইবেম্মা, খল্লুদুনসু কান্নদ্রে। নঙগী লাইবক্তা তম্লমবা হায়বদু তারে। হিংবু হিংলবদি নোংমা শোয়দনা নচাদো ননাক্তা লাকখিনি। লাই কন্না নীংউ। খুদিংমকসে ইবুংঙো মাগী মখুত্তা লৈরবনি।

লৈকায়গী মচেম অমনা মপুক্লিং থেমজিনবীরকই।

— য়ুমদা সুম লৈরবদি নহাক য়াম্না ৱাননি, পোৎফমদু খরা খরা থোকউ। মীরক তিল্লগা নুংঙাইতবা ৱাখল খরদি শাফনি।

লৈকায়গী মমান্নবী অমনা অমুক হায়বীরম্মী। হৌজিক্তি সিফাইশিংদুসু লাক্লরোই অমুক লাক্লবসু ঐখোয় ময়াম লৈরি। করিগী মখোয়না পঙতৌ তৌবা য়াগনি? লৈবাক্কী আইন্না মমীৎ তাঙলবসু ঐখোয়না থেংনগেনা থোরক্লিবনি। মৈতৈ নুপীবু মখোয়না খঙদবা শারিয়ে ময়াং খালিসাশিংসে।

মৈরা পায়বী অমনা অমুক হায়রকই।

— ময়াং সিফাই হায়বা, মৈতৈ সিফাই হায়বা লৈত্রে চপ মান্নখ্রে হৌজিকসে। খাকি মচুবু শেৎলবদি মখুত্তা তোক তাক তোক তাক কাপ্পী খরা পায়রবদি ঐখোয়না তৌনিংবতা তৌবা য়াররনি খল্লীবা হূরানবা মীহাৎপাশিংসে হূ তরেৎ খারে। মীগী অমাংথোঙদা চৈনা খরা লেং, মঙক খরা লৈথৎ, খোঙলক খুরকসু ফদি শেৎকুম শেত্তৎ, লম্বী চৎপা নুপামচাশিংগী ফুরিৎখাউ চোক তৌরিনেনা তৌরগা অয়াওবা পৈশাসু লৌথোকপীখিনি। লৈদি লৈহৈদ্রজাৎনি লৈবাকসে। মখোয়গী মথক্তা ঙাঙলুবা চৈরুবসু য়ারোই মরাল অমা পীশিল্লগা হেক্তা ফাবীখিনি।

মৈরা পায়বী অমনা অমুক মতীং থোক্লা চৈরকই। হৌজিক্তি ঙাকপী শেনবীরম্বী পুন্নমকসু ময়ূম ময়ূমদা চৎনখ্রে। থম্বাল্লে মথন্তমক ঙায়হৌরে।

— অৱাবশিংসে কোক্লনবা ঐহাক পোৎফম থোকপা তারব্রা? নত্ত্রগা ইচাগী মৈনা চাক্কুনা চাদা থক্তনা থৱায় থাদোক্লসিরা?

থম্বাল্লৈনা মওল মওল খল্লকই।

"ইচানা করিগুম্বা হিংলম্বা থোক্লবদি ঐগী নাক্তা লাকপা মতমদা মমা ঐনা শিখ্রবদি করি ওইনি?"

খল্লুবদা ফুক হৌগৎলি। চানীংদা চানীংদা চখোম অমা অনী চাশিল্লগা খ্বাঙচেৎ কন্না শেৎচিন্দুনা ফনেক ফীবান চিংখত্তুনা মনা মশিং কৈথেলদগী তীল্লুবদু থুমোক অমদা হাপ্পুনা, খ্বাঙদা য়েপ্পুনা, মঙম শান্দনা থোকখ্রে।

মীচঙ মীখায় নাইদবী মতমগী ঈথক্লা থম্বাল্লৈগী থম্মোয়গী মৈচাক পুম্নমকপু নোংমা নোংমগী লাপথোকহনখিরম্মী। চহী মরি শুজিনখ্রে মচাগী মশক উখিদবা, মৱা মপাউ তাখিদবা। শিখিবা ওইরবদি খরা ফরমগদবনি লাক্লরোই হায়বা খঙলবনিনা। অদুসু নত্তবনিনা হল্লকখিগনি হায়বগী আশা অমনা মহাক্কী থম্মোয়গী শোকফমদুবু কন্দুনা থনম্মী অদুনা শয়োন্দি চিংখৎহল্লমদে। অহীংবু ওইরক্লবদি শোকফমগী চৈনাদু মকা ফোংলকই। মমীৎকী পিনা মোন পূমচোৎ চোৎখ্রবনি। মমিৎ অনীমক মমশিনহনখ্রবনি। ঙসিসু ঙাইহরি তুম্বা য়াদনা না থাংগত্তুনা মচাগী খোঙথাং মখোল তাব্রা হায়না। মপান্দা নোং থিৎলি থিৎলি চুথরক্লে। মতমসু থেঙলে নোং ঙাল্লমদাই ওইরম্লনি। পুং অমা অনীগুম্বা তারম্বা য়ারে। নুং-পানগী মৈচাক্লা তমথীনা ওৎপীরবী মহাক্কী মফমদা অতূম্বগী লাইরেম্বীনা থৌজানবীরে। উররোন তৌবতমক ঙায়রি খোনজেল অমা তায়। মমীৎ খংশিং শিংই। থম্মোযগী মিহুন কন্না কন্না চোংলকই মশাদু লৈতাদে।

'কাক ! কাক ! কাক ! কাক !'

মানি কনানো অমনা থোঙদা থিনবনি। সিফাই ওইরমগদ্রা কনা ওইরমদোইনো লাঙতক্লরিঙৈ নাশোন পীক্লা তারকই

— ইমা ! ইমা ! থোঙ হাংদোকও।

থম্বাল্লৈ খংপ্রেক খংই। মশামকসু খঙজহৌদনা ফমুংদগী ফন চোংথদুনা থোঙ হাংদোক্লল্লে। মমাঙদা চীংলেন্না মপোপ ইকায় কায়দনা মোমোন নোক্কুনা লেপ্পম্বদু উবদা মঙলা হায়না অমুকসু খল্লকই।

— 'ইমা চঙলসি।' চীংলেন্না মমাবু মঙফাওনহল্লি। মা মথস্ত নত্তে মমান্নবা

অমসু য়াওরক্লি।

— ইমাগী নাক্তা লাক্কদবা পাউ থারক্কদবা নাতৈ চাদদুনা তৌবনি। কুইরে ইমাগা উনদবা, চাক খিত্তা চাগে ঐখোয় হৌজিকতমক মীরমদগী থুংলবদা ঙায়রি।

করি হায়গদবনো খঙদনা উয়ুংগুম লেপ্তুনা নৈরম্বা থম্বাল্লে থম্মোয় পেন্না কপথোরক্লে। - ইমা শাউরনোবা, শে, য়াদদুনা তৌবনি মতুংদদি ইমাবু অসুম্না ৱাহল্লরোই, শে, থেঙখ্রগনি। ঐখোয় মফম অমদা কুইনা লৈথোকপা য়াদে। ঐখোয়গী ইতুংদা হূই ময়াম থাদোক্তুনা থল্লি। ঐখোয়বু ফাগদবগী তান্নরিবনি।

থম্বাল্লে খংপ্রেক খংই। সিফাই ময়াম লাক্তুনা মহাকপু ওৎ নৈরম্বদু নীংশিংলকই। ফুক হৌগত্তুনা মঙ হাগুম চাকখুমদা চাক থোংগৎলি। চাক লোইরগা থিদোক্তুনা মখোয় অনীবু পীজে। চাক্তু করম্না চাখিবনো খঙদনা হোবে হোবে চাবা লোইথোক্লে। ফুক হৌগত্তুনা মখুৎ হামদোক্লখ্রে।

— করি চাকচানো অদুবো? নবুকপু থল্লবা?

ঙসাইমখৈ ফুম্বংননা নৈরম্বী থম্বাল্লেনা হংলকই।

— "থল্লে ইমা, ওম্থোক্লা হাউখ্রে। কুইরে ইমানা অসুম্না পীজবা চাক চাবা ফংলক্তবা। ঐখোয় কুইনা লৈবা য়াদ্রে চৎলগে সিদগীদি ইমাগী নাক্তা হেক হেক লাক্লনি।" থম্বাল্লেদু খংহৌদনা হৌরকপা নোংলৈ নুংশিৎকুম ফুক হৌগত্তুনা মচাগী খূদাং পায়ররে।

— নঙ চৎখিবা য়ারোই। অসুক কুইবসে ইচা হল্লকখিনি হায়দুনা হিংলিবনি নঙ ইমাবু থাদোক্তুনা চৎখিনু।

— "ইমা ঐখোয়সে মীখা পোন্না হিংলিবনি। ঐখোয়না হোৎনরিবসে মীখা পোনবগী য়োৎহলিং ককথত্তুনা ইমাগুম্বী কয়াগী অৱাবা কোক্লনবনি।"

চীংলেনগী মমান্নবনা হায়রকই। থম্বাল্লেগী থম্মোয়দসু পাল্লি মীখা পোনবগী চৈনাদি মহাকসু খোঙথাং খুদিং ফংলিবনি অদুবু মহাক্লা পুম্নমক্তুবু নমশিন্দুনা থল্লগা হায়রকই -

"নখোয়না ঐখোয়গী করি য়াইফনবা তৌখ্রবগে? মীখা পোন্না অদুম হিংজরগে ঐখোয়। নখোয় থোরকপনা ঐখোয়গী অৱাবা অমুক হেল্লে। নখোয়না ঐখোয়গীদমক হোৎনরিবদি মী ফারগা পৈশা তানবা, লম্বী লমজাওদা

মীয়াম তিনবা মফমদা নোংমৈ কাপ্পবা, বোম পোকখায়হনবা, মী ফাদুনা ময়ুমদগী পুবীখ্রগা লম্বী লমজাউদা লম্মাং তুম্মাংদা কাপ্পুনা লংথোক্লম্বা, ঐখোয়বু তুম্ফম চাফম খঙহন্দবা অসিরা? ঐগী ইচাদি নখোয়গী নরক্তা তিলহনবা য়ারোই মহাক্তি ঐগী ফীজিগী লন্নি। য়ারোই মাবু পুখিনু।" মচা হাকন্নরিবী নোংশা অমোম্না য়েক্লবগী মফমদা তৌবগুম মচাবু চেৎনা কোন্সিন্দুনা কন্না লাউরকই।

— "ইমানা খল্লিবদু লাল্লে। ঐখোয়না তৌরিবা খুদিংমক লনাইগী ওইবা অমত্তা নত্তে। পীফম থোকপা চৈরাক পীরিবসিসু মশা মশাগী মরালগী দন্দি ঙাক্তনি। হোয় ঐখোয়সু মীওইবনিনা লান্দবা শোয়দববুদি ঙমদে অদুগীসু মথক্তা ঐখোয়বু মিংচৎ থিহন্নবা ঐখোয়গী ফজরবা শক্তমবু মীয়ামদা লান্না উহন্নবা শীনবসু য়াওদবা নত্তে। ইমাসু তাবীরম্লনি ঐখোয়গী খোঙথাং খরদি হন্দোকচরে। হাৎপদা মতীক চারবা মীওই কয়াবু হাৎপগা মান্নবা চৈরাক পীরগা হেক হেক থাদোরকপগী পাউদি ইমাসু তাবীরম্লগনি।" চীংলেনগী মমান্নবনা হায়রকই।

— অচুম্বনি ইমা ঐখোয়না হোৎনরিবসে মীয়ামগীনি। ইরৈবাক্কীদমক্তি ইরৈপাক নুংশিবগী মিংদা, ইমাগী মিংদা, ইশাগী খোঙফম কনবা, য়ুম্ফম ৱাংনা থোনগৎপা পুকচেল পীক্লবা মীশক নচাদি ওইজরোই। ঐখোয়গী লাঞ্জং অচুম্বা থিবনি। ঐখোয়গী লৈবাক নীংতমদ্রি। মপানথোংদা নীংতম্বা মানবনি ঐখোয়গী চূপ্পি মীতোপ্পা পায়রিবনি। ইরৈবাক্কী খূদাংদা য়োৎহলীং চল্লিবসি লৌথোকপনি, ঐখোয়গী ৱাশক ঙাক্লবা হোৎনবদা কয়া অমসু থৱায় কৎখ্রে কয়া অমসু চোংথোরকখিগনি।

চীংলেন্না হায়রকই। থম্বাল্লেদি ইচম চজবী লাইরিক লাইশু থোইনা হৈজদবীনি। মহাক্না করিবু খঙলুগনি। করম্না মচাগী ৱাফম্থু ককলুগনি। মহাক তুমিন্না লৈরম্মী চীংলেন্না মমাবু খুরুমজরকই।

— অচুম্বগীদমক থৱায় থদোকপা ঙম্বা অচঙবা মী ওইজগেকো ইমা। অদুগা খোংলৈ থুনা নোংলৈ নুংশিৎকুম অমম্বদা মাঙখ্রে।

— চৌহ্বাইসিবু মথাদা কয়ানো?

মৌনহা অমনা হংলৈ।

থম্বাল্লেবু খোঞ্জেলসিনা মঙফাওনহল্লি। কয়াদা কুইনা মহাক্না মচাগী ৱাখলদা লুপ্লুরবা।

– লুপা তরাদনি ইবেম্মা।

– তংখায় অমত্তা লৌজখিগে। কেঙোইসিনা কয়াগীনো?

– লুপা মঙাগীনি লৌখ্রোসে, ইমা য়াম্না হপ্লিগেসে।

থম্বাল্লেনা মমাঙদা থারিবা কেঙোইদুদা খরগা অমুক হাপচিল্লি।

– "পোলিথিন বেগ অমদা পুল্লপ হাপচিনবীরকউ" পোৎ লৈরিবীদুনা হায় অদুগা লুপা তরা পোৎফমদা থাদরকই। থম্বাল্লেনা পোলিথিন বেগতা ইন্সাংদু হাপচিল্লগা পীবতমক ঙায়রি। মাগী পোৎফম পরেংদুগী মতাই ইথং থংনা লৈবী ইন্সাং য়োনবীদুগী ইন্সাং ময়ামদু নুপী অমনা শাওনা লাক্লুনা লাংখায়রে। মাগীদা নত্তে অতৈগীসু লংখায়বা হৌরক্লে।

– "সিবু ঐখোয়তগী শরুক্লো? মীয়ামগীনে। ইশা ইশাগীতা খন্নরদি ঐখোয় করম্না মী ওইনা হিংগনি। ঐখোয়গী ইফমদসু নোংমদি থৌদোকসি থোক্লবা য়াই ঐখোয় খুদিংমক লোত্তরি য়াওবগা মান্নরবনি। নহান্দগী ধারনা তৌসি হায়দনা লাওথোকখ্রবনি কনাসু থৌশানদে হাও মচা ওইরবসু লৈবাকসিগী মীনি। ইচিন ইনাও ঙাক্তেনি। পীক্লিবী স্কুল তন্নিবী অঙাং অমবু খুত্তা খুৎলাই পায়বনি ঙম্মী হায়দুনা ফাবা, মীচম্মু ফারগা কাপ্পুনা হাৎপা ঐখোয়গী মিংদা চোংথোরক্লবসু কনানা ঐখোয়গীদমক থম্মোয় শেংনা খনবীবা য়াওখ্রবগে? সরকার পায়রিবা কাঙবুসু আইন পাইরিবা কাঙবুসু, অচুম্বা থিরিবনি হায়দুনা তৌরিবা নহারোলসু চ্যেক চেকশিল্লক্লগদি চপ হেক্তা মান্নে। মরকসিদা ঐখোয়দি উরোক ওইরে নমাঙসু লাং মতুংসু তেন হায়বদো। সিদবু ঐখোয়না চাক চরা অমনা লুই হায়দুনা লৈথোকপা য়াব্রো?" নুপীদুনা ঙাঙ ঙাঙদুনা ফী ফী কাম্না শাউদুনা পোৎফম ময়ামদু প্রলয় তৌরকপগুম চাইখায়রকই। থম্বাল্লেনা মাগী পোৎফমদু প্রপ প্রপ লোইশিল্লি অদুগা খোঙলে থুনা মফমদুদগী থোরকই। লম্বী চৎনা চৎনা মহাক্লা উরকই - চরি তৎলবা, চারম থক্লম খঙদনা কোইচৎ চৎলিবা, মতুংদা হূইথৌ ময়াম্না শরাক তমগদবগী কোইতান তান্নরিবা মচানুপাবু। মহাক্লা হায়রম্বা ব্রাহৈশিংদু হৌজিকসু নকোংদা ঙংদুনা লৈরি। কনানা লাল্লিবনো কনানা চুম্লিবনো চমম্লনা ফুম্বংননা পাউখুম ফংদনা চপ চপ লেপ্পী।

# ঈশিং ঈচাউ

নুমিৎ তরানিমুক সুরে লেপ্তুনা নোং চুরক্লিবা। খাকপগা লাউবগা নোংলৈ নুংশিংকনা ঙমজবী শক্তি তৌদুনা মালেমগী অমোৎপা মপৈ মপৈবু চামথোক্লগে হুমদোক্লগে মতাগুম লান্দারকপদা কনাসু মীৎ মায় পাঙবা ঙম্লদ্রে। নুমিৎকী মশক উখিদ্রে। নুমিদাংগী মতমদা থা থৱানমিচাক্কী মমি পুন্নমক খঞ্জিনখ্রে। চীংদুম চীংদুম্মুক চাউরবা অমঙবা নোংগী মপৈ মপৈনা অতিয়া মকোয় কুপশিনখ্রে। লেপ্তুনা চুরকপা নোংনা ইম্ফাল সহরগী লম্বী খুদিংমক থূম্লে। মশা মশাগী ওইজবতমক য়েংলবা শেঞ্জাও পায়বা কারবার ৱালা অমদি ফম্নাই তুনাইবশিংনা খরা খরা খোপচিন্দুনা, তকথোরক্তুনা পাক চাউনা লৈরম্বা নালা খুদিংমক ফুনজিনখিদুনা ঈশিং চেনফম লৈতদুনা লায়রবশিংগী তেকহৌ ঙামহৌ ৱানা খাঙজরিবা ৱায়ুমশিংদা ফুজিল্লক্লে। হন্না হন্না চৈথেংফম ওইরক্লে। খনবু খনজিল্লুদ্রবদি, য়েংবু য়েংলুদ্রবদি উদবগা চপ মান্নে। তশেংনমক মখোযদি মমীৎ তাঙলবনি।

ৱাং চাউরবা বিলদিংগী বেলকোনীদা সোফা থাদুনা সঈ মৈতাল ঙাঙনা থাগত্তুনা, ফোঙ ফোঙ শাবা কোফি থক্তুনা, ওমলেত চাদুনা মপা মপুনা কৈরাক থাবা মচাশিংনা য়েংলি ঈশিং ঈচাউ মায়য়োক্লরবা লায়রবশিংগী খাংপোক, মখোয়গী পুন্সি। ফত্ত হৌদি, অমাং অশোয়, লুখাক চগুম মচুম্লক্তা লুফেৎ লুফেৎ তাউরিবা কীন্থরক্লবা খাংপোকশঙদা বোরাগা বোরাগা তূপ্তুনা, ছাতিন শেগায়বা তুপ্তুনা, কোয়চেন চেন্নবা উরগা মখোয়না নুংঙাইরবা, নোক্লীংলবা শুমাং লিলা অমা য়েংবগুম হরাওনা য়েংলি। মখোয়না তারিবা অৱাফমসে কনানা তাহল্লিবনো হায়না মীৎকুপ অমত্তা খন্থরুদ্রবনিনা ইকাইবসু পোকত্রে। নোংনা মরোল অমা অসুক কুইনা চুরবদসু লেপ্লা লৈত্রে কপচেৎপী ইঙেনগী নোংজুদগীবু হেল্লে। শজিবু থা অসিদবু হৌনরিবা লমচৎলা অদুবু কনাদদি তাইনরুনি? মীচঙ মীখায় নাইদে হায়নবী মহৌশাগী শক্লোনসু উপাই লৈজদ্রবশিংগী মফমদদি তাইয়োন্নবগুম থোক্লবরা ? অকুৎপদা লৈতৌবা অতোঙবদা লৈথোনবা। নত্রগনা লীচৎ নাইদ্রবা মচাশিংগী লীচৎনা মাবুসু মশক হোংহল্লবা? নুংতিগী শীজিন্নরিবা চেঙ, হৱাই, থাউ, থুম, আলুগী মমলগা অসুম হাইগৎলক্লিবা তুরেলগী ঈমাইগা কন্না লমজেন

তান্নখৎলক্লি। নম্বুল তুরেলগী ঈমায় মিটর চাত্রেৎ মরিফুনিথোই পোইস্ত মরিফুমঙা য়ৌরে। ঈশিং হাদোকপা হৌরক্লে। অসিমক্তদসু নোংদি লেপ্লা লৈতনা চুথরি। তুরেলগী লৌনম্বাল নমখায়দুনা লৈরক খুল্লক ঈশিং চেন্সিল্লক্লে। অসিমক্তদসু নোংজুগী চাংদি হেন্না হেন্না কন্সিল্লক্লি। তনিক তনিক খাঙজরম্বা তোর্ব্বান নমখায়দুনা সমুদ্রগী স্বার কারকপগুম অকনবা শাফুদা ৱা লাউনা ঈশিং পুম্নমক খুল্লক্তা লোইনা চেন্সিল্লক্লে। মীশিংনা মহৈ মহৈ মপোৎ মচৈ য়োম্নদুনা অনক অনকপা ইনাক খুনবশিংগী বিলদিংদা চেন্নবা য়াও, মরী মতাগীদা চেনখিবা য়াও লৈকাই লৈকাইদা লৈরিবা য়ুম পুম্নমক খুন্তাক লান্সিরে। মীওই খরনা ঈশিং ঈচাউ থোকপগী মীপাইবা পোক্তনা ঈনগা ঈনগা পুথোক্তুনা হেনগৎলক্লিবা ঈশিংগী ঈচেলদা ঙা ফানবসু য়াওনরি। ইনখৎলক্লিবা নুপামচা নুপীমচাশিংনা শেৎলিবা ফীজোল কৌনা খুকউগী মথক্তা থাংগত্তুনা ঈশিং য়েংবা থোক্লরক্লি। অৱাবা চঙদবা মৈতৈদি অৱাবসু নুংঙাইরবা কুম্মৈদা হেক্তা ওন্থোকপা ঙম্মী। নত্রবদি নিল খোংনা, নোক খেনা থোক্লরক্লিবা পাখং লৈশাবীশিং অসি উরম্লোই।

ঈশিং ঈচাউ মায়য়োক্লরবা লৈকায় অদুগী মীপুম খুদিংমক গোপাল বাবুগী বিলদিংদা হাইজিন্নখ্রে। মহাক মবুক মপাউ ফবা ওফিসরনি। মঙোন্দা লায়র ইনাক খুনবা খায়দনা মীগী মতেং পাংনীংবা পুকচেল অমা লৈ হায়না মীশিংনা হায়নৈ। ৱাফম অদু কদায় ফাওবা চুম্বনো, হায়বা মালতীদি খঙজদে নক্লরুদবনিনা। মহাক্না খঙবা হায়ববু চহী তরামুক্কী মমাঙদা মহাক অথাপ্পা খুংগং অমদগী হোংগৎলকপনি হায়বা অসিতনি। লৈকাইদুদা লৈমিন্নবা ওইরবসু নোংমত্তা লেংথৈনরফাওবদা কৌজরুদে। মখোয়গী য়ুমগা য়ুম্লোন অনী অহুমতনি খল্লীবা। অয়ুক্কী চা থকপদা, নুমিদাংৱাইরমগী চা থকপদা গোপাল বাবুনা মাগী বেলকোনীদগী মালতিগী য়ুম খঙখি। থবক অমা নত্রগা অমা তৌদুনা য়ুম পুবা ঙম্নবা হোৎনজরিবী নুপী অসিবু মহাক্না মশক খঙখ্রবনি। লৈকাইদুদা লৈরিবা মৌশিংনা তৌবগুম নোংমত্তা মনাক্তা ৱাচৎ ৱানোম্বসু লাকচদে। ইমুংদুদা নুপা অমত্তসু লৈবা উদে। নুপাগী ফুরিৎ খোঙগ্রাও খুদৈদি শৃদুনা পোল্লাংখোক্তা ফৌবা হেক হেক উই। লৈশাবী মচা ফারক্লবী চহী তরামাথোই তরানিথোইমুক সুরবী অমসু য়ুমদুদা লৈবা উইনা নুপামচা চহি তরুক তরেৎ সুরবা অমসু উই। নোংমনা মালতি মাগী গোবিন্দা থিল্লিবা কোন্দুদা ফি শাগনি,



লংচাক চাক্কনি। নোংমনা ইংখোল মচেত্তুদা য়োৎ পায়দুনা য়ানগনি, মনামশীং থাজিনগনি। নোংমনা কদায়দগীনো শম্থী খরা পেক্লুরগা য়েন্নখাগী শম্বল ওইনরিবা শম্বল্লে পাম্বীশিংদু মশা থারগা শম্থী তৈশিন্দুনা নুংশাদা কংনা ফৌদোক্কনি। সুমাং থেল্লোং য়েন্নখা য়েংখুন মি তাবমখৈ লংনা ৱাই তৈথোক্কনি। মখোঙ মখুৎ তনাল তনাল হামদোক্কুনা মশম নান্না হাত্তুনা অশাবা ফি-রোলশিংদু পুদুনা কৈথেল চৎখিনি। অপীকপা মচাদু মফি মরোল শেৎপীরগা স্কুলদা থিনবিগনি। নুপাগী শিন, নুপীগী শিন পুম্নমক তৌরিবী মহাকপু গোপাল বাবুনা নুমিৎ খুদিং বেলকোনীদগী হেক হেক য়েংখি। য়েংবতা নত্তে মাগী থম্মোয়দা হেক হেক চাংদম্নে মহাক্কী মপা লৈতনা কে মৌরবী, শেৎ চরবী রাধামানবীগা। চুং ফিরাল চাবা শক্কী লমদদি মতম অমদা য়াইস্কুল পানা শেৎ কায়খিবী রাধামানবীগা লাম্বা তৌবীনবা নুপী লৈত্রিবনি। ৱাঙাঙদরা শাঙাঙদরা মীত্তা নাতাদরা খুচত্তরা মানতা হেন্দুনা লাক্লিবনি। অদুবু করিগীনো নুপী অসিগী মনাক নক্লা পুশিনবদা মহাক্লা নোপ্পগুম তৌরিবসি? অমনা অহীংবা অদুগা অমনা অশাবা লাইফদিবীগুম তৌরিবসি? নুংতিগী উরবা নক্লবা পোৎকী মগুন হন্থরকই হায়বদুরা? মখোয়গী ইমুংদা হেক হেক চঙথোক চঙশিন তৌবা মতেংসু হেক হেক পাংবীবা লৈকায়দুগী ইবোহলদা মহাক্লা হংই -

— ইবোহল, লৈকাইগী মীশিং লোইনা সুরবরা? অতৈ অতৈদি কদায়দা লৈনখ্রবগে?

— তামোগী য়ুমসিদতনি মখোয়না হংগোইজদবা কদায়দা কনাগীদবু লৈনিংগনি'?

— অদুবু ঐনা মশক খঙবা নুপী অমগা মচাশিংগদি উদে। মখোয় কদায়দা লৈখ্রবগে?

— কনা ওইরবনো তামো?

— মমিংদি খঙদে মশক্তনি খঙবা। তু, আদগী য়ুমসিদা লৈবা নুপীদুনি।

মালতিগী য়ুমদা খুদোম্বী থিন্দুনা হায়। "য়ুমসিদা ঈশিং ঈরৈ কন্না চেন্সিল্লক্লে মখোয়বু কমদৌরিবগে?"

— চুম্মীনে তামো, ঐদি কাউবু কাউক্লরে। মহাক্কী নুপাসু মখোঙ শোইন্নাইরবনি। ইমুংদগী মপাল থোকপা ফাওবা ঙামদ্রবনি। মহাকপু হোৎনবদসু ওস্থোক্লা ৱাজরবনি। মী পুম্নমক মাগী মাগী হিংনবা হোৎনবদা কনানসু মখোয়বু নীংশিংবীরম্লরোই।

— "অদুদি কমদৌশিগে? ঈশিংদি অসুম অসুম হেনগৎলক্লি অঙাংসু লৈবা

উই।" ঙাইহাক খঞ্জান্নে অদুগা হায়রকই -

— "সে সুমদৌরশি, য়াম্না থুনা পোঙ অমা শানবা তৌরসি। উপাক খরা লৈবনি মদুদা মখোয়বু খরা হোনবীরক্লো। পাখং মচা খরগা ইবুংঙোগনা ফন ফনবা শীল্লো।" অদুগা হোবে হোবে উপাকও থৌরিও য়োংপীও হোন্দোরক্লে। মীৎনা কুপ্পদা ময়াম হৌদুনা পোঙদু শাবা লোইখরে। ঈশিংদি জিরি জিরি হেনগৎলকপনা খ্বাঙগী মথক য়ৌখ্রে। ইবোহলনা পোঙদু পূদুনা মালতিখোয়গী ইমুং মনুংবু লৌবা চৎখ্রে। মচীন য়াংবী লৈকায়গী নুপী খরনা শোন্নরকই

— ঙাওবু ঙাওব্রা কৈনো, মীপুম খুদিংমক মাগী মাগী হিংনবা লাঞ্জেন্নরি করি থোকই হায়দুনা তৌজশারিবনো?

ব্রাফমদু গোপাল বাবুনা তাশিন্নরুদে।

মমা মচা মখোয় অহুম লাক্লে। ইবোহলনা মখোয়বু পুবীরক্লে। মতু মমান ইপোন পোন্না য়াম্না হৈনদনা য়ুমদুদা অহানবা ওইনা মচাশিংগা খোঙদারকই মালতি।

— ইবুংঙোদি কৈদৌরে লাক্রবদি?

গোপাল বাবুনা হংলকই।

— "মাদি কাংথোল অনী অহুম লোনখৎলগা লৈহৌরে চৎশি হায়বা শিরেমখৈ য়াদ্রে।" ইবোহলনা হায়রকই। মফমদুদা হান্না লৈরম্বা মীশিংদু অমুক্কা মুরুম মুরুম তৌনরক্লে। লৈকায়দুগী মীশিংদুনা য়েংগদবা মীৎয়েংদু মালতি হান্ননা খঙখি অদুনসু লাক্লীংখিদবনি। মহাক্কী নুপানা লাক্লিবগী মরমসু অদুনি। মতু শোল্লবী মালতিবু নাম্ম শোয়রবা মহাক্কী নুপাবু কনানা মীথানবীগনি। মহাক্তবু মচা অনীগী য়েংদুনা লাক্লবনি।

— "ওম্ভোকপনিদা অদুদি কমদৌনি? ঐখোয়না চাক ঈশিং থিনবীরুবা তারেদনা"। গোপাল বাবুনা শোল্লকই। ঙসিতা অহানবা ওইনা মালতিনা মহাক্কী পুকচেল তপ্পা, মিনুংশি চাউবা মতৌদু উজরকই। অদুগা মহাক্কী নুপাবুদি ব্রারৌবা ঙল্লমদে। মখোয় অনীনা লৈকায়সিগী মীশিংগী মরক্তা তোঙান তারিবসিগী মরমসু লৈ। নোংমত্তা মহাক্লা লৈকায় কোয়দুনা মতম মাঙহল্লুদবা, লৈকাইগী মচেম মনেম কনাগা ব্রাচান্নরুদবা অসিনি মহাক্কী মরাল। য়ুম পুনবা হোৎনবদা মপুরোইবগী সেবাদা লুপশিনখিবনা নোংমত্তা মহাক্লা খম্থরুদে। লৈকায়গী মী

হায়বসি লোয়নদবা ইয়ামক য়াদবনি। গোপাল বাবুগী তেরেষ্টু দম্বুরনা খল্লগা মীশিংদু নুপা নুপী খায়না লৈহল্লম্মী। ময়ামগী চান থক্লবা ফি-রোল পাম্মুবা লৈতনা পুথোক্তুনা মহাক্লা শীল্লম্মী। মরু ওইনা মহাক্লা মালতি মমা মচাবু চেকশিন্না য়েংশিনবীবগুম মীশিংগী থম্মোয়দা ফাওরম্মী। অদুবু কনানসু মচীন ময়া কাথোক্ল রমদে। মালতিসু অপঙবী নুপীমক্তি নত্তে। ময়াম্না য়েংলিবা মীৎয়েং অদুগা গোপাল বাবুগী চেকশিনবীবা মতৌদুগনা মঙোন্দদি তিক্রি হোৎপগুম থোক্লমই। অদুবু খরদংনি খন্দুনা খুদিংমক্তু মহাক্লা খাঙলম্মী। অদুবু মানা খাঙবা ঙমদবা অমদি রাধামানবীগী মীৎয়েং অদুনি। মাগী মফমদা থল্লিবা অমকপা পুকচেল অদুনি। মদুবু অমুক লৈকায়দুগী হায়ঙম তৌঙমদবী কনানা মথৌ শঙলিবা অদুনি।

— ঈশিংবুদি ফনা য়াম্না কংথরক্লে। ইবুংঙোদুবু খোঙহাম খুৎহাম্বনা কমদৌরমগদোইনো?

নুমিৎ হুম্নি হৌখ্রবা মতুং মরিনি সুবগী অয়ুক্তুদা রাধামানবীনা হায়রকই - “সিদা লাক্তুনা ময়ামগী মরক্তা তিল্লরবসু খরা ফগদবা মথন্ত ঈশিং মরক্তুদা কমদৌরমদোইনো?”

— ঈশিং কংদ্রিফাওবদি ব্রারবসু ব্রানা লৈবা তারেদনা করি উপাই লৈ?

গোপাল বাবুনা তাপ ওক্তুনা খুল্লকই। য়ৌ-য়া য়ৌ-য়া ঙাঙনিংবা লৈকায়গী চীনফেন ফবীশিংদুগী মচীন মেনশিনখিবা অদুগীদমক মালতিনা মহাকপু থম্মোয়দা থাগৎচরকই। অহীংশিংদু নীংথিনা তূম্বা য়াদ্রে। ঈশিং মরক্তা লৈহৌরিবা লিংজেল খাবা মপুরোইবগীসু খল্লী, মফমদুদা ওইরিবা মহাক্কী ফীভমদুসু খল্লী, অমুকসু লুনা চেকশিন্না তৌবিরিবা য়ুম্বুরেল অদুগীসু খল্লী মহাক্কী নুপীগী চিংনবা মীৎয়েংদুগীসু খল্লী। মহাক অনাবগুম্লে। মহাক্কী মপুরোইবগীবুদি লৈকায়গী নহারোলশিংনা পোঙ তোংদুনা চান থক্লবা থিনবীরিবনি য়েংশিনবীরিবনি। তরুক্লিসুবা নুমিত্তদি ঈশিং ফজনা কংথরে। নুংশাশু ফজনা শাবা নুমিৎ হুম্নি শুরবনি। মালতিনা ইবোহলদা হায় -- তামো ঐ য়ুমদা চঙজরগে। খোঙগং খুৎকংনবা ঐনা তৌরুদ্রবদি য়াররোই।

— “নোংমা নিনিদি লৈথোকখোদা ইবেম্মা। অঙাং নাগনিনে ফজনা কংলকান্দা চঙসিদা। ঐগীদা লৈববু কৈসু খল্লুনু নয়ুমগুম্বনি হায়না খন্দোকউ।” অদুবু খাম্বা য়াদ্রে। মানা ঙমদুনা হৌগত্তুনা মচা অনীদু পুদুনা চৎখ্রে। গোপাল বাবুনা মাবু নীংঙমদনা

য়েংদুনা লৈহৌই। মহাক্না য়ুম হেক য়ৌবগা পাখং মচা খরদা গোপাল বাবুনা বিলামাতি বোরা মপৈ অমা থিলহল্লরে। চেঙ, চাক, থাউ-তেন, হৱাই-চেংৱাই আলুনচিংবসু থিলহল্লক্নে। মীৎনা উবা লাই হায়বদো মহাক্নী হায়না মালতিগী থম্মোয়না হন্না হন্না পুকচেল চাউরবা মবুং শক্লবা অদুগী মফমদা তৌবীমল খঙবা ফোঙদোকচরকই। ইমুং অমদি মাংগোলদা তূংদুনা লৈরিবা ঈশিংশিংদু চুপথোক্লবা মতুংদা বিলামাতি বোরাশিংদু থাজিন্দুনা লৈবা য়ানবা শেমজরে। থিনবীরকপা চান থক্লবশিংদুসু মফম চানা থমজিঞ্জরে। হৌজিক্তদা মহাক্নী মপুরোইবগী মনাক্তা চঙলকই। কমদৌরিবগে হংলকই। মপুক্নীং নুংশিরবা তরক তারবা লিংজেল খারবা মপুরোইবগী মমিৎ অনীমক্তা য়েংলুবদা মহাক্না খুদিংমক উবা ঙম্লম্মী। মহাক্না মপান ফরিঙৈ মাবু য়াম্না নুংশিনা পাম্মুনা তৌজরকপনি। চানীং শেৎনীংবতা মনীং থুংনা ফংহল্লম্বনি। ঙসিদি মরুম থুপ্না থম্বীগদবী পাংগল শোনবী অদুগী মানদুম মরুম থুপ্পরে। মসিবু নুপা ওইবগী থম্মোয়না করম্না খাঙলিনি ? হৌখ্রবা পুক্সিগী লমায় হেক হেক ফাক্কত্তুনা মহাক্নী মশেক মঙাল নাইরম্বা পুক্সিশিংদু হেক হেক য়েংজৈ। নিয়ু কছার রোদতা চত্তুনা তমেংলোংদগী কল্লা, উমোরোক, য়োংচক্লচিংবা পোৎ - চৈ পুরক্কুনা ইম্ফালদগী ফৌ - চেঙ, হৱাই চেঙৱাই পুশিন্দুনা কারবার তৌদুনা ইমুংগী লৈত লায়র কোক্লরম্বী। তমবা ঙমদবা নোংদমখোলনা গাড়ী এক্সিদেন্ট অমদা মশাদি হিংহৌরে মখোঙ অনীমক্তি কক্খ্রে। থৌদোক অদুদগী মমিংতা ওইনা হিংলক্লি। খুন্তাক লাক্সিরবা লৈকায় অদুদা ঈশিং মরক অদুদা মা মথস্তমক তরক তরক লৈহৌখিবগী ৱাখলনা মাবু নাচুংহল্লমদে মহাক্নী নুপী অমদি মচাশিংবু নুংঙাইনা লৈজরবদি খন্দুনা। অহীংগী মতম অসিনি মহাক্না খ্বাইদগী খাঙবা ৱারিবদি। খলহৈদবা ৱাখল কয়া ভাবনা শাজিন্দুনা মহাক্নী নুপী অমদি মচা অনীবু মনাক্তগী কনাগুম্বা য়াইফবা মীশক্না মুন্দুনা লাপ্না পুথোকপীখ্রবদি হায়না খল্লুবদা অহীং মীৎশেল খাঙনা লেঞ্জরকখি। মখোয়না ইনাকখুনবগী দলান অদুদা করম্না লেল্লিবগে হায়না চত্তুনা য়েংনীলকই। ফুক হৌগৎলুবসু য়াওই অদুবু উপথুনা তুরবা মতমদা নীংশিংলকই মহাক্নী ফীভম।

— নঙদি খঙলম্লোই ঐসু মফমদুদা ওম্থোক্না ৱানা লৈখ্রপোৎনি। য়ুম্মুদুনা ফনা লুনা তৌদুনসু নঙদি ঈশিং মরক্তা লৈহৌরিবনিদো।

মহাক্নী মপুরোইবনা ৱাহং কয়া হংনীংই অদুবু চমজরবী মাগী মতৌদুদা হংবা

ঙল্লমদে। খঙহৌদনা থম্মোয়দা হৌরিবা ব্রাহংশিংগী ঈথক্তুনা নুপা ওইবা মহাক্কী মীৎলু পাথোক্তুনা পিগী ঈচেল ওইনা শিন্থরক্লে। মালতিসু খঙই মহাক্কী মপুরোইবগী থম্মোয়গী নিংঙাইশিংদো। ব্রাহংশিং অদুগী পাউখুম ওইনা মাগী মীত্তগীসু পি শিন্থরক্লে। মদুবু থৌশাদনা ইল্লিবা ফিগী মচিনা মপুরোইবগী মীৎলুগী পিশিংদু তপ্পা তপ্পা তৈথোকপা হৌরক্লে।

তাং ১৮/০৪/২০০৪

# অচুম্বগী মহাও

ইখঙ খঙহৌদনা অমুবা নোংগী নোংদুমশিংনা অতিয়াগী মচী খুদিংমক্তা চীংদুম চীংদুমগুম হাইগৎলক্লে। নোং পুবা নুংশিৎনা হু-হু হুম্বা হৌরক্লে। মালেমগী শক্তম মমি লাক্লবা অতিয়ানা নোংথাংগী ফোটো কাপ্পা হৌরক্লে। ঙাইহাক্কী তুংদা অঙকপা কুম্মে অমদি থোক্লদৌরি। লম্বী অচৎ অথোকশিংনা মখোয়গী খোঙচৎ থুগৎহল্লি খোঙনা চৎপসু, সাইকল রিকসোনা চৎপসু, গারী মচানা চৎপশিংসু। খ্বাইরম্বন্দ কৈথেল ফম্বীশিংনা মাগী মাগী মপোৎ মচৈ লোইশিন্দুনা ময়ুম মায়কৈ পাংনবা হোৎনরকই। লোয়াসু রিকশোগী খোঙনেৎ কন্না ওৎলকহ। মহাক্কী মমিত্তা মমাঙগী থাদা চহী অনী মপুংফাখিবদমক ঙায়রিবী মচাদু উরকই। নুমিৎ হুম্মি মরিনি সুরক্লে মহাক্লা ময়াদা চাক মরু অমত্তা তারক্লিবা। ডোক্তরনা হোসপিটালাইজ তৌশি হায়রকপনি অদুবু পৈশা লৈতে। হাতে হাতে তাল্লিবা মাগী খুৎশুমলসিনা ইমুংগী নোংমা নোংমগী চাদীং পুনরিবনি। মহাক্লা রিকশো থৌবা থোরকপদা মমাগী মতম্বাক্তগী লোরবা খোঞ্জেলদা কৃৎলবা মমীৎনা মপাদা য়েংদুনা হায়হৌই

— "ববা, ঐ য়াম্না ৱারে ডাক্তর চৎসি" মমানা শ্বর চনীং তাদনা চীনবান থক খা কংনা মচাবু য়েংজহৌই। ডোক্তরনা হায় 'টাইফোইদ তারে'। মঙাওথীথ্রবা অঙাংনি। নুপা মরায় অমা হেনবীনি। মমানা চেকশিন্না শেন্নবা ঙমদে। লোক থুংবা হৌরকপদা মশা শানা শানা, মনপ মতীন তানা তানা কোয়চেন চেন্দুনা শান্নে। মমানা ইমুং ৱাই শিৎলিঙৈ মকোক্তা ঈশিং হৈথদুনা শান্নরমগনি। মমানা ফমুং ফানৃং লোইশিল্লিঙৈ অতা অতু খৃন্দুনা চারমগনি। মমানা ঙরাং নোং নুংশিৎ তৌবদা খীকথখিবা হৈনৌ নাশি শাবা ময়াম্না কোয়চাই চাইনা শুমাংদা তাবদু উরদুনা হায়

— 'থোইথোই, নঙ হৈনৌ মচাসি চাবা য়াদেকো। মসি চারদি নানি। অৎচানিকো'। অপীকপা অঙাংদুনা মমানা হায়রিবদু তায়। মমীৎনদি হৈনৌ মচাশিংদুদা য়েংলি। মমানা পোরিবা অদু অমুক্তং থারবদি খল্লী।

— মমা ঐ শান্নগে থাউ। মমা থাউ।

— শান্নবা য়াদে নঙ নারিবনি।

মমানা মাবু অদুম থাদোকত্রে। পীক্লিবী থোইনা কাউবা লৈতে হৈনৌ মচাদু। মমানা মা পোনা পোনা পুখ্রিদগী ঈশিং শোকই। ব্রাই শীৎলি। ইংখোলদগী মনা মশীং হেকই।

'মমা থাউ। মমা থাউ'। থোইনা লেপ্তুনা নিংঙাই তৌই। কোন ফেংবদদি পোনা পোনা য়াদ্রে। মখোঙ মচা অনীদুনা লৈবাক্তা শৌরগা কন্না কন্না লেপখৎপা হৌরক্লে। মদুনা মহাকপু তুহনগে তৌরক্লে।

— থোই, নঙ মমাগী নাক্তা ঙাইহাক্তা শান্নৌকো মমা কোন ফেঙগে।

মাবু থারগা ফমথবদা ঙায়রি অঙাংদু হৌদুনা চেনখ্রে। শুমাং য়ৌখ্রে। মখুৎ মচাদুনা পাক পাক খুন্দুনা তারিবা হৈনৌমচাশিংদু লিৎলিবা ফুরিৎতুগী ফুরিৎখাওদা থন্না হাপচিল্লে। মমিৎ কোইকুপ কোইরুপ য়েংলদুনা য়েন্নখাদা তুমিন্না ফল্লরে। ফীগাওদগী হৈনৌ মচাশিংদু সি সা তৌদূনা লোইনমক চাথোক্লে। ওস্থোকপনি মমানা চাগনু হায়বদু হায়রমদ্রবসু ফগদবা। মমানা কোন ফেঙবা লোইরগা অযুক্কী চাক থোংনবা ইরুজবা লোইরে। মচাবু ঙাইহাক্তি কাউরুরে। হৌজিক্তদা নিংশিংলকই। কোইথী থিরক্লে - "থোই থোই থোই -- মমাগী নাক্তা লাকও।" হন্না হন্না মমানা কৌই। অঙাংদুদি করিসু নাচুংবিদে মানা তৌগদবা অদুম তৌরি। মচাগী মখোন তাদ্রবদা পাখৎলি মিহুন চেনগুম চেনগানৈ। থোঙগাল ময়াদা ইংখোল মতোনদা লৈরিবা পুখ্রি মচাদুদা মমীৎ থমলকই। চেনচৎ চত্তুনা মফমদু য়ৌরুরে। মচাগী শমিন ফংদ্রবদা হঞ্জিল্লক্কুনা য়েন্নখা অকোয়বদা য়েংলকই।

— "হৈমা, কৈনো নঙনা তৌরিদুদি? কৈনো নঙনা চারিদুবো?"পাউখুম পীরক্তে। অপীকপী থোইথোইনা মমাদা য়ামাঙ অনীদু উত্তুনা নোকশিল্লকই। মমানা চেন্সিন্দুনা ময়া ফাক্কুনা য়েংই। হৈনৌ মচাশিংদু পাখৎনা ময়াদগী কোখোকই।

— "কয়াম চাখ্রগে নঙবো? ঐনা চাবা য়াদে হায়দ্রা? তুমিন অঙাওবী নঙবু কমদৌসিগে?" শাউরবী মমানা পীক্লবা মচাগী মনমগন্দা খুৎচাউদুনা থাজিনবী। অঙাংদু থেম লাকপা য়াদবমখৈ ব্রা ব্রা কপথোরক্লে। মখোঙ মখুৎ ফীদ্রিং ফীদ্রিং চোংনা চোংনা নমদুনা মনমদা থোংগৎলগা নাহোং থাদুনা পোশিল্লে। কুইদে নুংথিল নুমিৎ তারুম তারুম তৌরকপদা শাবুং শাবুংদমক তৌরম্বা অঙাং অদু মৈগুম শাগৎলক্লে। মমানা মকোক্তা ঈশিং অঈংবা থাদুনা মশাদু ঈশিং অঈংবা লুপ্পবা ফি মচেৎনা নানথোক্কুনা হোৎনজরকই।

লোয়াগী য়ূম মৈতে য়ুমজাওনি। মহাক্কী মমা মপা অনীমক লৈখিদ্রে। মাগী হায়ববু মহাক্কী নুপী অমদি পীক্লিবী মচাতনি য়ুম অদুদা লৈরিবা। মপা লৈতবা চহী অহুম শুখ্রে। মমাগী ফীরোই শোনখিবদমক ঙায়রি। মপানা থম্বিরম্বা য়ুমদু মচি মচি শকফম হোংলক্লে। পয়া পরৈ নাম্থোক্লে। য়ুমথক্কী ইনাশিং মরু ইকোক কোকশিল্লক্লে। নোংজু থা য়ৌরকপদা ইমুং লময়ায়দা চাকখুম কাদা নোং য়ুবা হৌরক্লে অদুবু হৌজিক হৌজিক্কী হুকনীংঙাইনা হেন্না লুবনিনা মমা মপা অনীমক্কী নীংশিং খুদম ওইরিবা য়ূমদুগী শোকথরক্লিবা ফীভমদু হন্না য়েংলুবা ঙমদ্রে। মহাক মতিক চানা মহৈ হৈরবনি। গ্রেজুএটনি অদুবু সরকারগী তলব চাবা থবক্তি ফনা হোৎনদুনসু তৌবা ফংখিদ্রে। মতমগী চৎনবী ঈরাং খঙদুনসু মদুবু য়োকখৎপা পাম্বা মীতাদু লোয়াদি ওইরমদে। মহাক্না ওজাগী দি পি সি য়াওবা কুমদা মাগী মামতোন্না লৌরাক অমা লৈরিবদু য়োম্থোক্লগা থবক তৌনবা হায়খি, মহাক্না যাখিদে। পুকচেল শেংবা অসিনা মহাক্কী লায়র তান্নবগী মরম অমা ওইরকখি। হিংদবা যাদবনিনা রিক্সো থৌদুনা মহাক্কী পুন্সি লেল্লকই। মতম অমদা মহাক্না কায়শি য়াখিদবা মপানা থম্বীরম্বা লৌরাক্তু য়োম্থোক্তুনা মমা নাবা অমদি কর্ম্ম তৌবদা শীজিন্নখ্রে।

নোংলী চাউনা চাউনা য়োৎশুকুম চুথবা হৌরক্লে। নুমিৎসু মতিক ময়াই শন্দোকপা লোইবদুনা নোংচুপ চীংদোল মরুমদা লৈথখ্রে। ব্রা ব্রা লাউবা নোংজুখোলনা মাইকৈ মবি নিনবা হৌরক্লে। নোংলক্তুন্দা পীক্লিবী মচাগী লোরবা খোঞ্জেলদু লোয়ানা তারকই। চবী ইতৎ তৎনা মাবু য়েংহৌবদু উরকই। মহাক্কী নুপীনা উপায় লৈতনা মকোক মরু ইচাউ চাউনা মচাগী মনাক্তা তৌফম খঙদনা ফম্লমগদবদুসু উরকই।

— লুপা চাম্মদি চপ চানা ফারে। চাবা চাদবা মসি পায়রগা ইচা হোসপিটালদা পুদবা য়াদে। হোসপিটালবু য়ৌরবদি ঈ য়োনব্রা করিনো থোক্ল থোক্লবা লাক্লনি। মহাক্না খল্লকই। রিক্সোগী খোঙনেৎ কন্না ওৎলকই। মশা পুম্বসু নোংনা চোৎশিল্লক্লে।

— রিক্সো ! রিক্সো ! খোঞ্জেলসিনা মাগী খোঙনেৎ তপথহল্লি।

— খম্নাম বজার ফাওবদা থিনবীয়ু। নুমিৎ তাশিনখ্রে।

মহাক্না নুপীদুমদি থিল্লম্লগে খল্লী। লুপা তরামঙা কুন্দি ফংগনি। মহাক্কী য়ূমদগী পঙলাপ লাপ্না হাইথগদবসু নত্তে। নুপীদু হাপ্তুনা মহাক রিক্সো থৌরক্লে। নুপীদু

মাগী চহী লোনগানি। সারী ফিইন তৌই, ওফিসকী থবক তৌবীদি ওইবা তাই। নুপীদুসু ৱা মচেৎ অমত্তা ঙাওলক্তে অকোনবা নোংজুগী চৈথেঙদু রিক্সোগী বোদি অমদি মানা তূপলিবা ছাতিন্দুনা ঙাকথোক্লদুনা ময়ূম য়ৌরগা লোইরে মতাগুম মশা তাশিন্দুনা ফন্নি। নোংনা লুপ্লবা লোয়াবু উবদা মহাকসু নুংঙাইতবদি পোকই অদুবু উপাই লৈতে। মানা পায়রিবা ছাতিন্দু তুপহনসিরা খল্লী অদুবু মদু পীথোকখ্রবদি মহাকসু চোৎলনি। পীক্লবা রিক্সোগী বোদিদুনা নোংলিকশিংদু ঙাকথোকপা মতীক মপা ওইদে।

— পুমচোৎ চোৎলেদো য়ূম্বু কদায়দনো?

নুপীদুনা অচীকপা থুগাইরকই।

— তেরাদনি। হল্লকপদা য়ূমদা অদুম চঙলগদবনি।

— লম্বী অমত্তনিনে অদুদি।

মখোয় অনী তুমিন তুমিন লৈনৈ।

— য়ৌরে সিদা খাম্বীরো।

লোয়ানা রিক্সো খাম্মী। ভারা পীরম্লগা নুপীদু নোংলক্কুদা তবি তবি চেঙ্গিনখ্রে। লোয়ানা রিক্সো মমায় লৈথোরকপদা রিক্সোগী সিত্তগী করিগুম্বা পোৎ অমা কোইলাসকী সড়ক মথক্তা তাখিবগী মখোন তায়। হন্না য়েংলুবদা হাইফেৎ চাউবা মনি বেগ অমা ওইরম্লে। মদু খুনগৎলগা হাংদোক্কুনা য়েংলুবদা মহাক খঙহৌদনা মিহুন চোংলম্মী। প্রেক প্রেক লাউবা চামা চাৎপীশিংনা বেগতু চেন চিংথোকপা য়াদবমখৈ ক্রক ক্রক চিন্না য়াওরি। মশিং থীরুদ্রবসু খঙলে অচৌবা শেনফম অমনি।

— মসি পুদুনা চৎলবদি ইচাগী লায়েংবা লেম পানা ওক্লগনি। অদুবু অমরোমদনা পৈশা মপু অসিদি অৱাফমদা শোয়দনা তারগনি।

মীৎকুপ খরদং মাগী কোক্কী লৈরোম্লুংদা অচুম অরানগী খল অনীনা থৌরি চিংবী শান্নরকই। 'মতম কুইনা থম্মোয়দা কোন্দুনা থমজরকপা অচুম্বগী মমিবু পুঙ্গিগী শোম্থরকপা মীৎকুপ অসিদা খোঙপাক্লা নোইহৎপা তারব্রা? ঐনা কনানসু খঙলোই উরোই খন্দোক্কুনা তৌগদৌরিবা মীনম্বা অরানবা খুদিংমক অসে ঐগী কোকথ ক্তা শেন্নদুনা লৈরিবা অতিয়া অসিগী মখাদনি।মহাক অমদি ঐগী মরক্তা অমকপা দাগফম অমা থম্বনি'। খঙহৌদনা মহাক্কী থম্মোয় ফাওনা চেল্লম্বা অশাবা ঈগী

অকনবা খোঙজেল অমখক তপ্না তপ্না নেমথরকই। মহাক্না রিক্সোদু মফমদুদা খাম্লম্লগা মনিবেগতু চেকশিন্না কোল্লদুনা নুপীদুগী থোঙজীন্দা লেপ্লরে। লোনখ্রবা থোঙদুদা তক তক থীল্লরে। থোঙ হাংদোরক্লে।

— "সোমগী মনি বেগ ওইরমাল্লে লৌশিনবীয়ু।" নুপীদু ঙাইহাক্তং কোকচাউবী কারম্মী। মহাক্না লাকপগুম্না মনিবেগতু মাগী মখুৎতগী লৌরম্মী।

— পৈশাদু শুবরা অমুক্তা য়েংবীয়ু।

নুপীদুনা উরে পৈশাদুগী মফম অমত্তসু কায়বা উদে। মাগী থম্মোয়দসু লোয়াগী থম্মোয় তোর্ববান্দা ঙা-থেংদুনা শান্নরিবা ঈথক্তুগী চৈথেঙনা মীৎকুপ খরা নীকহল্লম্মী। মদুগী মমি মাগী মাইথোঙদা তারম্মী।

— মরূপকী শেনফম অমা ফংলকপনি। নোং খাক লাউবা তৌরকপদুদা য়ুমদা য়ৌহৌরবদি খনদুনা লাকপদুদা থৌশাদনা তাহৌরজাৎনি। য়াম্না নুংঙাইজরে অদোম্বু থাগৎচরি।

অদুগা মহাক্না চাম্মা চাৎপী অনীখক বেগতগী লৌথোক্লগা লোয়াদা পীরকই।

— করিনো হৌনদে, ঐ মদু লৌজরোই।

— অদোম নৎলমদ্রবদি ঐগী পৈশাশিংসি ঐহাক ফংলমদবসু য়াই। মসি লৌবিয়ু ঐনা হরাওদুনা পীজবনি।

— অতোপ্পগী মফমদগী তৌবিমল পাম্লবদি করিগুম্বা খরা পুকচেল শেংনা তৌরুবগী মহৈ লৈতে। ঐ চৎচরগে।

অদুগা মহাক খোঙলৈ থুনা য়ুমদুদগী থোরক্লে। ট্র্যবকী মৈঙালদা নুপীদুনা মশা পুম্বা নোংনা চোৎলবা লোয়াগী নুপা থোকপা অদুগা অমকপা অমত্তা য়াওদ্রবা খোঙথাংদু ফনা কুইনা মহাক্কী মতুংদা লেপ্তুনা য়েংহৌরম্মী।

১০/০৬/০৪

# ঈথক

'দাইমন্দ', 'দাইমন্দ', 'দাইমন্দ' ডোক্তরশিংগী মরক্তসু সিষ্টরশিংগী মরক্তসু গ্রেদফোরশিংগী মরক্তসু অনাবশিংগী মরক্তসু মিংসিনা মনীংতম্না চেন চোংনা শান্নদুনা লৈবগুম তৌরি। মতমদু ঐ ভাইরেল ফিভর নাদুনা রেষ্টতা লৈরম্বদগী ওফিস কারকপা মতম্নি, শোক ২০০২ ওইরম্বা য়াই। মীয়াম্না মাগী মমিং তোয়না পনবা তাবদা মহাক্কী মরমদা খঙনীংবগী লাঙতক্লবা অমা লৈখি। অদুবু দ্যুতিদা অমুক্তা তামিন্নবা ফংলমদে। ঐনা দে তাগনি মানা নাইট তাগনি। ঐনা মোর্নিং তাগনি মানা ইভিনীং তাগনি। অসুম্না মতম খরা হৌখি। অদুগদি নোংমা ইভিনীং দ্যুতিদা ঐগা গোং থেংনরে। নুমিত্তুদা দ্যুতি তামিন্নবা স্বিপর নুপামচাদুনা তাকখি

– "ইমা অসিনি ডোক্তর দাইমন্দ হায়বদু।" ঐনা নুমিত্তুদা উখি কুচু ঙৌবা ফুট মঙাগা ইঞ্চি মাপন ৱাংবা লুমবনা কেজি হুম্ফুতরা লূম্বা মশক ফজবা চহী কুন্থ্রাতরেৎ নিপানগী নহা অমা ঐখোয়গী হোসপিটালগী গেৎ লাম্হোক্তুনা ওফিস তম্না চঙলক্লিবদু, মশা য়াম্না খীংই, লাক্লে হায়বগা য়ৌরকপনা হাল্লি। মহাকপু উরুবদা চুং ফীরাল চারবা পাইলোট নত্রগা নেভি অমগী শক্তম নীংশিংহল্লি। মহাক নোকফেৎ নোকফেৎ তৌনা ঐখোয়গী নাক্তা তুমিন ফম্লরে। মহাক্তি মীনৌনি ঐখোয়বু খরা কোইজবগুম তৌরি। অদুনা ঐনা হায় - ডোক্তর ঐখোয়গী হোসপিটালসিবু কমদৌবীবগে?

– অদুম নুংঙাইদা।

– "অহানবদবুদি খরা ৱাবনি সুম লৈখ্রবদি হোংনীংলোইদৌরিপোৎনিদা।" মহাক তুমিন লৈ। ইভিনিং দ্যুতিগী অনাবা কমপ্লেন লাক্তবদা হৈনীংদবা, মতম লেনফম খঙদবদু মশা খীংবা থবক তৌরগতা নুংঙাইজবা নহা অসিদসু ফাওরমগনি।

– ডোক্তর, য়ুম কদায়দগীনো?

– উরিপোক্তগীনি।

– অঙাঙ কয়া লৈবীরবগে?

– নুপা ঙাক্তা অনীনি।

ঙাইহাক ৱারী তৌনরগা মহাক অনাবা অমুক্তা য়েংলুখিগে হায়না হৌগৎখ্রে।

– সুনিল, নহাক ডোক্তরগী রাউন্দু খরা ইনবীয়ুনে?

ঐনা হায়খি।

– "ইন্দ্রবসু য়াররনি।" হায়রম্লগা মহাক চৎখিবদু ঐখোয়না য়েংদুনা লৈহৌই। নোম নোম শামু মচাদৌনা চৎখিবা খোঙথাংদু তরা সুনা থাংলমদৌবা মান্দে মহাক ৱাদি য়ৌখ্রে। ঐখোয়গী দ্যুতি রুমগা ৱাদিকা ফনা লাপ্লে।

– ঐখোয় কৈনো অমা চাসি।

ৱার্দতগী থোরক্লগা মানা লুপা চামা চৎপী অমা সুনিলদা পী।

– "অঙৈংবা মরি লৌবীরকউ অচাপোৎ খরগা।" নীংশিংলক্লে মহাক্লা লাকখিবদু ওলাংথাদনি।

– মরিদি য়াম্মল্লি অনীদং লৌরগা ঐখোয় য়েন্নরগা থকসি। পৈশা পাম্মুই। ঐনা হায়খি।

– য়ানি, অমমম অদুম থক্লসিদা।

সুনিলনা লৈরকপা অচাপোৎশিংদু টেবলদুমা থল্লবোই নীংই। ঐনা খল্লী, অসিননিদনা ময়াম্না মাবুতা শোন্নরিবসি।

অসুম অসুম তপ্না তপ্না ঐখোয় লোন্দিন্নবা হৌরক্লে। ওফিসতা হেক লাকপগা অনাবশিংগী মনাক্তা চৎখিনি। পুং অমারোমদি অনাবশিংগী রাউন্দা হৌখিগনি। হীদাক লৈজবা ঙমদবা অনাবশিংগী হীদাক ফাওবা লৈবীগনি। মাগী হায়ববু অনাবা ফৱগা লোইরে। মাগী পেসেন্টশিংনা মা লাকপা খৌরাংনা ঙাইজে নোংগৌবীনা কুমগী নোং ঙাইজবগুম। অৱা অনা কয়া মহাক্কী মফমদা লীজৈ। মহাক্লা হেক মহাক্কী নক্লবা মরী মতাগুম মখোয়গী অৱাবদা শরুক য়াই। মহাক্লা ঙম্বা মতাং থোক্লগনা মতেং পীরম্মী।

মীশিংগী মফমদা মাগী লমচৎ হোংবা লৈতে। মীৎয়েং খেন্নবা লৈতে অদুগা কনাগীসু মীৱা ঙাঙনবা য়াওদে। মাগী হায়ববু মীনা ঙাঙলগা তুমিন্না তাবনি। লনাই ওইবা মোত অমত্তা ফোঙদোক্তবনি অদুগা মোমোন নোকপনি।

– "মহাক্তি দাইমন্দা দাইমন্দনি।" ষ্টাফ অমনা নোংমা হায়খি।

– ইচেদি শৈরেং ফজ ফজবা য়াম্না ইদনা?

নোংমা মানা ঐঙোন্দা হায়রকখি।

— "কনানা হায়রিবা? করম হায়না খঙলিবা?" ঐবু থাগৎলকপদুদা ঐসু হরাওবোই করিবোই হংজিল্লি।

— মীনসু হায়নৈ, ঐসু থেংনরে।

অহানবা থেংনবদা মীংগৌ অমত্তা কৌখিদে। ঐনা খনখি "ঐখোয়সিবু মীনা মমীত্তা থাকপা থুপ্তবজাৎলা?" নুংঙাইজখিদে। নুমিত্তুদা মানা ইচে কৌবা তাবদা থম্মোয়সি খংনৌ নৌথোকখি।

— ডোক্তরবু শৈরেং পাবা হৈনবীব্রনে?

— "য়াম্না হৈনৈ। কলেজ তম্লিঙৈদা য়াম্না ইরম্মী ঈশৈসু ইদুনা শান্নে।" ৱাখল চান্নবা মীওই অমা ঐখোয়গী শিনফমদা থেংনবসিদা য়াম্না নুংঙাইখি। লাইরিক ইবা মীশিংবু মরুওইনা শৈরেং ইবশিংবু মীশিংনা ওইওইনবগুম য়েংনৈ। কয়া তিন্ননীংদবগুমসু তৌই। অদুনা ঐনা ঐগী ইবগী মরমদা কনাদসু হায়দোকখিদে অদুবু লোৎপদি য়াখিদে পুন্নমক্লা খঙনরকই। ইমান্নবশিংগা তিন্নবদা নাইতোম হেক হেক ইস্লোকপীরকপসু য়াওই। অদুগুম্বা মীৎকুপশিংদুদা মানা ঐবু তরাম্না ওকপীখি। করিগীনো খঙদে ভাইরেল ফিভরসি ঐঙোন্দা য়াম্না তৌগল্লি। ডোক্তরনা হায় "হকচাং শোন্দুনা তৌরিবনি।" নোংমা ষ্টাফকী মীওইশিং কোয়না ফমিন্নরিঙৈ মহাক্না মেদিকেল রিপ্রজেনটেটিবনা পীরম্বা সেম্পল ভিটামিন বি কমপ্লেক্স কেপসুল ময়াম অমা খুবাম থন্না পায়রদুনা থোরকই। ময়াম্না য়েংনৈ। তামিন্নবা ডোক্তরদগী হীদক নিবা হায়বসি হৌনশানি।

— "ঙসিদি হীদাকসি ইচেদা ওইনা পীরগে" অদুগা কনামত্তনা হায়বা নংদ্রিঙৈ ঐঙোন্দা পীরকই।

— ময়ামদগী ঐনা শাবান ফজবা ইহেন হেনবনিনা ঐঙোন্দা ওইনা পীরবনিনে।

ময়াম পুন্নমক নোক্লকখি। মহাকসু নোকখি। ওস্লোক্লা য়ামখ্রে হিদাক্তো থা অমা চানখি।

— ডোক্তর, ঐ হকচাং ঙমদবনা লোইরে, লোক লাইহৌ তৌরে। ইচাশিংদগী লৌরিবনি। ঙসিদি ঐ ৱার্দ চঙবকা ঙমজররোই। ছুটিসু লৌহৌদ্রে লাক্তবা য়াদদুনা লাক্লিবনি।

— "পোত্থাবীরো ইচে ঐখোয় অদুম তৌরগে।" মহাক্লা হায়রকই। ঐদি নুমিত্তুগী নাইট দ্যুতিদু ফমুংদা চঙদুনা হীপ্লে। হীপ্না হীপ্না কোক ঙাওবসু হৌরক্লে।

অমুক অনীরক হন্দোক্লে। মহাক্লা গ্রেদ ফোর থাদুনা হীদাক লৈহনবীদুনা অহীংদু লেল্লম্মী।

– ইচে কোক ঙাওবা খরা ফরব্রা?

– খরদি ফরে।

– ড্রিপ অমত্তং য়াম্সিরা নিংথি নুংঙাইনা চারম্লরোই অদুনা কোক ঙাওরিবনি। ঐনা হৌগত্তবদু উবদা নোংঙাল্লগা মানা হায়খিবনি।

– য়াল্লনুসিদা ডোক্তর, য়ুমদা ওইনা কাপচরুরগে।

নুমিত্তু ঐঙোন্দা পৈশা য়াম্না য়াওরমদে। মানা হিদাক লৈবগী পৈশা ঐনা হঞ্জিনগে হায়বসু য়ারমদে। নুমিত্তু মানা ঐবু য়ুম তান্না থিনবীরক্লম্মী।

মীওইবগী পুন্সিদা নুংশিবা হায়বসিমুক মমল য়াম্বা অতোপ্পা পোৎ অমা লৈরিবরা? মসিবু মহাক্কী ওইরিবা মীশক অসে অচম্বদি ওইরোই। মহাক্কী পুন্সিদা থেংনখিবা ৱারী কয়া লৌথুপ লৌকোয় লৈতনা ঐখোয়দা লীথোকখি। ৱারীশিংদু তারুরগা ঙসিগী তাইবংপান্দা মখোঙ তেক্লবা, মরোল থোক্তবা শোইনাইরবা অচুম্বগী শক্তমসি নত্তবা অতোপ্পা শক্তম অমা ওইনা মহাক্লা চুং ফীরাল চানা লেপ্লিবগুম ঐগী থম্মোয়না হেক হেক খল্লী। হোসপিটালদা মহাক্কী অনাবশিংতা নত্তনা অতোপ্পা ডোক্তরগী অনাবশিংনসু মহাকপু ঙাইজবা কোঙ্গাইনি। মহাক আইস আই ভি পেসেন্টগী ডোক্তরনি। য়ু.এস.এ.দা থা অহুম মরি ট্রেনিং চৎলুরবনি। মহাক্কী ও.পি.দি.গী অনাবশিংনসু কোয়তান তান্নে। ওফিসতা ফংলে তান্নরে। মহাক্লা হায় "য়ুমদা পোত্থাবা ফংদে, অহীং তূম্বসু ফংদে। অনাবগী পাটিশিংনা কোয়চিং চিংলৈ। ওফিসতনা খরবু ফৈ।" ওফিসতসুনি অয়ুক্কী ব্রেক ফাষ্ট লৌরমদাই, কৈনো কৈনো অমা চারমদাই, তূম্মমদাই অনাবা অমা নত্রগা অমা হেক্তা লাক্কনি। লাক্লিবশিংদু মহাক্কী ও.পি.দি.গী অনাবশিংনি। মাগীদমক ঐখোয়গা মীগা খৎনবা ফাওবা য়াওখি। ঐনা নোংমা চৈখি - "মফম মতম হায়বা লৈ ডোক্তরবু লাইরা? চাদ থাক্তবা য়াব্রা? চানবা মতম ফাওবা লৈত্রে। মবুক ফবা মীদি মীনা উশিত্তে হায়বদু চুম্বা জাৎনি।" অনাবগী পাটিদুসু শাউদে ঐগী ইতৌদা নোকপতমক নোকখি। কনাগুম্বা মচিং ফত্তবা মী ওইরবদি ঐবু থীনা চৈরমগনি। ঐগী ইথৌসু নত্তবদা করিগী ঐনা অদুক শাউরুবনো খঙদে। ওফিসতা লৈরিবা ষ্টাফশিংনা অহল নহা খায়দনা য়াম্না হৈনীংনা মাগা থবক তৌমিন্নরম্মী।

ঐগী অশোয়বশিংগী মনুংদা অমত্তং হায়রবদি অঙাংগুম তৌজরগা নুংঙাইজবা অসিনী। ঐগা য়াম্না লোন্দিন্নবা মীশিংনা মসি খঙই। অঙাং য়াম্না মাল্লকপা মতাং হেক হেক য়াওরকই হায়। নোংমা ঐনা মঙোন্দা হংখি -

– ওফিসকী কেম্পসতা শাৎলিবা লৈশিংসি করি মচুনা ইপাম পাম্মী ?

– "অঙাঙবনা ইপাম পাম্মী।" নোকমি নোকমি তৌনা খুম্মকই।" নুংশিবগী মচুদি অঙাঙবনি।"

– "ডোক্তরদি হাই রোমেন্তিকনিদনা।" ঐখোয় ময়াম নোকমিন্নখি। নোংমদি থাজদনা পাউ অমা তারম্মী। ডোক্তর দাইমন্দদু ত্রান্সফর ওর্দর থোক্লে। ষ্টাফ পুন্নমক্কী থম্মোয়দা চপ মান্ননা 'ই!' হায়নৈ। মহাক্কী অনাবশিংনা হৌরকই 'ত্রান্সফর তৌবা য়ারোই। ঐখোয় খবরদা হাপকনি। অচৌবদা ঐখোয় ময়াম শোই খোল্লগা ওর্দর ককহনগনি'। অদুবু কান্নখিদে। চৎকদবা মীনা চৎলগে হায়খি। অনৌবা সরকার অমা হেক লাকপগা দাউন সাইজিংগী মতমদা মিনিষ্টরশিংনা য়েংলিবসি শেমগৎ শাগৎপা নত্তে। কর্ম্মচারীশিংগী তলবক্কী ৱাফম নত্তে। পোষ্টিং থাংদোক থাংজিন তৌবনি মখোয়না চীনফা পুরিবসি।

– ডোক্তরদি ত্রান্সফর চৎলনি হায়নে?

নোংমা ঐনা হংখি।

– চৎপা তারেদনা মখোয়গী মচেঙ চারুবনিনা?

খোঞ্জেলদু মপূং ফাদবগুম তৌখি।

– ফমুং চাম্মা লৈবা ডোক্তর তরামঙা তরাতরুক্ক লৈগদবা হোসপিটালসিদি সুপ্নগী ডোক্তর মঙাখক্তংনা পুহৌবা তারেনে।

– মখোয়দি অদুগা খনবীবা নত্তেদা।

– খোইচাক থাবতনিনে মখোয়না খল্লীবা? নিয়ম চুম্না তৌরবদি ফৈ অথাবা কাঙবুনা কোয়থা থাগনি? লেঙদনা লৈবা কাঙবুনা চহী তরা লৈরবসু কনানসু মীৎয়েং চঙবীদে। য়াম্না চুমদবনি মখোয়না তৌরিবসি।

– ইচেনা হায়বা চুম্মী মখোয়গী অরানবা থৌশিলসিনা আশা লৈনা হৌগৎচরক্লিবা ঐখোয় নহাশিংগী হৈনীংবা মাঙহল্লি।

তাঞ্জাসিদা কানন থুংলরে। মহাক্না থিংবা লাকপা ঙমদনা হীক হীক কপ্পরে। মহাক ঐখোয়গী হোসপিটালগী ফিমেল এটেন্দেন্টনি। মহাক্না

তেক তেক তৌরগা মচা মরি থাকচরিবনি। নুংদাং নুংদাং থবক তারগা অয়ুক নুংথিল হোস্পিটাল কেম্পস্তা হোটেল তৌজরিবনি। মহাক্না ৱারক্লবদা ডোক্তরনা মতেং পাংবীখিবগী ৱারী কয়াসু লৈখি। মহাক্কী অনাবা হৌগৎ কাওখৎ ঙম্মনবা খরসু লাক্লে। মখোয়সু পি তানা কপ্লরে। তিন্নবগী নুংঙাইবা কায়নবগী অৱাবা হায়বসিদি মীওইবগী হৌনশানি। ঈথক্লা কন্না থেংলম্লগা চেনখিবা লৈরাইদুতা নত্তনা ঈচেলদুসু নীকখিবনি। ঐনা ক্না মতপ অমা পীরগা মঙোন্দা হায় -

— ঐদি পাক পাক লৈতবনিকো। ডোক্তর চৎলনি হায়বদুদা নুংঙাইতদুনা লৈবনি।

মহাক্না ঐবু য়েংদুনা লৈহৌই। থম্মোয়দা তারিবা মমিদুদি মীৎযেংদুনা ফোঙদোক্লি। চৎনা চৎনা ঐনা থৌদোক অমা নীংশিংলকই।

— 'ইচে, ঐ কোই কক্লে। থবক চিনমন্দুনা শমসু কোইসু ককপা শংদ্রে'। নোংমা মানা হায়খি।

— কোই খাক্লবদি ডোক্তরদি ফোর্সকী মী মানগনি। নুপাদি কোই মতেক খরা খাকপা, শম তেন্না ককপনা নুপা মাল্লি।

— ''ঐগী নাত্তোন শুমাংগী কোইদি ময়ায়দা তৎলি শমজিন্নদে অদুনা ঐনা খাক্তবনি।'' নুমিত্তুদা নোকমিন্নখিবদু ঙসিদি মীৎকী পি ওইনা শিন্থরক্লি।

তাং ৩০/০৬/২০০৪

# পাখৰী কোমগী মচুম

তলব ফংবা নুমিৎনি। মধু মাইথোং মকা লাম্না অহানবা এম আর গেত্তগী হাইদোরকই। মহাক্কী মমিত্তা ইহান হান্না উরকই মহাক্কী থাবল্লৈগী মচু শিথরবা ৱান প্লাইগী জলেম্বু মচুগী ফনেক্তু। অদুমা মঙায়রে চথোকপা মতমদা শেৎচরিবা। মচা মঙাগী নুংশিৎ মরম ফাৎপা উফুল ৱাইফুল ইতৈ তৈবা খোঙগ্রাওশিংদুসু মমিত্তা মথং মথং উরকই। "ঙসিদি বজারদদুম হাইজিল্লুখিগে।" মন্দা নুংঙাইনা ঈশৈ মতেক অমা ঙংনীংলকই। লম্বী লমজাও ওইরমদ্রবদি হুইদা ওইরবসু খোংলমগদবনি। ফুরিৎখাউদা চামা চৎপী মপুলনা লূম লূম লাউনা য়াওরি। লম্বী চৎনা চৎনা ৱাখলদা হীসাব শূরকই। দুকানগী বাকি, থাউ, তেন, আলুগী, হৱাইগী, ঙারী ঙাতায়গী বাকি। পোৎফম ফম্বীগী মনা মশীং ইন্সাং নাপীগী বাকি। চেঙদাইবী মোমোনগী চেঙগী বাকি। মধুগী ৱাখল পূমচাই চাইরে। খঙহৌদনা থরক হুনগৎলকই।

– "থোক্ল থোক্লবা লাক্লনি, নুপীগা ইচাশিংগগী মফি মরোলদি শোয়বা য়াদ্রবনি। চৎলমদাইদসু থাবল্লৈনা পাওমেঞ্জহৌবনি।" মধুদু চুমদ্রিং নুপী কৈথেলগী ফিয়োনফমদা হাইজিল্লকই। ফিয়োনবী নুপী অমগী মনাক্তা চঙশিল্লি। থেন্দুনা লৈরিবা ফিশিংদুদগী করম্বা মচুনা ফগদগে খনবদা থবক অমা ওইরে। ফিয়োনবীদুনা নহাগা ওইবগা খিত্তং হৈনদবগুম তৌনা ফনেকশিংদু পায়খত্তুনা য়েংই। মীগী মপুক্লিং খঙগল্লবী শায়াম থেংনরবী ফিয়োনবীদুনা নোকফেৎ তৌনা হংলকই -

– ইচেদুবু কুচু ঙৌত্রা মুত্রা তাদা?

– ইবেম্মাখোয়গুম্বনি অঙৌবগীশীংদা চল্লি।

– "অদুদি হৈখা অপৎপসিসু পকচগনি। মচুসু খাঙবা ফিসু ময়াম্মক্তগী চাউবনি। মসি ওইনা হেক্তা লৌবিরো।" হৈখা অপৎপা মচুদু মধুনদি কয়া পামজদবনি মচু মমেন থোক্তে হায়না খনবনি। অদুবু মখা তানা অওক অথোম তৌবা হৈনদবগীরা মৌনহাদুনা ঙাঙবা ৱাদু তানীংদবগীরা "মদুনা ফরদ্রা" হায়দুনা অদুম্মক লৌশিল্লক্লে। শেন্দোংদি কয়া হাইগৎনা লৌরিবনো খঙদে। লুপা চাম্মা

ঙেক্তরোক ঙৌনা বেগওগা থারগা কলেজ্জা তৌনা পীথোক্লম্নে।

"মতুংদস্ হেক চঙবীরকউ। তাদখোয়না লৈবীদ্রবদি ঐখোয়দি করম্না পো: য়োনগনি।" মাইথোং মকা লাম্না ফিয়োনবীদুনা হায়হৌই। মধুনা খল্লকই, "ঙিদাক গ্লাস অনী অহুম কুৎ লাউনা য়োংলবদি নখোয়গুম্বগা লাম্বা তৌনবদা মাইথীবোইদবা মধুনি। মদুসু থোকখিদ্রে ঙসিদি নঙনা ঙমজহৌবা তারে।"

— ফি-রোন য়াম্না লৈরেদো তলব ফংলব্রা ইবুংঙো?

খোঙ্গেলসি তাবদা মধু খংগ্রেক খংই। মহাক্লা চীনফা পুরবা খোঙ্গেল মমায় লৈথোরকপদা চেঙদাইবী মোমোন য়াম্না চীকখোন নাউখোনবী অমগুম লেপ্পুনা লৈরম্মী।

— "অং ফংলক্লে।" মধুনা হৈনীংদনা খুল্লকই।

— "অদুদি ইমা ইচাগীদু লোইশিন্নরশিনে। ঐসু নচনগী সোষ্টিগী পোং লৈব লাকপনি, পৈশাসি খরা হৈগৌনদৌরে। নঙ থেংনবা অন য়াম্না চারে। হন্দক্তি অদু অন হায়বক্লনুকো কোন্না অমুক য়েংনশি।" মথং মথং অপনবা লৈতনা ঈশিং ঈচেল জর জর চেল্লবকপা ব্রাহৈশিংনি। মধুদু তৌফম খঙদ্রে। মশাদু তিল্লাইখোম্বী চুবগা চপ মান্নরে।

— "কয়ানো লৈনখিবদুবো?" শোম্বাংননা হংলকই।

— মথং মথং অনীরক ব্রাংখিবনি হান্নগী চনী অমা হন্দক্কী চনী য়াঙ্খে অমা ব্রাংহৌবদুগা পুন্না লুপা চামরি য়াঙ্খেনি।

মধুদু করম্বা পুংফমদা য়ুমদগী খোঙ থাংদোরক্লবনো হায়বদু হেক য়ৌই: "মফমসিদা নংলমদ্রবদি ওৎলৈ পারৈ খরা তৌরম্বা য়াবনি। য়ুমদনা ঙাচেং থুমচেংকী দুকান বাকিনা খুনীং কাঙদুনা য়েংলমগনি। তুংদা ফল্লিবী ফিয়োনবী নহা অসিসু মমীৎ কুপ্পুনা ঐখোয়বু য়েংদুনা লৈরে। থোক্ল থোক্লবা কোন্ননা কোন্নগী হায়দু তারে। ইজ্জৎ লৈখিদ্রবী চীনগনবী অসিগা মফমসিদা কুইনা লেপমিন্নবা য়াপোং নত্তে।" মধুনা ফুরিংখাউদগী বেগ লৌথোক্লুনা লুপা চামবিয়াঙ্খেদ পীথোরক্লে। "পীগদবা লৈরবমক্তদা ফংহৌররোইদবগুম কৈথেল ময়াই অসিদা ওস্থোক্লা নাত্তে চাখিদ্রেদকো।" মুরুম মুরুম শোন্না শাউরংননা লংশিনবোই করিবোই পীরকই। ঙসিদি মীনা লাকচবা য়াদবী চীং নাচলগুম মখোঙ য়াঙবী মোমোন্দ তিল্লাইখোম্বী ওনখ্রে।

— “মতাং মতাং হায়বদুনি ইবুংঙো।”

মোং হাদনা পৈশাদু মশিং থীরগা খুদাংদা কিরিবা খুনাং চারবা ঈশিংগা শম্লদবা কুইরবা শেংগাউদুদা হাপচীন হাপচীন মোমোন্না খুল্লকই। অদুগা মোমোন নোক্না মাইথোং মকা লাম্না কৈথেল পোৎলক্লোমদা হাইজিনখি।

মধুনা ফুরিৎখাউদগী রুমাল লৌথোক্লুনা মমায়দা কারিবা হুমাংশিংদু তৈথোকই। মহাক্কী হেক মতুংদা ফিয়োনবী নহাদুগী মীৎ অনীনা মাবু কুপশেন শেন্নরিবগুম ফাওরকই। মাগী ৱাখলদা ফাওরিবা অফ ফত্ত খুদিংমকতু ফাথরগা শ্বর অমত্তং চনীং তানা হোম্বরগা অঙাংগী খোঙগ্রাও য়োনফমলোমদা অমুক লাক্লে। মমল খ্বাইদগী হোঙবা কাবক কাবক শেৎপসু মযাবা খোঙগ্রাও মঙা লৈরগা ময়ুমলোমদা মাইথোং মক্না হল্লকই। লম্বী চৎনা চৎনা হীসাবনা মকোক মনূংদা লৈশৌতিলনা তৌবগুম লেঙ লেঙ চৎলকই।

মরুপকী শেনখায় লীশিং অমা, অঙাংশিংগী স্কুল ফী ফাইনগা লোয়ননা লুপা চনী, মসিগী মথক্তা দুকানগী বাকিনা কমদৌবা ? ঙসিগী চেঙসু লৈরম্মোই। মমাদা ঙাসু লৈরক্লে হায়রম্বনি। মধুদু য়ারী থক খা খ্রক খ্রক কংলকই। বুধি লৌশিং পুম্নমক ফকচিল্লকই। “খল্লুদুনা করিবু কান্নরুগবনো ৱাবগী ৱাবা কোন্নদবগী কোন্নদবা য়েন অতাওবা ফোঙ ফোঙ শাবদুগা মহীদুগা খীত্তদুম য়োৎলুখিগে।” খঙহৌদনা হৈনীংদবা নুংসুক নুংজান্নবা খুদিং মাঙখ্রে। মতীন কুৎ কুৎ য়োৎলদুনা মানা নুমিদাংৱাইরমদা হেক হেক ফম্বা কাংজৈবুংগী হোটেলদুদা হাইজিল্লকই। মফমদুগী নুংশিত্তা চাইখাইদুনা শান্নরিবা অয়াকপা অদুম্নদি ওইরগা খোয়থুম্ননা থোক্লবা মনমশিংদুনা কমদৌনবু লৌথোকখিবনো মীৎনা কুপ্পদা মধুগী ৱাইচিন খমজিনবা ৱাখলগী পোৎলুম খুদিং মাঙহনখ্রে। মাগী নুপীগা মচাশিংগগী ফিশিংদু থারিবা ফাম্সাংদুদা দোম লাউনা মখোন থোকহন্দুনা থম্মী।

— ঙসিদি কোকসি ফনা ফজনা শাখ্রে অঙৌবদু প্লেট অমত্তা পুথোরকউ।

— তলব ফংলক্লব্রা?

হোটেল মপুদুনা হংলকই।

— ফংলে অদুনা মাথা শারিবনি।

— তাদখোয়দি মাথা শারবসু শানা থা থাগী লেঙদনা লাক্লি। পুবা শোৎপদা ওইরবসু ফংলি ঐখোয়নিনে লুরিবা পুফম শোৎফমসু লৈত। ঙাইহাক লৈরগা

টেক্স লুম্বসু লাক্লরনি।

হোটেল মপুনা প্লেত্তা য়েন অঙৌবা খাংদগী কোত্তুনা হাপ্না-হাপ্না হায়রকই।

— হৌজিক্কী মতমদা ৱাদবা মী লৈতে ঐখোয়বুনা বাকিনা চাবা নখোয়বুনা টেক্সনা চাবা।

অদুগা মখোয় অনী মোন্দা নুংঙাইনা হৌনা নোকমিন্নে। য়েন অঙৌবদুগা মারি মারিনা লংত্রিক লংবা মীগী পূক্লিং হকচাংবু সুম্বা ঙন্বা মহীদুনা গ্লাস অমা অনী, অহুম মরি মথং মথং খনাউদা জর জর চঙলকপা মীৎকুপতুদা মধুগী খোয়রাং খোয়শাউবা ৱাখল পূম্নমক নুংশাদা লেন্না তুম্বগুম তুমখ্রে। পুমতোপ তোপ্পা অৱা অনানা লান্দাবা ঙমদবা তাইবঙ অমদা খোঙদারক্লে। য়ু য়োনবা নুপা অদুনা মোমোন নোক্লা হীশাব তৌর তৌরদুনা মহাক্কী য়াথং ইল্লি। হয়িং হুমদে হায়বদা খাকই। মমৈথংদা মতীক চানা লৌহৌরবা মতুংদা মধুবু "য়ুমদা চৎলো থেঙখ্রে, হোটেল থোঙ লোল্লগে" হায়না তাল্লকই।

নুমিদাং পুং তরা তাখ্রে। মৈসু মুৎখ্রে। লম্বীদা মী ইচৎ চৎনদ্রে। মধুদু মাগী নুপীগা মচাশিংগগী ফিশিংদু কাউবা লৈতনা য়েপ্পুনা লাক্লি। ঙসিদি মহাক শগোল য়াচল লাক্তবদু মঙায়রে। নোংলৈনা চেনবা ঊনাগুম ময়ুম পাংলকই। মখুৎনা পায়রিবা ফিয়োমদু পুঙমদনা লুম্বা পোৎকুম্না তৌরক্লে। মকোকথক্তা থোনগৎলকই। মাংগোলদা থাবল্লেদু লালতেন অমা মুশি-মুশি থান্দুনা ফক শেগায়বা অমদা মচা মঙাগা লোয়নননা মহাক্কী নুপা হল্লকপা ঙাইজরি।

— ঙসিদি তলব ফংলক্কনি। নপানা ঙা লৈরক্কনি, নখোয়গী খোঙগ্রাওসু লৈরক্কনি। থাবল্লেনা মচাশিংদা হায়। নৌরিবা মচাশিংগী মাইথোং মকা লমজে "ঙসিদি ঙা থোংবা চাগনি।" মখোয় মশেন পুল্লাং লাঙই। থাউসু ঙাসু থাক্তবা ঙারী মতৎ অমা থাক্লগা থোংবা চেঙক্রুক থোংবগা থাউসু মচুসু মরোই মপাং, মরূ-মরাং সুনা থাকপা মশক ফজবা মনম নুংশিবা ঙা থোংবগা ৱাখলদা তুমিন চাংদম্নদুনা য়েংজে অঙাংশিং অদুনা, মতিন কুৎ-কুৎ য়োত্তুনা মপা লাকপা খৌরাংনা য়েংজরম্বনি থোংগাল্লোমদা। হৌজিক্তি মতমসু থেঙজিনখ্রে। চরী তৎলবা অঙাংশিং অদু চীকখোন নাউখোনবী অতূম্বগী লাইরেম্বীনা মতম্পাক্তা নুংশিনা নাউশুম্বীখ্রে। তূম্বা য়াদ্রিবা হায়ববু থাবল্লেতা ঙায়হৌরে। থেঙল থেঙলগা মহাক্কী ৱাখল চরাঙনরকই। কদায়দা তুদুনা লৈখ্রবজাৎনো? অয়াওবা পৈশা মখৈসু

...,শেগা মনবাবগা ফবাদুনা খোংবান্দা ইহ্দুনা মখোঙ খঙদনা লৈখ্রবজাৎলা'?
..ওস মওল খল্লবগা ফুক ফক্ত চৌগংচৈ মহাক্কী মাৎযেংনা অমম্বা খোঙগাল্লোমদগী
..র অমম্ভা হেন্দোকউ খাদ্রে। তাল্লকাসিদা খোঙ্গেল মপং ..লনা লাউবকপা
..শ্বাক খৰা তাবকই। থাবল্লেনা মনা থাংগক্তুনা খোঙ্গেদ্ লাকাশাল্লে।

- "হনমান্দি সমুদ্র লান্না চোংবনি। ঐদি হনুমানগী মনাও নুপানি, ভীমসেন ..শং নিংথৌগী মচানুপানি। কৈশামপাৎকী ভীমশেন। মপ্তা পোকপী দ্রৌপদি ..বক্রা, যেংজরো লাউ, ভাম্না ওাঁসাদি খোংবাল চোংগদৌনি" ; অকন অথৌগী ..না পীক থল্লবা মধুদ্ মখোয়গী লৈরক মচানগী উৎসবকী লাকম শিংগুম ..হৌদ লংথোকফম খোংবালদদা জোম লাউনা মখোন থোকহন্দুনা চোংথখ্রে। ..বক শুনংৎলবী থাবল্লেনা লালতেন্দু পায়দুনা থোঙগাল্লোমদা চেল্লোবকই। ..নপদা কোইযেং যেংই।

'এ ..সদা লৈবেনে সে ঐগী খুৎ পায়য়ুনে' মখুত্ত মাগী নুপাবোমদা ..খোবকই। থাবল্লেনা মধুগী মখুৎ পায়দুনা খোংবান্দগী চিংখৎলি। মমায, মামৎ, ..শা পম্নমক লেখোম লৈনাং অমোৎপনা থোক্লে। মশক লৌফম খণ্ডদ্রে। মাগী ..পীগা মচাশিংগগী লৈজরকপা ফিশিংদসু খোংবালদা ফুমজিনতৌবে। মহাক্কী ..তৌদবু উবগা কপকদ্রা নোক্কদ্রা তৌফম খণ্ডদনা ময়মলোমদা চিংদুনা থাবল্লেনা ..ধুবু পুরকই। মখোঙ মখুৎ হামদোকপীরগা মফি মরোল হোংদোকপীবা মীৎকুপ ..দদা চাংদুম অমা লেন্দ ম্লাইদ তৌদুনা লৈমায়দা কীন্থরকপগুম ইমুং লময়ায়মক্তদা ..দাম লাউনা তুথবক্কে। অদুগা আশিবগুম তাদুনা লৈথোকখ্রে। থাবল্লেগী থম্মোয়দা ..খোয়রাং খোয়শাউবা ব্রারৌবনা মতম অমত্তদা লান্দারকই।

- চাউখ্রবা শাজাউ আসিবু ঐনা করম্না হৌগত্তুনা ফম্মং তান্না পুগানি?
  থংনবা মীৎকুপ্তা চাক লাম্না তুমখ্রবা মচাশিংগী ব্রাখল তৌরকই।
- মফমাসদা অদুম তুরসনু। কাঙনা য়োমদুনা শিরবসু শবসনু।

নংশাশ্বর ফুইনা হোন্দুনা ফম্মুংলোমদা চঙলকই। মখোঙ তেক্লি তেক্লি ..তৌববা দবল বেদকী ফমুংদা ফৈনা য়ুংনা তুম্নরিবা মচাশিংগী মরক্তা মহাকসু চনবোই ..ন্দবোই হীপ্লবে। 'অসুম্না থোক্কনি খঙলম্নবদি ঙসাইনা কনাদগী পুরু থিরুবগা ..রদং হচাশিংবু পীজরম্বা য়াবনি। মচা পীশক পীশকাশিংসিগা সুফম নোম্ফমসু ..ঙদে। কারিনো ঐনা তৌগদৌবসি? ইব্রাগী মরল নোক্লা চায় হায়নবদুবু অসিরা'?

ফনা কুইনা ৱাখলদা লুপ্পুরবা মতুং তূমথগে হোৎনৈ তূমথবদি য়াদ্রে। কাংখলগী ৱাংমদা লাউ খোংলিবা মীশা পান্নবা কাওশিংগী খোঞ্জেল তাবদা তূম্বা ঙমদনা অমুক হৌগৎলক্নে। ফি মতৎ মতা খরা থিদুনা মধুগী মনাক্তা কাওমৈ খুরম্নগা মহাকসু ফম্মুংদা চওলক্নে কাওখল য়েপশিন য়েপশিন্না চরী তৎলবা মচাশিংগী মরাল লৈজদ্রবা নৌরিবা মায়থোংশিংদা অমুক য়েংই লময়াইদা তারিবা চীংগুম্নবা শাজাওদুদা অমুক য়েংই। থৌদোকসি অনৌবদি নত্ত্রে কয়ারক থেংনখ্রবনি। কয়ারক মপুম থিৎনা কপখ্রবনি। খওহৌদনা ঙসিদি হঞ্জিল হঞ্জিল মৈশাশিংনা য়ৈবদা মাগী থম্মোয়সু কনশিনখ্রমাল্লে। খওহৌদনা অহল ওইরবী মহাক্কী মবোক্লা হেক হেক হায়খিবা,

— চেঙ লৈতবা নুমিত্তা হাও চখোমজাউ তরেৎ থুংলৈ হায়বদু নীংশিংলকই। অথেঙবা অহীংদা থাবল্লেদু হাইফেৎ নোক্লীংবা ফাওরকই।

১৯৮০

# মোমোন মীনোক অমত্তং

— ‘ইমা, ঐখোয়গী দি.পি.সি.গী ফল হায়দোক্লে। ঐগী মিং অহানবদা য়াওরক্লে’। চীংথংনা য়াতোন ইরং লংনা নোক্কুনা মমাগী মমাঙদা লেপ্লে।

— করি হায়বা ইচাবু ইন্টর্ভিউ পাস তৌরে হায়বা। নুংঙাইরেদকো ঈশ্বর ইবুংঙো। নহাকসে লৈদি লৈবজাৎনিদা।

তমুবীদু ইবাং লাঙজে, ঈশ্বরবু খুরুমজে।

— অদুদি ইমা ঙা অহাওবা অমত্তা লৈরুখিগে নুংঙাইবা পাউসে নন্দোমচাখোয়দসু তম্মুগে, নঙ চখোকখ্রনুকো। ইমানা হল্লক্লগা চাক থুনা থোংলগদবনি।

তমুবীদু খাউ য়ান্সিন্দুনা থোকখি। লম্বী চৎপা মীপুম খুদিংমক্কী মাইথোং নকা লাম্না মহাক্না উরকই। মহাক্কী মাইথোংদা আশাগী মমিনা চেন চোংনা শান্নরকই। মহাক্কী হবাওজবা ঙমখে লৈত্রে। ঙকপসু পোক্লম্মী কনা লৈজদ্রবা লুখ্রাবী মচানা অসুন্না হৌজিক্কী মতমদা থবক অমা ফংগনি হায়বসে অঙকপা ৱানি। অদুগুম্বা মঙ অদো ঙসি তাইবঙ ফাওরকপসিদা মহাক্কী হরা ওজবা ঙমখে লৈরমদে। মহাক্না কয়ারক হন্না তাখ্রে মতমসিগী থবক্কী ৱাবী। মমল য়াম্না পীবা ঙম্বা মীনা থবক লৈনৈ থবক্কী মমল মাগী মাগী থাক্কী মতুং ইল্লি। লাখ অমদগী লাখ অনী অহুম ----- অসুম্না। মানা অহানবদা খল্লম্মী অশুক য়াম্বা শেনফম্বু কদায়দগী লৌরুগনি। কোটাগী ৱাফম অমসু মহাক্না তাখি অঙম অথৌ ফম্নাই তুনাইবশিংগী কোটা, মন্ত্রি এমঃএলঃএঃগী কোটা, শক্তি পায়বশিংগী কোটা। লৈবাকসিদা লৈরিবা মীপুম খুদিংমক মহাক্না কনাবুসু থজবা ঙমলমদে। ঙশিদি মশাদা হকথেংনরবসিদা ‘আশা পুম্মাং মাঙবসু য়াদে। অফবা অশেংববু পামজবা মদুগীদমক হোৎনজবা মীসু লৈতবা নত্তে।’ তমুবীনা খল্লকই। মপানা নৌনা হুন্দোকপীরম্লবা নাইতোম পোকচবা মচানি। নীংশিংলকই মহাক্কী নহা ওইরিঙৈগী পুন্সি মতেক্তু। কয়াদা মশেক মঙাল নাইখিবা ! মহাক্কী মপুরোইবগী নুংশিবা মীৎয়েং থাবল্লক্তা মাগী পুন্সিনা চন্দ্রমুখিগুম হাইনা হুম্না লৈশাৎ তমজখিবা মীৎকুপশিং অদো ! নীংশিংবা খুদিং থম্মোয়বু ঈথক হৌহনবা মতম অদো

— তমুবী নঙসে ওম্থোক্না ফজে। নঙবু ঐগী ওইনা ফংজবসে লাইবক ফবনি।

নোংমা মহাক্কী মপুরোইবনা মহাকপু মুন্না য়েংদুনা হায়খি।

— অচুম্বরা ?

— অচুম্বনি। লৈকাইসিদা লৈবা মৌনহা পুম্নমক্তগী নঙনা ইহেন হেল্লি।

— নঙগী ওইবদুদা তৌরিবনি।

— নত্তে, ঐগী ওইবগী ৱা নত্তে। নঙনা য়ুমজাও লাইরেম্বী হরাওবদা তখেল্লে নাচোম অমা চিগোংলৈনা ময়ায়দা থেৎচিল্লগা থেৎখিবদো। নুমিত্তুদা ফজখিবা নঙগী শক্তো ঐহাক কাউবা ঙমদে। মীৎফম হোংবা ঙমদে। ঐতা নত্তে লৈকায়গী মীপুম খুদিংমক নঙবুতা য়েংনখি। নঙনা থম্বাল্লেখোক মচুগী ময়েক্লাইবী শেৎলগা লমথাং খুৎহৎকী ফি অপাবা ইল্লগা সনাগী লৈতেং ময়াম থোমজিন্দুনা জগোয় শাবদো য়ুমজাও লাইরেম্বীমক্লা থোরক্লুনা জগোয় শারিমাল্লে হায়না খনখি।

— হায়হেদে। ইমা ইবেম্মদা লঙজবা ওইনা থোক্কনি।

— করিগী লঙজরুনি ফজববু ফজৈ হায়বনি। নঙদি জগোয়সু য়াম্না হৈরম্মীনে। কদায়দবু তম্মুরিবা।

— লৈশারিঙৈদা য়াম্না শারকইদা।

— কদাযদা শাবিনোনে ঐদি অমুক্তসু থেংনখিদেনা।

— নঙগা খঙনদ্রিঙৈদা শারম্মী। নঙগা খঙনবা মতুংদগীদি জগোই শাবা নংহৌদ্রেদনা।

— 'নঙবু লুম্বা পাখংশিংনা চৎপমক্তদা নখোয়গী লম্বীদো কুৎলবোই নীংই। অদুদদি ফংহৌররোই হাযদুনা তাপ লাকইনিদনা।' অদুগা মখোয় অনী নোকমিন্নখি নুংশিনা। কয়াদা নুংঙাইখিবা মীৎকুপশিং অদো মহাক্কী ! অৱাৎপা অমত্তা লৈখিদে মতমদো। নীংশিংবগী চেনা হাইদোক্লুবা খূদিং ময়াই কারবা য়েন্নীংথাগী ঈশৈগী ময়েকশিংনা থন্না ইরম্মী। মদুগী খোম্থাংনা মহাকপু কঙাওনহল্লম্মী। নোংমসু পীক্লিবা মচানা চহী অমা সুরকপা মতমদা মখোয় অহুম মেলা য়েংবা চৎমিন্নখি। মেলা য়েংলুবগী নুমিদাংদুদনি -

- ঙসাই ঐখোয়গী তুংদা কোইন ইন্নবা নুপাদু কনানো?

- কনা ইন্নরবগেনে ঐদি উদেনা।

— উরোইনঙদি, কদায়দগী উগনি? নঙগী লৈশারিঙৈগী চাক্লখিবা অমদি শোয়দনা ওইরমগনি। ঐ য়াওরি নচা য়াওরি হায়বকা কাউবমখৈ হুরান হুরান য়েংনবদাইনে ?

— হৈমা মতা অমনি কদায়দগী লামশিল্লকইনো অদুবো ?

— নখোয়গী মখা লৈকাইগী বীরেন হায়বরা ধীরেন হায়বরা অদো।

— অচুম্বনি ঐদি উহৌদে কনানো খঙলবদি হায়বীরকও।

— তূমদবা মী হৌদোকপা লুই হায়বদুনি ঐনা অঙাংগী শান্নপোৎ লৈরিঙৈদো ৱারীকা শান্নরম্বদাইনে ?

— হৈমা অদু ওইরে ! মাদি ঐখোয় লৈকায়গী ইবুংশিংনি নহানমখৈ যূমদা লৈতে, লাম্মীনি। মপান্দা কুইনা লৈরুবা মতুং পুজাগী ছুটি ফংদুনা থোরকপনি হায়।

— অদু ওইরবসু নঙদি নুপা নহাদা নমিৎ য়াম্না চোইগল্লি।

নুমিত্তু মখোয় অনী হাইফেৎ কন্না খৎনখি নুমিত্তুমা ৱা ঙাঙনখিদে। খল্লুরগা তমুবীগী চীনবান নাকচিদা মোমোন মীনোক অমা মকা ফোংলরি। খুদিংমক হৌখ্রে। চৎখ্রে। থম্মোয় পান্দবা মতমগী ঈচেলনা মহাক্কী পুন্সিগী য়েন্নীংথাবু তপ্না তপ্না চেম্থদুনা পুবীখ্রে। মদুগী তুংদা মহাক্কী পুন্সিনা নাকেনথাগী কংলবা উপাল ওইনা লেপহৌখি। তম্বা ঙমদে মীওইবগী পুন্সি। নঙগী নৌরবী খূজেংনা লৈ লৈদুনা পুরি কনাগী পুন্সিবু তাল্লবা হিদেম্তাফমদা। আশাগী পল্লোন ৱাংমদা। মহাক্কী নুংশিবদা ঙাওজখিবা মহাকপু কনাগী মীৎয়েং চঙহন্নীংখিদবা মহাক্কী খম্বন চাউরবা নহা ওইরিবা মপুরোইবনা মহাকপু থাদোক্কুনা অমুক হল্লক্করোইদবা খোঙচৎ অমদা তাইবংগী সনম মিনম ৱাংমদা চৎখিবদু পীক্লিবা মচানা সুপ্লগী চহী মঙা শুরকপদনি। মীৎকুপ অদো মহাক্কী মপুরোইবগী চিতাগী মৈখুনা মহাক্কী মঙলান তাইবঙ অনীমক পুমকুপ কুপশিল্লকখি। সুক্কা মল্লবা অহীংদা মাইকৈ মাঙখ্রবা হিরোইনা পাক্লবা ঈপাকথক্তা মাইকৈ লেপফম খঙদবা অদুগা পাঙখক ওইখি। মপুরোইবনা মাগীদমক পীক্লিবা মচাগীদমক করিসু থম্বীরম্বা ঙমদে, সুপ্লগী থম্মোয় পাথোক্লবা নুংশিবা অদু নত্তনা। ঈরোন্নুং অদুদা লুপ্তুনা কয়াম কুইনা লেনগনি? চাদবা য়াদে শেত্তবা য়াদে। লু-তোংনা শাবা মীওইবলক্তা হিংলিবা অহীংবা মীনি মাদি। মসিগীমথক্তা মচা শেমদবা য়াদে অদুনা মহাক্লা থম্মোয়গী নিঙাই পুম্নমক তাবুনুংদা চেংনা নমশিন্দুনা থমখ্রগা ফনেক ফীবান চিংখত্তুনা অপীকপা মচা পুদুনা থবক শুবা থোরকখি। চ্যেক নুং হোনবা, লৌ কূম্বা মতম মতমগী থবক পুম্নমক তৌদুনা হিংনবা হোৎনজরকই। মমা মচাদনি ইকোম কোম্না চাজরকই। মীপুম খুদিংমকসু

মহাকপ নংশিবীরকই ফজবা হাযবাসনা চন্নদবা কদায়দব লৈবগে" অদব লাবরদি পাক্লবা মচাবু কোইপু পুবা অদান। নোংজু নুংশা মলক্লা পাক্লবা মচাগী মফমদা মহাক্কী ওইরিবা পুন্সিবু মামি তাইন্নীংদে অদুনা মচাবু মাগী ইংখোলদা থোঙগাল লোক্লন্দুনা থম্বীরম্নগা মহাক্লা থবক শুবা চংলমই। অদব মসমা কয়াম কৈনা কাজিন পাঙ্গন্দুনা থম্বা ওমগনি মনীং তমজনীংলবা থরায় অমব। শম্লল শাদোক্লনা লৈকাইগী মমান্নবা কয়াগা তোয়না শান্নবা হৌবক্লে। নোংমা মহাক্লা থবক চংলবা হল্লকপদা মচানা কপ্পুনা লৈরম্মী।

- কৈদৌবে কনানা ফরক্লে ? খজাইসিদা খুজিন মফম শাংনা তারিবসি কনানা তৌববনো?

বোবোনা খোংলিবনি। মখোযগী মমানস ফই।

- কার তৌবগী ফুরিবা?

- মানা ঐগ্ঙোন্দা খুজিন্না খোংপদুদা ঐনা মঙোন্দা নংনা থাউ। মমানা ঐব এচা শেন্নান খঙদবী অঙাওবাগা মচা হায।

- নঙাদি করিগী লৈকাই কোয়র্করি? ঐনা যমদা সম লৈমা চাযদ্রা? চকোমই অদম তৌগদ্রা?

মচাগী মনা অমুক লৈথংপীরম্মী।

মমৈথংদা মচাবু কোন্দুনা মমা মচামক কপমিন্নবম্মী। মতুংদদ মচান পুদনা থবক শবা অমুক চংলক্লে।

থন্নানগী অতিয়াদা নুংশানা মতীক মগুন পুম্নমক উংলাগে মতাগ্রম চাইথোক্ল। নোং হাংখিবদা ঙাযরি। তমুবী থবক শুবী মমান্নবীশিংগা লৌপেংলে। নুপী তবেংকী মপু ওইববা লৌবু তোমালনা লৌরীগী অকোয়বদা কোয়চং চত্তুনা তমুবীগী ফজবা শক্তমবু মিতারি। অউপ্লাংগী মঙ মঙলি। মপাং শেংনরবা শাজি অমোমাশিব ফাননবা। মহাক্কী সুম্মাংলবী শক্তম অসিনা অউবতা পাম্বা, তয়াং তশোইবা মাগী থম্মোয়বু ঙাওহল্লকপা কুইরে। তমুবীসু খঙজরম্মী মপাগুন্নবা অহল অসিনা মঙোন্দা যেংলবা নীংযেং। খল্লুরগা থম্মোয়দা তানা থিনবগুম চৈনা ফাওই। মহাক্কা মপুবোইনা লৈবম্নবদি কনানসু মহাকপু উশিত্তবা ঙম্লোই। মহাক্লা খুদিংমক উবববা উশিন্নদা মথৌদা পুক্লিং চঙলম্মী।

থবক শবগী খুংশুমল যেনবা নুমিংনি। মী পুম্নমক যেনখ্রবফাওবা তমুবীগী

শরুক থুংলমদে। মতম ফনা থেঙজিনখ্রে। অপীকবা মচাসু শান্নবদা ব্বারদুনা বোরা অমদা তাদুনা তূমখ্রে। কাইনথংদা তমুবীগী পালি লাক্লে।

— করিগীনো অসুক য়াম্বা পৈশাসিদি? ঐখোয়গী খুৎশুমলদি লুপা লীশিং অমমমতা নত্রা?

লৌবু তোমালনা চাম্মা চৎপী মপুল অনী পীরকপদা মহাক্না হায়রকই।

— ঐনা মতেং পাংজনীং তৌবনি।

কুইনা মংদুনা লাক্লবা নোংদুম্না অখাক অরাওগা লোয়ননা চুথরকপগুম তৌরম্মী অদুবু ফূগাইরবী মালিকা লৈরাংদি নোংলিকশিংবু নাচুংদবমখৈ অদুম্মক লৈশাৎ তমজবনি। মতীক নত্তে কনাগীসু মহাকপু মাইথীবা পীবদি।

— ঐগী খুৎশূমলদু নত্তনা কনাগীসু অহেনবা মতেং পামজদে।

— ঐনা ইবেম্মগী মফমদা ব্বা অমা হায়জনিংবসি কুইরে।

— ঐগী ইচা লৈরি। ইচাগী মফমদা, ইচা য়োকপদা অমকপা অরানবা অমত্তা লৈহন্নীংদে।

অদুগা মহাক্না তোমালনা মখা অমুক তারকপা ঙাইরমদনা মমাঙদা তারিবা চাম্মা চৎপী মপুল অনীদুদগী অমখক লৌখৎলগা তূম্লিবা মচাদু মনমগন্দা থোনগত্তুনা খোঙলৈ থুনা মফমদুদগী থোকখি।

— করি হনুবীনোনে র্হোন খোংবগা অমত্তা তাদ্রিসিবো, তক্তনা তোক্লনিনে।

মতুংলোমদগী খোঞ্জেল অমা তারকই। তুং হন্না য়েংথোক্লবদা মচাগী লেংগা ওইগদবা পাখং অমা মাগী হেক মতুংদা মোটোর সাইকল অমা ব্রেক ফাদুনা লেপ্লম্মী। তমুবীনা হোয় মাই হায়দনা খর চখোক্লগা ঙায়োনফমলোমদা চুমদ্রিং চঙলকই।

১৯৮০

# হাঙলবা পোন

– রাধা মী লাকএ, রাধা মী লাকএ।

ঐনা য়ূমদুগী শূমাং হেক য়ৌখিবদা খোঞ্জেলসি তারকই। মশক্তি উবা ফংদে। কদায়দগী লাউরকলিবনো হায়দুনা কোয়রৈ লৈনা য়েংলুবদা শূমাং মতোন্দা হৌবা লৈহাউ পাম্বী অমগী অনেম্বা মসা অমদা য়ানবা পোন অমগী মনুংদা মহাক কোয়চেন চেল্লি। নুপীমচা অমনা মোরা অমা মাংগোলদা থাররে। ঐনা ফমথরবা ফাওবদা মহাক্তি হঞ্জিন হঞ্জিন কোয়রাউ লাউরি। মহাক্কী মতৌদু য়েংবদা নুংশিবা পোকই।

– মোতি, লাঙনু তুমিন লৈয়ু।

নুপীমচা অদুনা লাউরকই অদুদতা মহাক তুমিন লৈখ্রে।

– ইবুংঙো সোমদা লেঙশিল্লকও।

য়ুম্নুবী অদুনা ঐবু কৌশিল্লকই।

থা অহুম মরি সুরক্লে ঐনা রাধাগা মনাউনুপীগা ট্যাসন তম্বীরক্লিবসি। ঐনা লাকপা খূদিং মোতিনা মহাক্কী অশংবা মসা অনীদু ফন্দোক্তুনা পোন মনুংদা কোয়চেন চেল্লি অঙাঙবা ফজরবা মচীন্দুনা কাখত্তুনা হেক হেক হায়রকই।

– ওজা লাক্লে রাধা। ওজা লাক্লে রাধা।

রাধানা হেক চৈদ্রিফাওবা লাঙবা তোক্তে। রাধানা খরবু ফৈ মনাউনুপীদি য়াম্না শাউই চৈনা কনগে তৌই অদুতদা মহাক তুমিন লৈখি। ঐগা মোতিগসু খঙনরক্লে! ঐনা চৎপা খূদিং মাগীদমক চুগা অফংবা উহৈ খরগা পুবা হৈনবক্লে অদুনা ঐ হেক লাকপা উবদা মাগী হরাওজবা ঙমখৈ লৈত্রে। "ঐগী করি পুরকই ওজা" হায়না কোয়চেন চেল্লি কোয়রাং লাঙই। কয়াদা নুংশিখ্রবা মাগী মতৌদো। মহাকপু মরোল তম্বীরিবী য়োকচরিবী রাধাগা কয়াদা নুংশিনরিবা! ঐনা চৎখিবা খুদিং রাধানা মাগী ঈশিং থাবীরম্মী। মোরোক অঙাংবা অমূনবা থাবীরম্মী। অফংবা উহৈ ব্রাহৈ থাবীরম্মী। করিগুম্বা মতমদা পোনগী থোঙ হাংদোক্তুনা লৌথোক্লগা শেংনা ইরুজথোকপীগনি, মতু মমান তৈথোকপীগনি, কোন্দুনা চুপ্পীগনি।

– মোতি নঙ ঐবু নুংশিব্রা?

— নুংশি, নুংশি, নুংশি।

— ঐনা নঙবু রা হাঞ্জিন হঞ্জিন ঙাঙগনু হায়দ্রা ?

হায়।

— অদুদি ত্থামন পেয়্।

তুমিন লৈত্রবদি কৈদৌনি ?

— ঈশিংসু থাবীরোই, সেমসু পীজরোই, অদুগা সে সি উব্রা ? সিনসু কন্দোইনি। রাধানা চৈ থাংগত্তুনা হায় অদুত্তা মহাক ত্থমিন্না হেক হেক লৌখি।

রাধা য়াম্না ঈং তম্লী অদুগা লাইরিকফবীনি। পিঃয়ুঃ সাইন্স সেকেন্দ ইয়ারদা তাম্লিবী ছাত্রিনি। মচান মনাওঃ মখোয় অনীদনি নুপা অমত্তা য়াওরমদে। মহাক্কী মনাওনুপী মনাদ ক্লাস সেভেন তাম্লি। রাধাগা মনাওনুপীগা মোতিগা মখোয় অহুমগী তাইবংদা ঐসু পীক্লবা শরুক অমত্তং লৌরক্লে।

— ওজা লাকএ রাধা, ওজা লাকএ রাধা। নঙদি ওজা নুংশিদ্রা ? ঐদি নুংশি নুংশি নুংশি। অশংবা মসা অনীদু ককথৎপীরবসু ফন্দোক্লদুনা পোনগী মনুংদা কোয়চেন চেল্লি। মহাক্কী সম্ভুম্না কনমনখিদুনা লৈহাউ পাম্বীদু হাইরি অকনবা নুংশিং মাইয়োক্লবগুম। মতমদু লৈ শাংপা মতমনি। সনা মচুগী মপালনা য়োল্লবা লৈহাউ পাম্বীদু মশা তনাপ তনাপ্পী, মকে শেল্লবী, ইনখৎলকপী রাধাগুম য়েংবদা পুক্লিং নুংওল্লি। নুংশিবা লৈনম্না মাইকৈ থুংনা শন্দোকখ্রি। মোতিগী মত্তৌ উবদা রাধাদু নোকথোরক্লে।

— অঙাওবী অসিনা তৌরিসি য়েংউ।

অসুক কুইনা লোয়নরকপদা নোংমত্তা উখিদে অসুক সুক্ষ্মৎপা মীনোকসে। "মপালনা য়োল্লবী লৈহাও পাম্বী অসিগা সুক্ষ্মৎপী মীনোক্লা লৈতেংবী রাধাগা কনানা হেন্না খোয়রাংহনবগে ?"

ঐগী থম্মোয়না তত্তনা হংজে।

ঐনা য়ুমসিদা অহানবা লাকপা মতমদা লৈহাউ পাম্বী অসি লৈপোম তন্নমদে। মতমগী মতুং ইন্না অপোম্বীশিংনা উসা খুদিং থল্লকই। অদুদগী ফুগাইরবী লৈরাংনা লৈতেংলকই। থাজরুদবা মীৎকুপ্তা ঐগী থম্মোয়দসু লৈপাল অমা লৈরাং লৈমি তন্নক্লে। মতমগী খোঙচৎপু কনানা মাইথীবা পীগনি ?

পিঃয়ুঃসাইন্সকী অরোইবা একজাম পীনখ্রে। ঐহাকসু রাধাখোয়দা চত্তবা, মোতিগা মচীনমনাও অনীগগী কুম্মে উদবা কুইরে। থা অহুম মরি সুরক্লে। ঐগী

থম্মোয় ফীজং হাইদোক্তুনা মূনা মূনা য়েংলকপা রাধাগী মীৎয়েংদুদি মুৎখিবগী মহুৎ হেন্না হেন্না ময়েক লাখৎলক্লে। "মসিবু হৌনরিবা? ওজা অমনা মহাক্কী ছাত্রি অমদা য়েংলিবা মীৎয়েংসিবু চুন্নিব্রা?" ইশা ইথস্তা হংজদবদি নৎখিদে অদুননি থম্মোয়নুংদা ওল্লিবা ৱামৈগী মৈশা অশে মহাক্কী মফমদা শোকহল্লুদনবা কন্না হোৎনজখিবা অদুবু মৈরীদুগী মশেক মঙালদুদি ইশামকফাও খঙহল্লমদনা নাম্থোকখিবা কোঙগাইনি। মৈশা অশে মঙোন্দসু ফাওরবজৎলা? ঐনা য়েংলুবা খুদিং মাসু লোন্না য়েংলম্মী। মীৎচান্নরুবা খুদিং মথুম মরাং হৌরবা থম্মোয়গী মমি লুরবী নুংশিরবী মীৎস্নাদা ময়েকলানা তাখি। মহাক্কী চেকশিনবা লমচৎনা নীংথিবী শক্তমগী তোমথিন ঙানবী শম্বুগুম রাশি হাপ্পদু কাউওমদনা লেল্লি।

— ট্যুসন তম্বীবা চৎলিঙৈদদি ঙস্তা ঙস্তা হৌগৎলি হৌদোক্লবা নাইদে করিনো নঙনা তৌরিসিবো? নুমিৎনা করোংচাক য়ুংলে হৌজিক ফাওবা হৌগত্রি। অয়ুক্কী খবর লাকখ্রে। মী পুম্নমক পরিক্ষা হায়দোক্লে হায়দনা লাঙনরিসি নঙদি খঙলিরোইনে?

ইমানা লেপ্পাউ লাউরকই। ঐহাক ফুক হৌগত্তুনা মায় মীৎ ফাওবা তাদবমখৈ খবরগী অহানবা লমায়দা য়াওরিবা রোল নম্বরশিংদু য়েংলি। তু ফোর এইট এইট মনীংদগী হৌনা য়েংখৎলি। থর্দ দিভিজনদা য়াওদ্রে। মিহুন তিং তিং চোংই। নক্লরুবা হায়বসি অসুম তৌবা হৌনমাল্লে। ফার্ষ্ট দিভিজনমক্তি থাজদে সবজেক্ট অমা অনী নুংঙাইখিদে হায় অদুবু ফেলসু অমুক ওইগদবা মান্দে য়াম্না ফবী ছাত্রিনি। ফার্ষ্ট দিভিজনগী অহানবা পরেংগী মঙাশুবদা থেংনরে টু ফোর এইট এইট। ঐহাক হরাওমনবনা লুত্তোন শাৎলি। অয়ুক্কী চীন শেংদ্রি হায়বা কাউথোক্তুনা ঐগী হম্বর সাইকলদু পরপ পরপ ইম্থোক্তুনা নুংশিৎকী মমাঙ থানা থৌরকই। ইমানা করি করিনো ঙাঙহৌবদু ঐহাক কৈসু তাখিদে।

— ইবুংঙো লেঙশিল্লু লেঙশিল্লু। নচন্দু ফার্ষ্ট দিভিজন্দা লাক্লে। ইবুংঙোনা কন্না হোৎনবীবগী মপান্নি।

রাধাগী মপানা ঐ উবদা হরাওবা ফোঙদোরকই।

- কুইরে ওজাদি ঐখোয়দা লাক্তবা ঐখোয়গসে নীংশিংবীদ্রমাল্লে।

রাধানা ৱারৌনা হায়রকই।

- ঐ থবক অমা তৌদুনা লাক্তবনি। সিদগীদি অমুক লাক্লনি। কলেজদি হোংগে

খল্লিব্রা ?

- হোংলরোই অদুম তমথরগে খল্লী।

- অদুনবু ফৈ, অতোপ্পা অমা হোংবদা চান্নদবসু য়াওই। করি সবজেক্তা চখুদোইনো।

- ফিজিক্সতা ওনর্স লৌরগে।

ঐনা শূমাংদুদা খোঙ হেক থাংজিল্লকপদা মহৌশাগা মান্নদবা মওং অমা থম্মোয়দা ফাওখি মদু ঐবু উরগা মোতিনা মমীৎ অনীদুনা তুমিন্না য়েংলগতমক তোকখিবা অদুনি। তৌববুদি ঐসু মহাক্কী অচাপোৎ পুবীগনি হায়বা ফাওবা কাউখ্রবনি।

- মোতিসিবু নাব্রা ?

- নাদে ওজা। ঙসি নিনি হুম্নি সুরক্লে ৱা-লান ঙাঙখিদবা। চাও থকউসু য়াখিদ্রে। নহান নুমিদাংৱাইরম অমা তেনৱা শংগু অমা পাক্তক্লনা অতিয়াদা পাইদুনা চৎখি। মখোয়গী তে তে খোংবা মখোলনা পূম্নিল নিনখি। নুমিত্তুদা মানা তৌবা মতৌদুদি য়েংবা ঙমদে। পোনগী থোঙদা মসানা কল্লী, মচীন্নসু হৎলি, ঙাওদুনা কোয়চেন চেল্লি। নুমিত্তুদগী ঐবুসু কৌখিদ্রে। ঐনা কৌবসু খুমখিদ্রে। মতম কুইনা ঐনা মাবু ফাজিন্দুনা থম্বীরে। ঐ য়াম্না নীংঙমদ্রে মহাকপু থদোকপীরগে খল্লী। অদুবু থদোকপীরবসু পাইবদি ঙম্লরোইনে মসা অনীমকককথৎপীরবনিনা।

- মসাদি হন্দক মরক্তি ককপীদ্রবনি। মসা ককপা খুদিং মানা ঐবু চৈগনি। মচীন পোরোক শোনবমখে মানা ঐবু চৈগনি। অদুনা ঐনা ককপীদ্রবনি।

- ইবুংঙো হোরেন নুমিদাংদি ঐখোয়দা চরা অমা চামিন্নসি।

রাধাগী মমানা হায়রকই। ঐহাক থোরক্লে মোতিবুদি লক্লরুদ্রে। লক্লরুরবসু মহাক খুন্নক্লরোই।

নুমিদাংৱাইরম ওইরক্লে। ইমাদা হায়রম্লগা রাধাখোয়দা লাক্লে। ইনে ওম্বীগী পোৎফমদগী শিংজু ময়োম অমগা মোতিনা চানবা কমলা খরগা পোলিথিন বেগতা হাপুনা পুই। শূমাং কাপ্সিনবদা লৈহাউ পাম্বীদা য়েংখৎলি অদুবু মোতিবুদি উদ্রে। হাঙলবা পোন্দু তপ্না তপ্না হাইদুনা কায়না মৈচাক খাঙবগুম তৌরি। ঐঙোন্দা লাঙতক্লবা অমা ফাওরকই। রাধাগী কাদা চাঙলকই। টেবলদা মমায় লুকথদুনা মহাক থম্মোয় শোক্লা কপ্লিবদু উরে। থোঙনাউদগী ফাওজিল্লকপা নোংজাবীগী মশেক্লা

চামথোক্লবা খজাইদু হৈয়াই অমুনবগুম উরুবদা খোয়রাংহল্লি। মুক্তা পরেং তত্তুনা তারকপগুম পিগী মরীকশিংনা লৈতেংলি খজাই নাপোমদা।

— কৈদৌরগে রাধা ?

অহানবা ওইনা মহাক্কী মমিং কৌজরুই। মহাক কুইনা খুম্লক্তে। কাইনথওদা খওলে, মহাক্না মপাংলক্তা তিন্নিংবনা ওা ওরবী মোতি পোনগী থোঙ হাঙদোক্তুনা থাদোকপীরম্মী। অদুবু ককখিবগী মপুং ফানা চোংখত্রিবা শারুংদুনা ফনা, খপ্তুনসু পাইর্বদি ঙম্লমদে। তাঞ্জাদুদা মখোয়গী মখা থংবদা লৈবা যুমদুগী হৌদোংনা মহাকপু য়াউম থন্না লাকপীরম্মী।

— ঐনা মাবু থাদোকপীবদা মানা কযা হরাওজখিবা। ঐনা তম্বীবা মরোল পুম্ন মক কাউখ্রবগুম তে তে খোংলম্মী। মনীংতম্না মপাংলক্তা তিঞ্জবা ফংলনি খঞ্জরমগনি।

রাধানা খাঙবা ঙমদনা কপ্লম্মী। ঐগী থম্মোয় তনিক্লম্মী। মায়োক্লবদা লৈরিবা শূমাংগা তাইনবা খোঙনাউদুদা ঐনা য়েংথোক্লুই।

হাঙলবা পোন্দু তপ্না তপ্না হাইরি লিরি হুম্বা নুংশিংকী ঈপোমদা।

— "নহাক্কী হাঙলবা পোন অসিদা নঙনা নঙগী মোতিদা তৌখিবগুম ঐবু খোঙ খুৎ য়োৎহলীং চন্দুনা থম্বীরবদি কয়াদা পেঞ্জগনি রাধা! পুন্সি চুপ্পা ননাক্তা লেঙদনা লৈজগনি"। ঐগী থম্মোয়না খঞ্জরকই।

১৯৯০

# য়েন্নীং

– ইবেম্মা, অৱাথবী শংমুন্নবদু মশুং অনীদা পীবীয়ু।

অদুগা লুপা মঙা চৎপী প্রেক প্রেক লাউবা অমা লুকমাইদা থাদরকই।

– "তাদা সোমদা লৈজরে"।

ইবেম্মলনা লুকমাইদা থমলিবা লীক্লিদু মখূম হাংদোক্লুনা অৱাথবী শংমুন্নবা মশুং অনীদং নোবোদা পীরকই।

– পোৎফমসিদা মচি অমত্তা ফমজবা য়াগদ্রা ?

– "য়ানি ফম্বীয়ু" অদুগা ফান মচা অমা নোবোগী মনাক্তা ইন্সিল্লকই। নোবোনা ফান্দুদা ফম্মী।

– থুম মোবোক খিত্তা হাপ্পীয়ু। শংমুন্নবসিদি থুম মোরোক্কা চাবদা মহাও অমা থোকহল্লি।

ইবেম্মলনা খবর মচেৎ অমদা থুম মোরোক হাপ্তুনা পী। নোবোনা অৱাথবীদু থুম মোরোক্কা নমদুনা চায়।

– ওস্থোক্লা হাউখ্রে ইবেম্মগী অৱাথবীসে মহাও কাউবা ঙমদদুনা হেক হেক লাকচরিবনি।

মরৌ লৈবা মীৎয়েং অমগা লোয়ননা হায়রকই।

– নাতে চাপোৎ নত্তেদা তাদা, ইংখোলদা পানবনি কনাগুম্বনা চানীংগদ্রা হায়দুনা মথেল অমা ওইনা হাপচবনি।

ঙাঙনা ঙাঙনা মনাক্তা লৈরম্বা ফদি অমনা লুকমায়দা থেল্লিবা লীক্লিশিংদু তকথোকই। য়েংবদা লংত্রিক লংলে মহাক্কী লুকমাইদু। নোবোনা কোয়না য়েংই। লুকমাইদু ইতাক তাকই। হৱাইমংগল খরা, চানা অঙৌবা খরা, মিঠাই অহোঙবা মখায় লুপা পীবা খরা, চিৱিংগম খরা, লৈবাক হৱাই হৈঙাল, হৈমাং মতূম, চিনি মপাক খরা নাকল অমদা কোম ক্বাগী মপোৎ মচৈ, য়ুবী অকংবা, হোপ, মরু মরাং, ক্বা মশুং খরা, মনা খরা, য়াওরি। চুরুট উপু অমা অনী, মৈখেৎ, বিরি মপুল খরসু য়াওরি। শিংজু ময়ান খবসু কোম্পাক অমদা শোইদুনা য়াওরি। কংঙৌ খরা লংত্রিক লংনা ফেঙলবা সম্পেন্দ অমদা মখুম কৃপ্তুনা খাবৈগা লোয়ননা

লৈরি। পোৎফমদুসু নুংতিগী ৱাই তৈবনা চাকশঙগুম্না নাল্লি। ইবেম্মলনা শেৎলিবা মঞ্জুনবা উরেঙ ফনেক্তু ঈশিং মনম চেন্না তরু তরুই, উরৈরোম মচুগী মার্টিন, ফিদুসু ফিদুপ কায়দ্রি। মশম য়না তনাল তনাল মখোঙ মখুৎ তনাল তনাল য়েংবদা নুংঙাইবা পোকই। মশা নানবী অমনি হায়বসি মহাক্না তৌথোরকপা খুদিংনা তাকই। মী পীক্তক তৌরবসু মরু থীংই। মাইথোংদুনা উনখা নংলবসু মকা লাম্না লৈশাৎ তম্লিবী ৱাকচীংগী গুলাবকুম্মী।

— ইবেম্মা ক্না মতপ অমত্তা পীবীয়ু।

— ইতৈমা চুরুট মচৈ অমত্তা।

— মৈখেৎ অমত্তা।

ঙাইহাক্তংদুদা ইকা ঙা কারকপগুম্না পোৎফমদু মীনা কৃক কৃক ইন্নরকই। পোৎ-চৈ তমথোক তমশিন তৌবদা ইবেম্মলগী নাতোন নাকচীদা হুমাংগী ঈরিক কারক্লি। তারমদাই নুমিৎকী ঙাক্ত্রান্নবা কোরৌ মশেক্না ফৃ দোংবদা হুমাং ঈরিক পক্লবা মাইথোংদু লীক্লা চোৎলবা লৈকাগুম্মী। শকফম অসিবু য়েংনীংবগীরা নুমিৎ খুদিং মফম অসিদা, মতম অসিদা মী অসুক য়াম্না, তিল্লিবা। ঈরাং থাংলবা মীৎয়েংমক্তনি, ইংগিৎ ঙাক্তনি মফমদুদা চাইথোক্তুনা লৈরিবা, অদুবু শকহেনবী ইবেম্মলদি ইংগিৎশিংদু করিসু খঙদবগুম্মী। মোং হাদবা ঈশিং ঈপাক্তুম পুক্লিং তপ্না লৈবি।

— মোং হাদবা ঈপাক অসিবু করম্না ঈথক হৌহনসিগে ?

ঈথক্কী জগোয় য়েংনীংবনা ঙাওরবা নোবোনা খল্লকই।

— ঐগুম্না লাক্লিবা মীশিং অসিসু আশা অমমম থাগোন্দুনা লাকপরা ?

ফনা মকুইরক্লে নোবোগী থম্মোয়দা ৱামৈ চাক্লকলিবা। মদুগী মৈশা মৈখূ করিগুম্বদা মহাক্কী খোম্থোক্তা, মীৎয়েংদা অদুগা শাজত্তা থিংবা ঙমদনা মকা ফোংখ্রবনি। খঙবীগদবা মীনা খঙবীদবগী ৱানি।

— অৱাথবী শংমুন্নবসি মহাও কাউবা ঙমদদুনা লাকচরিবনি। নোংমত্তং ইবেম্মগী পোৎফমদা লাকহৌদ্রবদি করিনো অমা ৱাৎপগুম লৈতাফম খঙদে। নোবোনা হেক হেক হায়গনবা ৱাহৈনি। অদুগা লোয়ননা মচীন থৌরবা মীৎয়েংসুনি। অহানবদদি তাবা ঙম্লমদে। মচীন তুম্বা তা ওইদুনা থম্মোয়দা ফাওরেং লেংই অদুবু মহাক্না ৱানা ফাথদুনা লাক্লি। নোবোগুম্বা মীওই কয়াগী মতৌ অমদি

ৱাঙাঙ উরু তারুরগা পোৎফম তোক্লসিরা হায়না খনবফাওবা য়াওখি অদুবু তৌনিংঙাই থবক লৈতে। পীক্লিবা মচাদুগী মহাক মশাগী মবুক পোৎফমসিনা হুল্লি। ইনখৎলকপগী মমি নিংথিনা তারিবা শাবান্নি। হৈরাংনা থল্লবা লুরুক্লবা হৈপালগুম্মী। অদুবু মকা ফোংদবা চোকশিনবা মরমচৎনা শম্বল ওইদুনা ঙাক শেল্লি। শম্বল খাজিনবীদবা মপু পান্দবা হৈকোলগী হৈপালনি খল্লুবা থম্মোয়শিং করিগুম্বা মীৎকুপ্তসু লমহেনবা ঙমখিদে।

— ইবেম্মগী অৱাথবী শংমুন্নবদু ঙসিসু চাগে লাকচরিবনি।

নোবোগী খোঞ্জেল তারকই নুংতিগী মতৌগুম। খঙহৌদনা ইবেম্ফলগী থম্মোয় খোয়শাউনবগী মহুৎ নোক্লিংবা পোক্লকই। মকা লাম্না অমুক্তং নোকথোক্লীংলকই।

— "করম্না নুপানো অৱাথবী নত্রবদি অতৈ চাবা হৈতবগুম। লুকমাইসিদা অৱাথবী হাপ্পা লীক্লিসি হাঙলিবসিসু উদবা।" অদুবু মহাক্কী পুক্লিংগী ঈথিলদু ফাথদুনা তপ্না হায়রকই।

— ঙসিদি অৱাথবী শংমুন্নবা য়াওজদ্রে। অশংবদি কনাসু চানীংলোই খন্দুনা হাপচদ্রে।

— ইহে, য়াওদ্রবোইরে অদুদি শিংজুদু ওইনা খর তম্বীরকউ।

— য়ূমদা পুবীগদরা?

— সিদা সুম চারগে।

অঙকপা মীনি ময়ূমদা চাবা হৈতজাৎলা? নুমিৎ চুপ্পগী অৱাথবী মশুং অনীদং চাবদা পুং চাত্রেৎ ফম্বা। ঙসিনা অমুক শিংজু চাবদা পুং কয়া ফমদৌরিবা? নুপা ওইবগী চুরুট থক্কে ক্না চাগেদি হায়দ্রগা।

ইবেম্ফলনা শিংজু তম্না তম্না খল্লী।

— শিংজুসিসু কয়াদা হাউখ্রবা। নখোয়গী ননম্মা হায়গদ্রা নচে হায়গদ্রা অদুদি শিংজু শোইবা হৈতে, শিংজু চাবদি পাম্মী। ষনগী শজীক ককপগুম থবৎ থবৎ কক্লগা হেক্তা পুথোরকই অদুনা ইবেম্মগী শিংজুসি পুরগা অমুক্তা পীজতারে।

হন্দক্তি ইবেম্ফলগী চীনবান নাকচীদা থাজখিদ্রবা মোমোন মীনোক অমনা মকা ফোংলরে। "লুম্ববু শঙববু কল্লবদি মনাদা ওইরবসু কেল্লকই। কনানা খঙবা মমুন ফারবা অংগুর চরোং অসিগী মচা অমত্তসু মহাও তংবা ফংজবসু।" নোবোনা খল্লী।

— নচেগা ঐগা য়ুম পাননিন্নরকপসি চহী তরা সুরক্লে। লাইবক খীবনা ইমিত্তা হৈচা অমত্তা উবা ফংদ্রে। মপাল শাত্রবা উপালগুল্লবনি ঐখোয়গী পুন্সিসে। ঐহাক এদুকেসনগী হেদক্লার্কনি। ঐনা তাল্লিবা পৈশা ময়ামসি য়েংলগা ঐনা শাবীবা নচেগী সনাশিংদ্‌ য়েংলগা কয়া কুইনা নুংঙাইবা অপেনবা ওইগনি। লাইয়েংবদসু মতম পৈশা মাঙলগতা তোক্লে।

— মচা লৈতবনা অতোপ্পগী মচা য়োক্লরিসিদি হৌজিক্কী মতমদা কৈসু লৈতে।

— অদুবু মরী মখোঙ শেংদবা অঙাংদি য়োক্লিংদে।

নুমিত্তুমসু অহানবা উবদা ময়োন চোংখিবা থম্মোয় লৈপালদুগী লৈনা অমত্তসু উথোকপা ঙমদনা তুমিন ময়ূমদা হল্লকই।

ইবেম্মালগী পোৎফম মী তিনবা নোংমা নোংমগী হেনগৎলকপগুম তৌই। খোংনাংখোঙ পোৎফম হাযবদুনি মাগীদি। মমান্নবশিংনা তৌবগুম টেপ বেকোর্দর থাদুনা দিস্ক থাদুনা বেদিও থাদুনা মী খোনবা পান দুকান নৎচদে। অদুবু মী চঙবদি মাগী পোৎফম্না হেল্লি।

— "করম্না মাইয়োক ৱা পায়বনো? মপু পান্দবা নাম্মা হোবা হায়বসিদি নুপা পুম্নমক্কী তুংনফম্লি। মহাক্কা ঐখোয়গা চাংদম্নবা য়াবা নত্তে।" অসুম্না মমান্নবীশিংনা মরাল পীবিরি। ফনা কুইরে হন্দক্তি নোবো লাকখিদবা।

নুমিদাংৱাইরম খুদিংগী মহাক্কী পোৎফমদা ফমদুনা নোংমনা ওফিসকী নোংমনা ইমুংগী, নোংমনা কৈরোই লৈকাইগী ৱারী শারম্বা মশা মউ তনাল তনাল চীংলেম্বা শকফম্না নোকফেৎ নোকফেৎ ফাগি কয়া তৌখিবা উখিদবা কুইরে।

নোংমসু ----

— ইবেম্মখোয়গী লম্বীসে হন্দক্তি ফজনা শেম্লেনে।

— ভোট ময়া ওইদুনা তৌরিনি তাদা নত্রবদি লৈকুৎ কোমকুৎ ময়ামসিদা পুখবদা ঐখোয় লেপ থুমদৌবিবনি।

— অচুম্বনি লাং থাক্লিবনিনে মখোয়না তৌরিবসে।

— ঐখোয়দি জেনরেল ইলেক্সনসি থা তরুক খুদিংগী পাঙথোকপীরো হায়রিবনি অদু ওইরবদি ফনা য়াম্নদি শেমগৎ শাগৎকনি ইম্ফাল সহরগী লম্বী থোংশিংসে। ভোট মতমদতা নীংশিংবনি রাজনিতি ৱালাশিংনা তৌরিসে। ভোট কারগাদি মৈ ঈশিং চঙদবমখৈ মশাগী লন তান্সিন্নবা হোৎনথ্রগদবনি।

— অচুম্বনি ইবেম্মা হৌজিক্তি রাজনিতি হায়বসে মেজিক্কী তুপি ওস্থোকখ্রবনি। ফনা ফবা মী ওইরবসু তুপিসিবু উপখ্রবদি হিয়াং অথৌবা হেক্তা ওইরকই।

— "তাদা, মসিদা য়াম্না লাল্লিবদি প্রজা ঐখোয়নি। ভোট মতমদা ঐখোয়না মখোয়দগী ইশাগী মমল লৌই। থবক তৌবা মতমদনা মখোয়দগী অমুক মমল পীদুনা লৈ।" ৱারী কয়ানি শান্নখিবা রাজনিতিগী, চুপ্পী পায়বশিংগী মতমশিগী ফোঙ ফোঙ শারিবা ৱাথোক কয়াগী।

মহাক্কী মপুরোইবগা মহাক্কসু অসুম্না হেক হেক ৱারী শান্নখিবনি। ঙসিদি নোবোগা মহাক্কগী মরক্তা লৈরম্বা অরাপ্পদু ফনা য়াম্না হম্থখ্রবগুম তৌরে।

— ইবেম্মগী পোৎফমসে ইতাক তাকই, য়েংবা নুংঙাইজদে পোৎ খরা হাপ্লবা পৈশা খিত্তা মতেং তৌজগে। ইবেম্মনা খুদোংচারকান্দা হেক শিংবীরকউ।

লেম্না পাংগে হায়বসু হেক হংগোইবগুম তৌদুনা নোংমা নোবোনা হাযখি।

— য়াজরে তাদা। নাতৈ চাদা চাদ্রগা হেক হায়জরক্কে।

— ঐবু লান্না লৌরমাল্লে চুম্না খঙনা চান্নবা ওইবগী মতেং পাংজনীং তৌবনি।

— অদুগী নৎচদে তাদা। য়ারিবমখৈ মীগী মতেং হায়বসি লৌজনীংদে।

নুমিত্তুমসু খোঙথাংদু কাহেন্না থাংজিনবা ঙমদনা হনখি।

নোং চিফেৎ চিফেৎ চুবসিনরা ঙসিদি মীসু খরা লৎলি। অনা শিকিনা তেক তেক ফমজবা পোৎফমদুনা মপুং ফানা অৱাৎপা পুম্নমক মেনবদি ঙমদে। মচাগী বোয় লৈবগী মফি মরোলগী, স্কুল ফীগী। মহাক্কী মচানুপা অমখক লৈজবদু ক্লাস ফাইভ তম্লিবনি। পুম্নমকসিগী মথক্তা নোংমা নোংমগী চঙদবা য়াদবা চান থক্লবগী খরচ ময়াম কাইথোখ্রগা পোৎফমগী শেনপোৎ লৈতদুনা মীঙোন্দগী শেন্দোই কাবী পৈশা পুবসু য়াওরিবনি। ঙসিদি খঙহৌদনা নোবোগী ঈং তপ্লবা মাইথোংদু ইথা থাজদনা নীংশিংলকই।

— কৈদৌরজাৎনো নারজাৎলা নত্রগা ঐগী ৱাহৈশিংদুনা ইকাইবা পীবা ওইনা থোক্লবরা লাকখিদবা কুইরে। পৈশা খরা থাদবীগে হায়রম্বদুসু ঐনা য়াহৌদ্রে। অতোপ্পগীসু শেন্দোই কাবীদা পূবসু য়াওরি। মঙোন্দগী খরা লৌরগা শেন্দোই হুনবদি করি কায়বগে?

ইবেম্মলনা খল্লকই।

—	অদুগা করিগীনো ঐগী থম্মোয়দা থাজদনা মাগী ৱাখল লাক্লিবা? মাগী মওং মতৌ ৱাঙাং শাঙাঙ নীংশিংলগা নুংঙাইবগুম তৌরিবা? অসুক কুইবসিদি কনাগুম্বা অমত্তগী মরমদা খল্লুবা লৈত্রি, করিগীনো ঐগী থম্মোয়সিনা তয়াং তশোইরিবা?

মথন্তা ৱাহং কয়া হংজৈ। মীওইবগী মঙাওথীবা, লাক্লা ফানা ঙমদবা থম্মোয় অমা লৈ, মদু করিগুম্বা মতমদা কনাগুম্বগী মফমদা মকা ফন্না শাত্তোকপসু য়াওই হায়বসি ইবেম্মলনা ঙসিতমক খঙবগুম তৌরকই। মহাক্কী মনাক্তা লাকখিবা অতৈগা মহাক্কা য়াম্না খেন্নবা অমদি অতোপ্পগী অৱাবদা শরুক য়াজনীংবা থম্মোয় শেংবগী মতৌ অসিনি।

—	থম্মোয় নঙসু তপথৌ পুম্নমক অসিগী মরুমদা মশাগী ওইজবা ৱাখল খরা তুমিন্না লোত্তুনা থল্লম্বসু য়াই।

ইবেম্মলনা মশাগী থম্মোয়দা থেমজিঞ্জরম্মী।

—	ইবেম্মা, চুরুট মচৈ অমত্তা লৌগে।

ইং তপ্পবা খোঞ্জেলদু অমুক তারকই অদুবু থাজবদি ঙমদে ঙসিদি অৱাথবী নত্রগা শিংজু চাগে হায়দ্রে।

—	তাদবু চুরুট থকপীবা?

—	থক্লমদে। নিশা হায়বসি ঐ কয়া পামদে অদুবু খাঙঙমদ্রবা চৈনাশিং খাঙবদদি নিশা মচা মচাসিসু খরদি কান্নবজাংনি।

ইবেমম্মলনা চুরুট মচৈ অমগা মৈখেংকা পী, নোবোনা চুরুট চমদুনা থকই।

থা মরি মঙা ফারক্লে তাদা ঐগী পোংফমদা লাকপীদবা করম্বা অৱা অনা তাবীরবগে?

—	নচেদু লৈখিদ্রে। অসুক কুইবা মতমসি মহাক কায়নবগী মৈচাক খাঙবদা অঙাওবগুম লেল্লুরবনি। অদুবু মহাক্কী নীংশিং খূদম্না থল্লবা যূমদুদা নৈশিন্দুনা লৈবদা পুক্লিংসে পোত্থাফম খঙদে। হিংদবা য়াদবনিনা খরা খরা চখোকপনা ফরে খল্লক্লে।

—	করি লায়নানো? কয়াম কুইনা নারম্বনো?

ৱাম কেন্সরনি। কুইদে চিফেৎ চিফেৎ তৌরম্বদগী থা অমরোমগী মনূংদা খংহেন হেঞ্জিল্লকইবনি। ঐনা ঙমজবা শক্তি তৌদুনা মপান্দসু পুরুরে অদুবু মাবু কনবা ঙমখিদ্রে।

মহাক্কী মাইথোংদা, খোঞ্জেলদা খাংঙমদবা কায়না মৈচাক্কী মমি তারিবদু

ইবেম্মলনা খন্দুনা লৈহৌই।

অহীংদু ইবেম্মল তূম্বা য়াদ্রে। মহাক্কী মীৎমাংদা মপাং শেৎনরবা নোবোগী তুশোন মাঙ্গোন্নবা শকফমদুনা মতম কুইনা অকাওবগী লৈরোন্নুংদা নমদুনা ফুমজিনখ্রবা মহাক্কী হৌখ্রবা পুন্সিগী ৱারী অমবু মকা ফোংহল্লরে।

নুমিত্তু ফাইরেনগী মঙানি পানবা ইরাই নুমিৎনি। নৌনা ফংজবা সুপ্নগী চহী অমত্তমক ঙায়রিবা মচাবু পমদুনা মহাক্না থোঙগাল্লোমদা লাঙতক্কনা মহাক লাকপা ঙাইজখিবদো। কুইরে মহাকপু থাদোক্কুনা কদাইদনোসু তাক্লমদনা চৎখিবা। অথেঙবা অহীং অমদা শকখঙদবা মরুপ অনীনা মহাকপু পুদুনা চৎখি, পীক্লিবা মচানা থা অনীতমক ঙায়রিবা মতম্নি।

– ‘ঐ চত্তবা য়াদ্রে, থুনা অমুক হল্লক্কে। ঐখোয়গী যাইফনবা ঈশ্বরদা থৌনিরম্মু।’ পীক্লিবা মচা অমদি মহাক্কী মাইথোংবু অমুক হন্না উদবা য়াই মতাগুম পেন্না চুপ্পল্লগা অহীংগী অমম্বা মরক্তা মাঙখিবদু শং শংনা উরি। মহাক্কী নাপ্পদা নাশোন পীক্না নুংশিবগী ৱাহৈ কয়া হায়রম্বা, মদুমক্না থম্মোয় লৈযোনবু ফৃগাইনা শাত্তোকহনখিবা মীৎকুপশিংদুবু নীংশিংদুনা লেপচরি ঙসিসু। ফাইরেনগী অঙাওবা মালংনা হুমদুনা পুরকপা হৈনৌ মপালগী মনম্মা মাগী ময়ায় কারবা থম্মোয়বু পূমকুপ কৃপশিল্লকখি।

– নঙ ঐবু নুংশিব্রা ?

– নুংশিদে।

– অদু ওইরবদি ঐগী চীনবালসি নঙগী খজাইদগী সুকথাং থাংদোক্লবোই।

– হৈমা, ঙাওরব্রো, ইমাখোয় উরনিয়ে হন্দোকও।

– সুকহন হন্দোক্লরোই, তানীংবা ৱাহৈ তাদ্রি ফাওবা।

ইকাই নুংশি য়ান্ননা নাশোন পীক্না মহাক্না নুংশি হায়খি, হন্না হন্না হায়খি। নীংশিংবগী মমি শামিবা মীৎকুপ্তা চীনবাল নাকচিদা খোইরুম মোমোন মীনোক্কী মমি অমা কেকু ফোঙলরি। মীনোক অদুনা লোইশিন্দ্রিঙৈ মীৎকুপ্তনি খাকি মচুগী ফীজোল শেৎপা খুৎলাই পায়বা আর্মিশিংনা কম্থা কল্লেংনরবা গরীদু থৌজিল্লকখিবা অদুগা মহাকপু মিনুংশি মরীক অমত্তা পক্তনা উতুপ অমা লংথবগুম লৈকন্দা লংথরমখিবদো। মশাদা নোংমৈ গুলিগী মখুলনা খুরক হাঙদনা তাখি। তাইফেৎ তাইরবা মাইথোং অদুনা হায়বগুম তৌখি --

— ঐ নঙবু থাদোক্তুনা কৈদৌঙৈদসু চৎলরোই। ননাক্তা লেঙদনা লৈরগদবনি। মীৎকুপ্পু অতিয়ানা করম্বনো মালেম্না করম্বনো খঙখিদে লৈথক লৈখা ওনখি পৃথিবী। মপুরোইবগী থৌরম য়াওবা ঙমখিদে, তাইওন্নবী ওইখি মহাক।

নীংশিংলকই, পিরিকশিংনা মোল্লাং পূম্বা চোৎলকই। থংনবা মীৎকুপ্তা মহাক্কী ব্রাখলগী মীৎমাঙদা মপাং শেৎনরবা নোবোগী মকশিল্লবা মাইথোংদু মমি শামিরম্বদগী ময়েক লানা লেপ্লরি। মহাক্কী মনাক নক্লা চঙশিনগদবগী শেম শাখিবা, মহাক্কী থম্মোয়না ঈথক ঈপোম হৌগদবগী তেমশিংখিবা থৌদোকশিংদু মকা ফোংলরি।

নৌহৌননা ইবেম্মলনা থেঙলবা অহীং চোই চাং খল ওল্লকই তুংগী লম্বী অমদি মাঙগী লম্বী। তাম্না শন্দোক্লিবা মাঙগী লম্বীনা মাবু ঈখৌ লাংনা য়েংলি। খুৎ হত্তুনা কৌরি। অরীবা উপালদগী উনাশিং কেনখি। অনৌবা য়েন্নীংশিংনা লৈতেংলকই। অনৌবা মপালগী, অনৌবা উহৈগী মঙ মঙলকই। পুন্সি হায়বসি অসিনি। ইবেম্মলনা অহীং অদু নোংঙানবা ঙাইরকই।

১৩/১০/২০০৩

# থাশিগী অহীং

– "পুন্সি হায়বসি তাং মচা মচানা পূন্সিন্দুনা শেম্বনি। তাং য়াওদ্রবা পুন্সিদি মপুং ফাদ্রবা পুন্সিনি।" অসুম্না হেক হেক হায় সনাজাউবনা মাগী নুপী থাবল্লেদা।

পূন্সিগীদমক মরে কয়া তৌনৈ। মরেদুদা নাখোঙ শাগৎনদুনা চাক ঈশিং চঙনদবসু য়াওই।

– পুন্সি হায়বসে তাংকী কুয়োম্না য়োমশিন্দুনা থম্বা য়াবা পোৎশক নত্তে। নোংমা নত্রগা নোংমদি কুয়োমদুনা য়োমশীল্লবসু মশা মথন্তা য়েরুমগী কুরাংবান পোকখায়দুনা য়েনগী অশেংবা শক্তম্না ময়েক শেংনা অঙকপা পোৎ অমা ওইনা চোংথোরকপগুম চোংথোরক্কনি। মসিনি থাবল্লেনা খঞ্জরিবা। মহাক্কী থম্মোয়দি অশেংবা, অচূম্বতবু ঈখৌলাংজবা থম্মোয়নি। মহাক্না থাজে, অমম্বগী কুয়োম হায়বসে নুংশাগী মৈশাদা মায়থীদুনতা লৈরগদবা পোৎশক্নি। অদুনা মহাক্না হিংজবা ঙল্লি ফনা ৱারবসু মাইথীবা নংলবসু, নীংহন্নবা লৈতনা পুন্সিবু য়ুন্ফম থোনগে হায়না থম্মোয় শেংবা অদুগা কখোকপগী লৈতূম ফক্কুনা। পুন্সিগী থেংখাং থেংখাংদা মহাক্না হেক হেক নীংশিংই মহাক্না লৈশারিঙৈগী পুন্সি মতেক। কলেজ তমলিঙৈদা মহাক্না জেনরেল সেক্রেটরী ওইখি। মপাংগল, মথৌনা মবৌশিং পুম্নমক অখাকপা লৈতনা কলেজগী ফীভম ফগৎনবা হীরমদা শীজিন্নখি। কলেজগী ভেকেসন মনূংদা মরূপ মপাংশিংগা লোয়ননা সোসিএল ৱাক তৌখি। চাগনি থক্কনি খঙদবমখৈ ময়ামগী য়াইফনবা হোৎনজবা, মদুদা পেল্লবা মীশিংগী থাগৎ ৱাহে তাবদা মহাক্না হোৎনজখিবদু মহে য়াল্লে খন্দুনা নুংঙাইজবা ওইখি। মতমদুদা শাগৎচখি পীক্লবা মহাক্কী মহুমগী ৱাংমদা পাইথোক্কুনা পাক চাউরবা মঙাল মশেক্কী অহাঙবা মালংগী শক্তম অমা, মদুদা নীংতম্না চেন চোংদুনা শান্নজবা পুন্সি অমা। তাইবং অসে নমথাক্না পীক থল্লি। ওইজ তানবগী তিংখং তারানা লম্বী খূদিং থৎলি হায়বা ঙসিদি মহাক্না নোংমা নোংমগী খঙলক্লে। মহাক্না তাল্লিবদি খুদিংমক অসিগা লাম্থেংনদুনা মায়পাক্না লেপ্পনি। অদুবু ঙসিদি লমখাঙদা লম্মুক্লগদৌরিবা? লৈত লায়রগী মৈখুদি মহাক্ন খাঙবা ঙম্মী। মত মান্নদ্রবা মহাক্কী মপুরোইবগী মফমদা থাংলক্লিবা থম্মোয়গী নিংঙাই চক্রিশিংদি নোংমা নোংমগী হেনগৎলকই --।

জেনেরেল ইলেক্সন মতম্নি। সনাজাউবগীদি লৌরোক থানি। লমদমদুদা লৈব! কেন্দিদেট খুদিংমক্কী অরোনবা এজেন্ত ওই সনাজাউবনা। লমদুদা লাম্বা তৌরিবসি কেন্দিদেট অহুম্নি। সনাজাউবা ৱা ঙাওবা য়াম্না হৈবা, রাজনিটি খঙবা মীওইনি। মশাগী ওইজবা খজিক্তংবু ফংগনি হায়রবদি মঙোন্দা মী নপ্পগী ইকায়বা হায়বসি লৈত্রবনি। অয়ুক ঙন্তা মী হৌগৎনদ্রিঙৈদা কম্ম্যুনিষ্ট নিলোগীদা চা থকপা চৎলি। কম্ম্যুনিষ্টকী পান্দম থাক ৱাংনা থাংগৎলি। 'মসিগী মগুন ৱাৎপা মীমক্তা লৈবদগী ঐখোয়গী লৈবাক্তা কম্ম্যুনিষ্টনা মায়পাকপা ঙমদবনি, কমরেদ নিলোদি অতাঙবা মীশক্নি। মতীক চাবা কমরেদনি' হায়না মহাক্না হেক হেক হায়। কংগ্রেস কেন্দিদেট বীরেনগীদা নুমিদাংৱাইরম চৎলি অদুগা তিল্লম্লিবা মীশিং অদুদা কেন্দিদেট ওইনা চোংথোরক্লিবা বীরেনগী বাইও দাটা ফাক্তুনা পাবগুম চীনফা থীদরকই। মঙোন্দা ভোট থাদদ্রগদি ঐখোয়গী লৈবাক্কী রাজনিটিসি উতোং অহোবদা ঈশিং শোকপা তাদুনা তোক্কনি হায়না মহাক্না তিল্লিবা মীওইশিংদা ভাষন পী। মফমদুদা মহাক্না ক্রোক ক্রোক ওত্তুনা চাবা য়াবা চাথোকই, পুবা য়াবসু ময়ূমদা পুখি। জীংঘ বান বান্দগী চিংনা কেন্দিদেটকী ফেষ্টুন্দগী ৱায়ার, বলব, য়ু, গ্লাস, লীক্লিদগী চিংনা য়ুবী থৌরি ফাওবা মহাক্না হোন্দবা লৈতে। কনানসু মঙোন্দা ঙাঙলুবা ঙমদে। ঐগী য়ুমদা পাটি তৌগদৌবনি, মিটিং তৌগদৌরিবনি। চাগী কাংঙৌ বোরা, শিংজুগী, চাক্কী অদুদগী হেন্দুনা য়ুদগী চিংলগা মমিং তাবদা তু চুংলবা নিশা মখল মখলগী শেনফম মানবু হায়রবদি মখোক লোয়রবা উপালদগী নুংশিৎকী সহুম্না খীকথরকপা ঊনাগুম্মী। বেঙ্কতগী চিংথোরকপা চাম্মা চৎপী মপুল মপুলশিংনা মখোঙনা থোংনা লমজেল চেন্সিল্লকপগুম্মী সনাজাউবগী মনাক্তা। অথেঙবা অহীং নোংয়ায়দনা বি.জে.পি.গী কেন্দিদেট ইবোহলগী রাজনিটিগী তোপ তোপ্না পোরম য়াওরবা মকোকপু শিংকুপ শাবমখৈ থুগায় মহাক্না থেংনরকপা তারকপা লৌশিংনা। ভোট খোম্বগী মন্ত্র কয়া লোন্না কাম্বী মহাক্কী নাপ্পদা।

— নঙগীদমক ঐ থৱায় থাদোক্কদৌরিবনি হন্দক্কী ইলেকসনসিদা। ঐখোয়না কাবগী থাক য়ৌরবনি। হন্দক্তি খোঙগ্রাই নীত্তুনা লৈরো ভোটরদি মথন্ত চেন্সিঞ্জরক্লন্দবনি। মসিবু চুমদ্রবা সনাজাউবা ইমিং হোংখ্রগো। অদুগা সনগারীগী লীক্লম মানবা কুইনা শেম্বীদ্রবা লম্বী ময়ামগী লিষ্ট অমা পীশিল্লি। অদুগা মহাক্কী নুপীগী মৌপ্পা নুপাবু থিকা লৌহল্লি।

লম্বী শেন্বা মতমদা মহাক্কী খুৎ মক্তনি। হৱাই মংগলমুক চাউবা নুংকুপ খরগা চীংলৈবাক লাইতংমুক অমগা চুহী লিটর অমগী চাংদা হাপ্পা কোইলাসনা য়াম্না হৈশিংনা মমায় চাম্বী নুপীজাগী মাইথোঙদা পাউদরনা মফুৎ মফুৎ মেনবগুম লোইশিল্লি। অহীং অহীং লোন্না লোন্না মাগী কাদা মাগী নুপী খঙহন্দনা মোম্লোক হৌবা পৈশাশিংদু মশীং থীদুনা পাক্সিদা হাপচিল্লি। মহাক্কী শরৌ কয়াবু খঙবা মীনা করেম্নরক্লবসু মহাক্না কৈসু নাচুংদনা খুম্মী "ঐদি চীং নাচলগী মখোঙ পাল্লি, হাৎপা ফাবা কৈসু ঙমপোৎ নত্তে। নখোয়গীদি তিল্লাইখোম্বীগী মখোঙনি নপুক্সিদা মী ওইররোইদবনি। মীগী খোঙনেৎফমদা ওইরদৌবনি"।

থবক হাপ্তোক হাপচিন্দা মহাক্কী লাম্বা লৈতে। থবক্কী মমল তীক্লবদা পার্সেণ্ট জদা চাদা য়াংখৈ মহাক্কী শরুক্কি। অদুবু য়ুম ফজবা অমত্তসু শাদে। মথাই থায়নগী উগী যূম কৃষ্ণ শারবা অদুদগী অতোপ্পা শাবগী থৌরাং পায়খৎপা উদে। কদায়দবু থল্লিবা পৈশানো? মাবু খঙবা মী পুম্নমক্না হায়নৈ। সনাজাউবনা শানীংদবদি নত্তে। মাগী নুপী থবাল্লেনা য়াদ্রে।

— ঐনা য়ুম শাশি হায়রগা নঙনা ননাতোন্দু বিলাইতি পুংদোনমুক চাউখোল্লিদু করিগীনো ? শাগদৌরিবা যূমশিবু নঙগীদি শরুক য়াওদ্রবরো?

— "অদুগুম্বা যূমদুদা লৈরগা পুক্সিদা অঙৈংবা ফংলোই। মীঙোন্দগী নমথাক তৌদুনা লৌরকপা পৈশাশিংদুদি ভুট থাজিন্দুনা পূহনবগুম্বনি ঐখোয়গী অশেংবা ইরল নত্তে। নোংমদি শোয়দনা ঐখোয়বু খৌরী মেৎলদৌরিবনি, থাবল্লেনা য়ানীংদবা ফোঙদোরকই।

— করি নুপীনোনে মসিবো হরাওগেদি লৈত্রদনা। ঐনা তাল্লিবা পৈশাসিবু ঐ ইথন্তা নুংঙাইনবা তানবদু মঙায়রেনে। মসিনা ইচাশিংসে শেমদৌরিবনি। ইচাদি কয়াদি য়াম্লে মখোয় মঙানি থাক্লিবা, হোৎনরিবা। থবক মচাসিনা ওইবা য়াবা নত্তে। মসিদা ফংলকপা শেম্ফমসিদি লোক্তাক্তা থুমহী থাদবগুম্বনি। নঙবু হাতে হাতে থিহন্দ্রিবা, চানীংবতা শেৎনীংবতা ননীং তৌহল্লিবসি নঙনা পাপ্নি খল্লীবা পৈশাশিংসিননিনে। মমান্নবা অতৈনা তৌবগুম সনা শাবীয়ু, লীক শাবীয়ু হায়না নোংমত্তা নিংঙাইসু তৌদে নঙসে ঙাওদি ঙাওবজাৎনিহে।

হন্দক্তি থাবল্লেদু মমীৎ লংথোরক্লে লোয়ননা মপি ঈরা চেল্লক্লে।

— পামজদে পামজদে অদুগুম্বা তাৎ পাৎ তৌদুনা খোমগৎপা পৈশাশিংদুনা

ওইরবদি ইচাগা অমত্তা শেম্বীগনু মখোয় লোইনা মথোঙ চাররোই। মরাল লৈজদ্রবা মখোয়সু য়াওনা অৱাফমদা তারনি। ঐবু ঙাওই হায়রিবদো ঙাওজগে। ঙাওবসিদসু নুংঙাইবা লৈ হায়বসে খঙবীয়ু। মসি কনানা তানবা ঙম্বা নুংঙাইবা নত্তে।

— নঙগুম অচুম্বা তৌরিবনি মদুদা ঙাওরিবনি হায়দুনা লৈরবদি ঐখোয় চরা হেন্দৌরিনিনে। শিদৌবা পুন্সিনি হিংলিঙৈ খরা নুংঙাইহৌশি। হয়েংমুক্কী মপোক হায়বদো লৈবরা লৈতবরা খঙপোৎ নত্তে। মপোক খঙই হায়বা মী অমত্তা হীদাক তৌনগে থিবদা ফংলোইদৌরিবনি।

— করিগী চরা হেনগনি ঐবু লাইরিক হৈতবীরো। ঐহাক গ্রেজুএটনি লাইবক থীদুনা থবক তৌহৌদবগী ৱানি। হৌজিকসু অঙাংশিং ট্যুসন তম্বীবা য়াই। ইচা অপীকপশিংসিগী খন্দুনা মখোয়বু য়েংশিনবা ৱাৎকনি খন্দুনা তৌবনি। ট্যুসন তৌদ্রে হায়বো ফিশা লোনশাদা তৌরসু থরোইদা য়োল্লবসু মখোয়বু শেম্বা ঙমগনি।

— "নঙনা থবক তৌহৌদ্রিদুসু অচুম্বা পাম্লিনি হায়দুনা ঙাওরিঙৈদা তৌহৌদ্রিবনি। নঙগীসি মপোক্কী হায়বদু ওইরম্বা তাই। ৱাখল মান্নদবা মীগা পুন্সি লেনমিন্নবসিসু অৱাবনি।" সনাজাউবনা তপ্লপ্পা শোল্লকই।

— ৱাখল মান্নবী য়াম্না লৈবনি লৈবাকসে ৱাত্তবনি, অদুগীদমক ৱাবীরুনু।

— "মসিদি মতা অমনিনে।" সনাজাউবনা শাউনা ফেৎ হাইদোক্নুনা চৎখ্রবী মাগী নুপীবু য়েংদুনা লৈহৌই।

চানবা লৈরবদি শেৎনবা য়েংলকই। শেৎনবা লৈরবদি নুংঙাইবা লৈফম থিরকই। খুদিংমক অমত্তা ৱাত্রবদি সুন্দ্রংদা মশা পান্দুনা পাইনীংলকই। অঙকপনি মীওইবা। ওফিস কাথোক কাশিন্দা মসিমদি তঙাইফদরে হায়দুনা সনাজাউবনা মোটোর সাইকল অমা লৈরে। মোটোর সাইকল তোংবা হায়বসে নুপা থোকপা মতৌনি হায়না মহাক্না ইনখৎলকপা মতমদগী খঞ্জরকই। অনৌবা গারী তোংদুনা মশা নান্না চৎখৎলকপদুদা সনাজাউবদু মথোই কারক্লে। মরক মরক্তা মখোয়গী ওফিসকী গেত্তা ক্না য়োল্লিবী লতাগী মনাক্তসু ঙাইহাক ঙাইহাক লেপ্লীংবা পোক্লক্লে। মহাক মপুরোইবগা কায়নরবী মৌনহানি। মহাক্কী মপুরোইবদু লাইওং খঙদবা লায়না অমনা নাদুনা শিখিবনি হায়নৈ। মশক মতৌ হায়ফেৎ চৎনবা য়ানা ফজবীনি। মরক মরক্তা মহাক্না ক্না চাবা চঙবদা মহাক্না ক্না তপ্লিঙৈ লোন্না লোন্না

য়েংবা, মরক মরক্তসু মিৎচান্নবা হৌরক্লে। মশামকসু খঙহৌদনা মপাং শেৎনরবী অদুগী মিৎচিলাংদা থুরে। অহাঙবা শরক শরক্তা মহাক্না চাংদম্মদুনা য়েংই মহাক্কী নুপী থাবল্লে অদুগা ক্নায়োনবী লতা। অনী অদু কৈদৌঙৈদসু চাংদম্নবা য়ারমদে। অমনা মরেক মহাও থাংদ্রবা, মতমসিগা চুশিন্নবা ঙমদ্রবা, শিরুম নারুম্লবা কংশিল্লক্লবা লৈপালনি। অদুগা অমনা লৈহীনা স্বাই পাথোক্লবা নুমিৎনা লৈবা মফমদা লৈবী, কুচু পাল্লবী নুমিৎলৈ। মহাক্কী থব্রায় হকচাং অনীমক হরাও তয়াম্না নোক্লিবী নুমিৎলৈ অদুগী লাওরবা মমীৎ, সনা মচুগী মাইথোং অদুনা লুকথরক্তুনা সনাজাউববু পুমখুম খুমজিনখ্রবগুম তৌরম্মী। মহাক্না কনাবুসু উরমদে মহাক্কী নুপী অমদি মচাশিং ঙম্নমক অতোপ্পা মপোক অমদা কাউখ্রবা মঙলান অমদা থেংনখিবা মমি শমিবা শক্তমশিংগুম উরক্লম্মী।

— হন্দক্তি য়াম্না কেখৎলক্লেকো নহাকসে, মমাংঙৈগা মান্নদ্রেকো। নহানসু গারী মনীংদা হাপ্তুনা কনানো অমা পুখি হায়। মহাক্তুনা কনানো?

— কনানা হায়রিবা?

— অউবা মীনা হায়রিবনি।

— ইমুং মহী লাঙহনগে খনবা মীনা হায়জিনবা ওইরিনি।

— পঙহায় হায়জিনবসু য়াবা নত্তে।

— ঐদি নীংশিংদ্রে৷ লম্বী থোকই হায়দুনা কনাগুম্বী ষ্টাফকা চৎমিন্নবসু ওইরম্বা য়াই। নঙবু মীগী অব্রাবা মতেং পাংবকা হায়বদাইনে?

— ঐসু লোইনা খঙইদা। ঐহাক নঙগী নুপীনি। মতেং পাংবা হায়রিদুবু তাৎ য়াওদবা ওইজবা য়াওদবা অশেংবা থম্মোয়গী ব্রারা?

তাৎ হায়বসে পুন্সিগী মচল অমনি হায়না সনাজাউবনা হায়নীংবনি অদুবু মহাক্কী নুপীগী মফমদা ঈচেং থৌবা ঙমদবগুম তৌরম্মী। থাবল্লেনা মপুরোইবগী হোংলক্লিবা শক্তমদুবু, ইংগিত্তুবু য়েংদুনা মহাক্কী মফমদা থোক্লবা য়াবা পুন্সিগী শক্তম অমবু শাগৎচরি। মহাক্কী ইনখৎলকপা মতমদা থেংনখিবা মাগী তাৎকী লাংদা থুরবী অমনি অদুবু মপুং ফানা মহাক্কী থম্মোয়বুদি মাইথিবা পীবা ঙম্লক্ত্রি। পম্বুংফম পূন্দ্রনা ঈচেল অনীগুম মরৈ মরৈ য়েৎশিন্নদুনা চেম্থমিন্নরকবা ঈচেল অদুদা মহাক চোকথবা ফওরবীনি। অদুবু মনাক্তগী খোঙ থাংদোক্লিংবা মীৎকুপ কয়া মচাশিংগীদমক খন্দুনা থাংদোকপা ঙমখিদে। করিগুম্বা মীৎকুপ্তসু মহাক্কী

মপুরোইবগী মফমদগী থম্মোয় শেংবা নুংশিবা, অমগা অমগা খঙনবা হায়বদু ফংবা ঙমদনা লাক্লবনি। অসুম্না পল্লেপফম খঙদনা লেপ্লিঁঙে নোংমা সনাজাউবনা লতাবু পুদুনা লাক্লে। থাবল্লেগী থম্মোয়না থৌদোক অসিবু তরাম্না লৌফম থোকপরা নত্রগা ইম্বোকফম থোকপরা হন্না হন্না খল্লকই। নোংমা নত্রগা নোংমা অসিগুম্বা থৌদোকসি থোক্লবা য়াই হায়না মহাক্না খনখি। অদুনা থৌদোকসিদা মহাক্না ঙক্লদি থোকখিদে। অদুবু লুরিবদি মহাক য়ুমসি থাদোক্লুনা চৎকদ্রা নত্রগা চৎলোইদ্রা অসিনি মহাক্না খনফম খঙদ্রিবা। পম্লুংফম মান্নদ্রবা ঈচেল ওইরবসু তোবর্বান ব্রাংমা ব্রাংমা ওইরবসু চেম্থমিন্নদুনা লাকখি অদুগীসু মথক্তা মহাক্ন পাম্লিবমখৈ কোম্সিন্দুনা থম্বা পাম্লকত্রগা খোঙপাক্না কাওথোকপা য়াবা থব্রায় পান্দবা লাইধিবী অমদি নত্তে। মফমসিদা মহাক্কী হক চাউনা লৈরি, মচা মঙাগী মমা ওইরি। খনবমখৈ খল্লগা মহাক্না মপামদা হন্বদি পাম্লমদে। মফমদুদা মচা কোম্দুনা মহাক্কী মপুরোইবগী অপাম পামদগা মরী অমত্তসু লৈনদনা তোঙান্না লৈজবদি করি কায়বগে? ফনদুম ফরে, মহাক্কী তাৎনা য়োম্লবা থাশিগী অহীংগুম্লবা পুন্সি অসিদা লৈশাৎ তমদুনা লাকপগী চোকথরে থব্রায়সে। ঙসিদি মীৎকুপ অমত্তং ওইরবসু মেঙলবা থাবলদা হরাওনা মোমোন নোকচগদবা পুংজা অদো শেম্বীবা মপু মহাক্না পীবীরক্লবনি।

থাবল্লেনা মশাগী থম্মোয়দা হন্না অমুক য়েংজরমই।

তাং ১৭/১০/২০০৩

# মঙলাক্লবা

– ঐখোয় স্বাইসি য়ৌরক্লবদি অশেংবা ঈশিং নুংশিৎ ফংলবনি। কৈনো বাজারদদি অপুম-অশা ফত্ত হৌদি মনমগা, মীনিনগা, গারীগী মৈখুগনা শ্বর ফুল্লি।

খুম্বোং য়ৌশিল্লকপদা ইবেচাউবীনা হায়রকই।

– "ঈশিং নুংশিত্তা নত্তেনে মীসুনিনে। বাজারদা লৈরিবা মীশিং অসিদি তাৎ পাৎ ঙাক্তা। মরমচৎনা মরোল অমা মোৎলিবা। ঐখোয় স্বাইগী মীশিংসিদি কোঙ্গেং ঙাক্তনি।" ললোনবী তরুবীনা হায়রিবা ব্রাফমসি লোইনমক চুম্বদি নত্তে হায়বা মোহোন্না খঙই। মহাকসু খুনসিগী মীনি। ইম্ফাল টু খুম্বোং চেনবা জীপসিগী মপুনি। মশামক্লা গারী থৌরিবনি। তরুবীগী ব্রারী তারগা মহাক্লা থৌদোক অমা নীংশিংলকই। রেষ্টুরেন্টগী অমম্বা কেবিন অমদা মহাক্কা তরুবীগী মচানুপী মোনিকাগা রাসলিলা শান্নখিবদো। চা থকপা অচাপোৎ চাবগী মিংদা মখোযনা মফমদুদা য়াতামিন্নখিবদো। মখোয়গী অরোনবা লন-থুমশিং মন্তিক্ল খিবা মীৎকুপশিংদো। মোনিকা মশক হাইফেৎ চৎনবা য়ানা ফজবীনি। মশক্তগী মাগী শাবান্না অমুক হেন্না ফজে। খুন্দুগী পাখং পুন্নমক্লা মাগী শাবান উবদা ঙাওদবা লৈতে। মঙোন্দা ঙাওজবা পাখংশিংগী মরক্তা মোহোনসু অমনি। য়াম্না ব্রানা হোৎনজদুনা মহাক্লা নোংমা মোনিকাগী খুৎ পায়জবা ফংখি।

– রুমান্দো অমুক্তা পীরকউ মীত্তা কৈনো অমা চঙখ্রে।

নোংমা মহাক্কী জীপ্তগী মোনিকানা কুমথরকপদা মহাক্লা হায়খি।

– নঙগী রুমান্না তৈথোকচৌদনা।

মখুংগং মচা ওইবগী কোইদনা মহাক্লা হায়রকই।

– ঐগী রুমাল য়াওজদদনা তৌরিনে। মীৎসে থুপ্পনা লোইরে।

– রুমাল পুদবা পাখংসিবু করি পাখংনো?

মহাক্লা মহাক্কী রুমালদু মোহোন্দা পী। রুমাল লৌবদা মহাক্লা মোনিকাগী থোৎলবা খুৎচাশিংদু ওইনা পুল্লপ পায়শিন্দুনা সেকেন্দ খরা লেপখি। থাজদবা মীৎকুপ্তুদা মোনিকাগী হকচাং শীনবা থুংনা অকনবা ঈচেল অমা চেল্লকখি।

– "কৈনো রুমালদি লৌদ্রদুনা।" অফিং অফাই ওইনা হায়দোকখি।

– "রুমাল নত্তেয়ে ঐনা পাম্লিবদি।" নাশোন পীক্লা মহাক্কী মাইথোংবু শোক্লগে মতাগুম নক্লা চঙশিল্লগা মনাকোং ময়াদা হায়রম্মী।

– "কৈনো মতামনিনে। অদুম্নকা তৌজনু ঐখোয়দি তামোহোনবু ইবুংগুম্না খল্লীনি।" ৱাফমসিগী পাউখুমদি মোহোন্না পীরমদে। মীৎনা নোকপা মীনোক্লুনা মোনিকাগী থম্মোয় ঈপাক্তা লৈতুম অমা লংথবগুম ঈথক হৌহল্লম্লগা চৎখি। নোংমসু মহাক্লা পুখ্রি অচৌবদগী ঈশিং শোক্লুবা কাখৎলকপদা সনাবুল সেগাদা য়েপলকপমক্তদা মতুংদা তুমিন চঙশিল্লগা মহাক্কী মশম চিংখি।

– কৈনো ঙাওরব্রো মীগী মমাঙসিদা।

শাউবদি ঙমদনা তপ্পা চৈখি।

নোংমনা খুম্বোং বাজারদা মমান্নবী অনী অহুমগা শিংজু বোরা চারিঙৈদা মহাক্লা হাওকৈখেলদগী লৈরকপা কেলিচনা ময়োমদু পুশিন্দুনা মখোয়গা চামিন্নখি। লৈশাবীশিংদুনা মহাকপু মবুকফবা, চম্বা মীনি হায়না থাগৎলকখি। মোনিকাদি ৱা মচেৎ অমত্তা ঙাঙলক্তে, খঙদে মহাক্লা করি খল্লীবনো। থৌদোক অমদা মফম অমদা মহাক্লা মোনিকাবু উরবদি লেম্লা থারমদে। করিনো অমা নত্রগা অমা তৌদুনা মাগী মপুক্লিং চিংশিন্নবা হোৎনরম্মী।

– কৈনো তামোহোন নঙনা তৌরিসে? মী পুম্নমক য়া যা লাউনরে। ঐখোয় থোঙগালদকা লাকপীরনু, ঐ হৈনদে।

– কৈনো সিবু মীনা তৌনদবা থবক্লা?

– অদু ওইরবসু ঐ হৈনদে হায়রিসিনি।

নুমিত্তু মখোয়গী লমজংফম তুরেল মপান্দা উন্নরম্মী।

– খোয়দাজবা কনাগুম্বকা লৈখ্রজাৎলা?

– "ঔ লৈরে।" থোইনা খন্থরুদনা মানা খুম্নকখি। অদুদগী খঙহৌদনা মোহোনগী মমীত্তগী মপি শিম্থরম্মী। মদুদা মহাক্লা রুমান পীনা পীনা মোমোন নোক্লা পাউখুম পীরম্মী।

– নতৌ য়েংবনি। করিগীনো নুপানবু অদুক কপচেৎলিবা?

নুমিত্তুদগী হৌনা মখোয় অনীগী ঈচেল ঈরোং নাইনা নীংতম্না চেম্থবা হৌরম্মী। নোংমা নোংমগী মোনিকানা মহাক্কী মনাক্তা নক্লা চঙশিল্লম্মী।

– তামোহোন ঐদি য়ারোইকো করিগুম্বা ফত্ত নুংদা থোক্লবদি।

– করিনো ফত্ত নুংদা থোকপা হায়বসিবো? মদু ঐগী দাইনি।

– হৌজিকমক চৎলসি ঐ য়ুমদা লৈবা য়ারোইদৌরে। শ্বর মপী অমা শাংনা হোন্দোক্লদুনা হায়রকই।

– হৌজিকমক্তি খরা থুমন্দ্রা ঐ সোমদা করিগুম্বা অমত্তা শেম শাদ্রি।

– শেম শাবা শাদবা ঐ খঙদে ঐদি লাক্লদবনি।

– হোয়নে লাকপবুদি নোংমা শোয়দ্রবনি ঐনসু ঙাইজরিবনি অদুবু নঙসু খল্লু য়ুম পানবা ফাগি নত্তে।

হন্দক্তি মোনিকাদু মপি ঈরা চেল্লক্লে।

– ঐনা তৌরিসিদি ফাগিরা? নঙ হান্না খন্থবা য়াদ্রা?

– নঙনা হায়রিবদু য়াম্না চুম্মী অদুবু থা অনী অহুমদংদি ঙাইখো। য়ুম শাবা লোইদৌরে। মসি হেক লোইবগা তৌরসি।

মোহোনগী মমা লৈত্রে। পাখ্রানা য়ুম পানবনি মখোয়গী ইমুংদু, মপানা নুমিৎচুপ্পা য়ুদা লুপ্তুনা লৈ। মহাক্কী মচীনমনাও নুপা ঙাক্তা অহুম্নি। মানা অহন্নি। অঙাং ওইরিঙৈদা লাইরিক ফবা ছাত্র ওইনা হৌরকই। অদুবু য়ুঙাওবা মপানা মচাশিংগী ব্রাখল খল্লমদে চ্যেক নুং শুবা য়াওদুনা মনাওশিংবু লাইরিক তমহনলকই। মহাক্তি মেত্রিক পাস তৌরগা মখা অমুক তমথদ্রে। মহাক্না হাজিরা শূবগী পৈশানা ব্রানা তুংখৎচদুনা জীপ সেকেন্দ হেন্দ কন্দিসন ফরিবা অমা লৌজরম্মী। মদু চেন্দুনা মহাক্না ইমুংগী পোৎলুম পুরম্মী। মহাক য়াম্না হৈশিংবা মীনি। পৈশা অমত্তা অরেম্বদা খরচ তৌথোক্তে। খুম্বোংগী মীপুম খুদিংমক্না মহাকপু থাজৈ অমদি নুংশিনা শোন্নে। মীওইবগী মপাম্বোংগী শক্তম অসিগী ফীজং মরুমদা মশক খঙদবা শক্তম অমনা মতম পুম্নমক্তা অরোৎ অফোং শান্নদুনা লৈ। করাম চাউবা মিহৌ চাউবা, ব্রাখলনা তমথীবা শা অমগুম তুমিন মরু লুকথদুনা লৈ কনানসু খঙদে কনানসু উদে। মহাক্না মবুক লাম্লকপা মীৎকুপ্তা চোং ফল্লকই, লাউ খোংলকই করম্না মহাক্কী অরাম খৌরাংবদু কোক্লদগে খল্লকই। কোয়চৎ চৎলকই। অসিগুম্বা মীৎকুপ্তা করিগুম্বা শা মচা অমা ফংলবদি মহাক্না লেম্না খক থাদোক্তে মবুক থন্না চারগা করিসু তৌদবা শাদুনা মমীৎ উইথদুনা মনা লেকথদুনা অয়োকপা হৌদোংগুম্না মোংশোংদা কুন্দুনা লৈ। শা মচা অমত্তং মমাঙদা চোংলবদা মহাক্না লেম্না খক থদোক্তে। মথংগী চরাগীদমক মহাকপু হাত্তোকই অদুগা মনাক্তা শঙদুনা

কুন্দুনা লৈ। মোহোনগী অসিগুম্নবা মীৎকুপ্তা মোনিকানা মহাক্কী শিকারগী শা ওইরকখি। "লমলৈমা ওক্লরক্লবরা কৈনো ভারা লৌনিকা অমত্তা খণ্ডদ্রেনে।" তরুবীনা হায়রকই। ঙসাই মখৈ ৱাখলগী ঈপাক্তা লুপ্পুবা মোহোন্দু মঙফাওনবগুম তৌরকই। খুম্বোং বাজার য়ৌদুনা গারী খাম্লম্লে। মশামকশু খণ্ডহৌদে করম্না খাম্লম্লিবনো।

— ঙসিদি ভারা লৌররোই ইনে। নোংমা ফাদোকসু লৌদবা য়াইদা।

মোহোন্না খুম্লকই। মপুক্লিংদা খল্লী, "নয়ানুপা ওইদৌরিবনি, নঙোন্দগী করম্না ভারা লৌরুনি।"

মোইরাং লৈরক পার্কিংদা চাক হোটেল তৌবীনি মেমতোম্বী। মহাক্কী হোটেলদা মোহোন্না চাক হেক হেক চায়। মহাক নহানি চহী কুম্লামুক্কী লোন্নি। মশা মউ তনাল তনাল মকে শেমদুনা ঈরাং লাংথাক হৈবীনি। মোহোন্দগী চহী অনী অহুমদি হল্লমগনি। মহাক্না মাগী হোটেলদা চঙলকপা মীপুম খুদিংবু লৈথোক্তুনা চৎখিদনবা হোৎনৈ।

— চাকসি খরা হাপখিগে ইবুংঙো? ইঞ্চাংদি করি হাপখোগে ?

— চাক খাবৈ অমখক্তং হাপ্পীয়ু, ইরোনবদু খরগা থাদবীরকউ।

নুমিত্তু মোহোন্না মাগী হোটেলদা অহানবা চাক চাবা নুমিৎনি।

— ইঞ্চাংদু হাউত্রব্রা?

— য়াম্না হাউই। ঐনা চারকপা ময়ামদগী ইতৈমগী হোটেলসিনা ইহাউ হাউই।

মেমতোম্বীনা হরাওবোই করিবোই ঙা অতাউবা মচা অমসু মাগী চাক্লুক্তা হাপথরকই। প্লাস্তিক জগ তনান তনানবদু থাংগত্তুনা মোহোনগী গ্লাসতা ঈশিং হৈ।

— "ঐনা হৈজরগা থকপা য়াবা ঈশিংসিশু মানা হৈবীরেনে। মসি নুপীসি সেবাদি ফবজাৎনি"। মোহোন্না খল্লী। মোহোন্তা নত্তে হোটেলদুদা চাক চারিবসি, মথং মথং মরী মরী লেপ্পা নাইদে চঙলক্লিবা।

— "ময়ামসিগী সেবাদা মহাকসি ওম্বোক্লা ৱারিগনি। হেলপর অমত্তসু লৈবা উদে অদুবু ওম্বোক্লা মশা খীংই অৱাবা হায়বদু উদবগুম তৌই"। মোহোন্না মাগী মরমদা খল্লী।

— পৈশা কয়া তারবগে?

মোহোন্না হংলকই।

– লুপা তরামঙাদং থম্বীরম্মু।

– ইস মমলদি ৱাংই হে খেট্রিদবু।

মোহোন্না খল্লী। ফুরিৎখাউদগী পৈশা লৌথোক্তুনা পী।

– হয়েংমখৈসু ঐগী হোটেলসিদা হেক হেক চংঙকউ ইবুংঙো।

মহাক্না খুদোংচাবা লৌরকই।

মথংগী নুমিত্তসুনি। অদুগী মথংদসুনি অসুম্না নুমিৎ খুদিংগী মেমতোম্বীগী হোটেলদা নত্রবদি মহাক অতৈগীদা চানীংদবগুম তৌরক্লে। মশা নানবদুনরা, থোং থাকপা হৈবদুনরা মাদা নত্তে অমুক্তংবু হোটেলসিদা চাখ্রবা মীদি মথংগী নুমিত্তসু শোয়দনা লাক্কনি। নুমিৎ খুদিংমক্কী অসুম্না মীশিংসু হেনগৎলকই। "হোটেলসিদা ময়াই অমদি য়াওরিসে"। মোহোন্না খল্লী।

চঙলক্লিবা মীপুম খুদিংমক্কসু খল্লী।

– ইতৈমবু চহী কয়া সুরবগে ?

নোংমা মোহোন্না হংই।

– য়াম্মেদা চহীসি খঙহৌদে কুন্থ্রানিথোই চঙলক্লে।

– শক্কা চহীগা চান্নদে।

– য়াম্মী হায়রিবরা য়ামদে হায়রিবরা ?

– শকফম য়েংলুরবদি চহী কুনমঙা কুন্তরুক্কী শকফম্নি।

কদাইদগীনো ইবুংঙো হনুরবী ঐখোয়বু।

– অচুম্বনি ইতৈমা নহা য়াম্না ওইরি। ইতৈমগী অঙাং কয়ানো ?

– অহুম্নি, নুপা অনী নুপী অমা।

– তাদদি কবি থবক তৌবগে ?

– কৈসু তৌপোৎ নত্তেদা ইবুংঙো হৈবোং মখাদা হীপ্পা কতন্নি।

মহাক্কী ৱাতাদুদা মোহোন্দু হাইফেৎ নোক্লিংবা ফাওরকই।

– তনসু তনবা নুপাসু থোক্তবা। মানবু মীমান্নরবদি করিগী মপান থোকচরুগদগে ?

– মপান থোকপা অসিসু অফবা অমনি।

– "চুম্মী অদুবু য়াম্না ৱায়। ৱামনখ্রে মী অমা ওইনা পোক্লগা অসুক য়াম্না

রাবাসি খল্লুবদা শিবু শিনাংই। হোটেলসিদগী তেক তেক থোকপা খরসিনা চান থক্লবস্, লৈকাইগী পোংপাং চৈবাংসু, ইচাগী লাইরিক লাইসু তম্বা, মফি মরোল, নাবা য়েকপগীসু, কোন্নপোং নত্তেদা ইবুংঙো। শেনপোং লৈতদুনা মীঙোন্দগী শেন্দোই কাবীসু পুরিবনি শেন্দোযাদি অহীং তুম্বা নত্তে।" মেমতোম্বীনা ইকোই কোইদনা এং ব্রং চানফা খাদরকই।

- হায়বিসিসু তাদদুবু পৈশা থোকপা থবক ইতৌ তৌদব্রনে?

-- ফদাইদগীনো ইবুংঙো তৌদবনা ফৈ। মখুত্তা পৈশা খরা হেক পায়বকপদা হোটেলকা মথক মখা ওন্দৌবিসনি। থরুংদা লুপ্পগা লাক্কদৌরিবনি। ইচাশিংগা লৈফম চাফম খঙবা জাং নত্তে।

মোহোন্না খল্লকই মহাক্কী মপাসু অসুম্না তৌরিবনি। মচাশিংগী করিসু খনবাবা নত্তে। করিগুম্বা মগাক্কী মমা লৈরম্বা থোক্লবদি মেমতোম্বীগুম্না রাবমগনি। মহাক্না চই তবাম্নক সুরকপদা মমা কায়নখিবনি। পীক্লিবা মনাওশিংদুগা মাগা কয়া বানা সেল্লকখিবা। মহাক্না পীক্লিঙৈদদি মহাক্কী মপানা মচাশিংগী থববু খল্লম্মী, মহাক্না পাখং মচা য়াং যাং ফারকপা মতমদুদগী মহাক্কী লাইবিক মখা তমথবা ঙমখিদ্রবনি।

নোংমা মোহোন্না মাগী হোটেলদা চঙলুবদা মেমতোম্বী তুমিন কপ্পুনা লৈরম্মী। মমাংঙৈগুম নুমিত্তুদদি কষ্টমর অমত্তসু লৈরমদে হোটেল ইতাক তাকই। চফু উযান, খাবৈ চেগপ, পুখম তেংকোৎ খা বাই খঙদনা পুমচাই চাইখাইদুনা তাবি।

— ইতৈমা কৈনো তৌরিসিদি?

— ফত্তবা শিংগেজন, অপুম্বী শোইরেন অদুনা তৌরম্মীবনি। ঐ নুংঙাইখিদৌরে হায়দুনা শনিনা লংখায়রম্মীবনি।

মেমতোম্বীনা কপঙাঙ ঙাঙলকই।

খঙলে মহাক্কী নুপানা তৌবনি। মোহোনগী থম্মোয়দা নুংঙাইতবা শাউনীংবা পোকই। "কয়াদা রানা নুপী অসিনা ইমুংগী পোৎলুম পুম্নমক পুনবা হোৎনরিবা! মতেং পাংবীনবা মী অমা থমজগদবা ফাওবা ইমুংগী চাদিং কোন্নরোই হায়দুনা থমদ্রি অদুগা মহাক্না মরুম থুপ্না থম্বীগদবা, ইমুংগী পোৎলুম পুগদবা মানা অসুম্ন তৌরিবা। অঙকপা মী হায়বদুনি।" মোহোন্না খল্লকই।

— হোটেলগা অমত্তা ফমলোই য়েংগে মথীবোং করি চাবগে। ময়ু থক্লগা মহাক কয়া কুইনা লেনবা য়াগনি।

মেমতোম্বীনা চাইরিবা ময়ামদু লোইশিন লোইশিন্না ঙাঙহৌই। মোহোন্দি ব্রা মচেৎ অমত্তা ঙাঙদনা থোরক্লম্মী।

নোংমনি ---

— ইতৈমা চাক চাদ্রিঙৈ পেগ অমত্তা হান্না থকহৌগে।

রিক্সো ড্রাইভর অমনা হায়রকই। ঙসাইমখৈ মোহোন্দু চাক চারিবনি। মহাক্না ঙক্না মেমতোম্বীদা য়েংই। মেমতোম্বীনা চাকশঙদগী লীক্লি গ্লাস অমদা হৈরগা পুথোরকই অদুগা রিক্সো থৌবা নুপাদুদা পী। মোহোনগী মীৎয়েংদু খঙলবগুম মহাক্না হায়রকই ---

— নহানমখৈদি চাকঙাক্তনি তৌবা, কুইদ্রি মসি হাপ্পা। নত্রবদি ইমুং পুবা ঙম্লোইদৌরে। ময়ামদগী মতেং খরা নিবা হায়বদুনি। মোহোনগী থম্মোয়দা করিগীনো খঙদনা নুংঙাইতবা ফাওরম্মী। মহাক্তি নিশাগী মৈচাক ফংলবা ইমুংদগী হৌরকপনি। মপুন্সিদা নিশা শীজিন্নরোই হায়না লেপখ্রবনি। মসিগীদমক্তি মাগী খুনগী মীশিংনা মাবু ব্রাখল লৈবা মী অমনি খন্দুনা লায়রজরবসু ব্যেবার তৌবীরিবা। মহাক্না মেমতোম্বীগী লাইবক্কী মরমদা খল্লকই। চিংখৎপা অমুক ঙম্নরোইদবা কোম অমদা লুপথবা হৌরক্লবী অমগুম মহাকপু উরকই। খুদিংমকসে মহাক্কী মপুরোইবনা থোকহল্লিবনি।

— "ইতৈমা, নহাক শিনফমসিফাওদি তৌহন্নোংদে," নোংমা মোহোন্না হায়। নক্লরুবনা মৈশা ফংবনি, হায়ফম থোকপরা থোক্তবরা অদুসু খঙদে। মেমতোম্বীগী থম্মোয়দা খঙহৌদনা অশোকপা মফমদা থুম মোরোক হাপ্লগুম চীক চীক লাউনা খাঙঙমদবা ফাওরম্মী। ব্রাফম অসি কনা অমত্তনা মহাক্কী মফমদা হায়খিদ্রি। মহাক্কী মপুরোইবনা ফাওবা হায়বীখিদ্রি। খাংভুথক্তা থেংনবা মহাক্কী লম্বী মরূপ অসিনা ঙসিদি মহাক্কীদমক ব্রাবীরি। মেমতোম্বী খঙহৌদনা পি-শিন্থরকই। মহাক্না মীৎকুপ অমত্তসু খন্থরুদে মহাক্কী শোক্তুনা লৈরিবা থম্মোয়দা কনাগুম্বা অমনা অসুম্না খাংঙমদ্রবা অনৌবা চৈনা অমা অমুক হাপ্পীরক্কনি হায়বসে। মহাক্কী হকচাং তংখায় শক্লবা, ফমুং অমত্তদা হীপমিন্নরিবা মহাক্কী মপুরোইবনদি নোংমত্তসু খন্থবীদে, ঐগী নুপীসি ব্রাজরে হায়না নোংমত্তা মতেং পাংবীগে হায়না। নুমিৎচুপ্পগী ওৎপী

*নৈবীগনি ফত্তবা মিংদাদমক পীবীগনি। "মহাকসিবু করম্না মীনো?" মেমতোম্বীনা খল্লকই।*

— ইতৈমা ঐগী য়ুম লোইশিন্নবা কন্না হোৎনরি, য়ূমশা মরুপ অমসু ফংলে। মসি লৈরবনিনা য়ুম থুনা লোইশিনবা য়ারনি। ইতৈমগী অচিনবা, হোটেলদা থাদনীংবা লৈরবদি খরা লৌবা য়াগনি। থুনদি হঞ্জিনবীরকউ। মতম খর শেন্দোং তানবীহৌ।

— শেন্দোই কয়ানো?

— শেন্দোইকা অমত্তা হাপ্পক্কনু। থা অনীগুম্বা শীজিন্নবা য়াগনি। দিসেম্বরদা শিংবীরকউ ঐগী য়ুম লোইশিনগদোইনি।

— কয়ামুক পীবীগে হায়বনো?

— লীশিং মঙামুক্তি য়াগনি ঐ হয়েং পুরক্কগে।

মেমতোম্বীগী হরাওবা ঙমখৈ লৈরমদে। নুমিত্তুগী অহীংদু মহাক তূম্বা য়ারমদে। নুংঙাইরবা ৱাখলগী ফজরবা দলান শারম্মী। "লীশিং মঙাদুবু লৈরবদি হোটেল খর চাউথোক্লা ফম্বা য়ারনি। পান দুকান অমসু হাপচিনগে। কষ্টমরসিং সেবা তৌবা, চাক ইঞ্জাং লাম্থোক লান্সিন, কোল্লিক ফেঙদোক ফেঙজিন তৌবা, থোং থাকপদা ৱামনখ্রে। কষ্টমরসু হেনগৎলক্লে। ঐগী মতেং পাংবীনবা মী অমা থম্বা তারে।" নুংঙাইরবা ৱাখলগী দলান মরুমদগী মোহোন্না মাবু মুনা মুনা য়েংলকপগুম তৌরি। মীৎয়েং অদুনা মাগী শিরুম্নরবা থম্মোয লৈয়োনবু তেকখৎহনবগুম তৌরি।

— তামোহোন, ইমানা ঐবু কৈদৌরগে হংবদা লোইরে কম্মাই তৌদোইনো ? নোংমা মোনিকানা মাইথোং লাংশিন্না মোহোন্দা হায়রকই। মখোয়নি রেষ্টুরেন্ট অমদা কোফি থকমিন্নরি।

— য়ূম লোইগদৌরে। দিসেম্বরদদি শোয়দনা চৎলশি। ৱারবসু ৱানা খর খাঙবা তারে।

— ঐদি য়াম্না চিংনৈ। নঙনা ঐবু থাদোকপীরম্লবদি ঐদি হেক্তা শিদোইনিকো।

— হায়হৈদেহে।

মোহোন্না মহাক্কী মচীন মেল্লি।

— মতমদি অসুম হৌখি। ঐ য়াম্না নুংশা থী নোংমা মোংমগী ফীভমসি

হোংলকই। তামোহোন নঙদি নুপানিনা করিসু খঙলিরোই ঐনা ব্বারীবসে। নঙদি নুপানি ঙস্মী হায়দুনা ঐবু-----

মহাক্কী খোঞ্জেল ফুনগৎলকই রুমান্না মমায় খুমদুনা কপ্পকই।

– করিগীনো ঐবু অদুক থাজদ্রিদুবো ঐসু খঙই, নঙদি লান্দে, ঐনি লাল্লিবদি। পুন্সি চুপ্পা ইরাল য়াজদুনা ননাক্তা লেপতৌরিবনি।

মহাক্কী মপী তৈথোকপীরম্মী অদুগা চেৎনা কোনবীরম্মী। মরাল অমসু চমজরবীদুনা লংশিঞ্জরম্মী।

লেপ্পা লৈতনা নোং চুরি। লম্বীদা কনাসু চৎনরমদে। মী পুম্নমক সড়ক ময়াদা লৈবা দুকান্দা, হোটেলদা নোং থুপ্পরি। মোহোন্দু মাগী গাড়ী বেরা তৌরক্নুনা কারখানাদা ঙসাইমখৈ গাড়ী শেল্লি। ফনা থেঙজিনখ্রে। নুমিদাংগী পুং নিপান তারে। মহাক্কী গাড়ীসু হোৎখৈ হোৎনরবদা য়াদ্রে। নোংনিনিদি চঙলনি হায়রে।

– "পার্কিংদ গাড়ী অমত্তসু লৈরম্নরোই কমদৌনা য়ুম য়ৌগনি।" ব্বাখল খন্না খন্না মহাক খোঙনা বাজারদগী মোইরাং লৈরক পার্কিং ফাওবা হাইথরকই। গাড়ীদি অমত্তসু লৈরমদ্রে। হৈনবী অমা ওইনা মেমতোম্বীগী হোটেলদা য়েংশিল্লি। হৌজিকফাওবা হোটেল থোঙ লোন্দ্রি। মী কনাসু ফম্বা উদে কনাগুম্বা কষ্টমরকা লাকপরা য়েংলিজাৎনি। মহাক হোটেলদা চুমদ্রিং হাইজিল্লকই।

– ইতৈমা থোং লোন্দ্রিনা।

– লোন্দ্রি অথেঙবা মী অমা অনী হেক লাকপসু য়াওই। নঙদি ঙসি চাক কদায়দা চারে সিদকা অমত্তা লাক্ত্রেনা।

চাক্কা অমত্তা চাবা শংদ্রে। গাড়ী বেরা তৌদুনা কারখানাদা ইন্সিল্লগা শেমখৈ শেম্মগা য়াদ্রে। নোংনিনি চঙগনি হায়রে। নোংনা নোং চুবনে।

– লাকও লাকও ঐ চাক পুথোরকঅগে।

হৈমা নোংনা নফি নরোনসু লোইনা চোৎলেনে কম্মাই তৌনি।

– নোং চোৎপা চাক চাবা লায়রি য়ুম্নু কম্মাইনা য়ৌদোইনো খঙদ্রে। পার্কিংদা গাড়ীসু অমত্তা লৈত্রে।

– ঙাইখো ঙাইখো চাক চারগা কোন্না খন্নসি, নুপানবু শিবা হৌনদে। সে সে নখোয় তাদগী খুদৈনি, সি অমুক্তা হোংদোকখো নাবা তারে।

খুদৈ অমগা ফুরিৎ অমগসু-পী।

— হোংদোক্রুবসু য়ানিদা ইতৈমা।

— করিগীনো হংগোইব্রো ? কনাসু করিসু হায়রোই খুদোং চাদববু। গাড়ী ফংদ ফংদ্রগা ঐ গাড়ী মচা অমা ব্বায়রুগে। স্বায়দা গাড়ীমচা মক্তনি। সে খুদৈশি হান্না অমুক্তা হোংদোকউ। মানা কয়া শেৎনদবনি।

মোহোন্না খূদৈ হোংদোকই।

— "ঐ ফেন থাগেসে, সিদা নঙগী ফিরোন্দু ফৌদোকসি থুনা কংগনি। চাক চারিঙৈদা অদুম কংলনি।" মহাক্না ফেন থাদুনা মোহোনগী অচোৎপা ফিশিংদু ফৌদোকই। চাক থিদুনা মহাকপু চাক পীজৈ।

— হায় অফাওবী, ইঙন ঙন্না তৌ ঙম্মেদা। লৈকায়গী ইজ্জৎ মাঙহল্লিবনি। মব্বা যুঙাওবদুনদি থিবীদ্রবনিনা খরূংদা লূপ্তুনা লৈখ্রবনিনা মানা তৌনীং তৌনীংবা তৌরেনে।

খঙহৌদনা লৈকায়গী মৈরা পায়বী অমা অনী হোৎচিল্লকই। খরনা খুটি পোষ্টতা নুংনা খীংগৎলকই। মোহোন্দু চাক চারম্বদগী ইখং খংনা, পাখৎনা হৌগৎলকই। মিনিট অনী অহুমগী মনূংদা মফমদু মীগী ঈথক হৌরম্মী। তৌরিসিবু মঙলা হারা ? মখোয় অনীমক জ্ঞান মাঙনা লেপ্লম্মী। হৈমা খুদৈকাসু শেৎলিনে। হোটেলসিদা লেকমিন্নগে তৌরম্বজাৎনি।

নুপী অমনা হায়রকই।

— ঐখোয়না অমুক্তং ফাগে খনবা কুইরবনি, মসিগী নুপাসি জীপ দ্রাইভরসু ওইদাইনে? হোটেলসিদা নুমিৎ চুপ্পা লুমদুনা লৈবনি।

— "ঐখোয় করিসু তৌবা নত্তে। চুন্নগী মরূপ মপাংনি। গাড়ী ফংহৌদদুনা তৌবনি।" মোহোন্দু পাখৎমনখিবনা বুধি লৌশিং পুন্নমক ফকচিল্লকই।

— গাড়ী থৌরগা গাড়ী ফংদে হায়নে হৌদোং হুরানবসে।

নুপী ময়ামদু হৌদুনা নোক্লম্মী। মেমতোম্বীনসু কপ্তুনা কয়া হায়জৈ কনানসু তাবীরমদে। মখোয় অনীমক ময়াম্না শাগল লাক্কুনা সোরোক্তা চিংথোক্লককই। কাটিনা মখোয় অনীমক মশম থবৎ থবৎ চোম্লপ চোম্লপ ককথৎপীরম্মী। অদুগা ময়াম্না মখোয় অনীবু কৈন্যা কৎপীরম্মী। কনানবু তাক্লুবনো মফমদুদা ঈ পাউ মেদিয়াগী মীওই পুন্নমক থুংলরম্মী মখোয় অনীবু ফোটো পঙকাপ্তা কাপ্লম্মী ব্বাহং পাউহং তৌরম্মী। অদুগা মখোয় অনীনা মঙ হাগুম তুমিন লেপ্লম্মী।

নুমিদাংগী পুং তরা তারে। ময়াম পুম্নমক মপুমথীৎনা নিল খোংলম্লগা চৎনখ্রে। মখোয় অনীতমক ঙায়হৌরে। অশাবা লৈতানগী মুর্ত্তীগুম তুমিন লেপ্লীবা মোহোনগী মখুৎ পায়দুনা মেমতোম্বীনা হোটেলদা চিংশিল্লম্মী। অদুগা থোঙ লোম্সিল্লম্মী। অহীংদু মখোয় অনীমক তূম্বা য়ারমদে। নুংবংনবা ইকাইবগী মৈশা মরক্তা কুইরবা চোকথরবা পুন্সিগী খোঙচত্তা পোত্থাফম উরুম অমা ফংলবগুম মেমতোম্বীগী পুক্লীংদা ফাওরকই। মহাক্না মনাক্তা হীপ্লিবা মোহোনবু চেৎনা কোন্সিঞ্জরকই।

মোহোন্নসু মাবু কোল্লকই। মবুক লামলবা কৈশালনা করম্না মচীঞ্জাক ওইরবা শজিবু ফংলবদা তরাই তরাই থাদোক্কনি। মহাক্না কোল্লিবা খূৎকোন হেন্না হেন্না চেৎশিল্লকই। অহীং ঈচিক হুনখ্রে। মহাক্কী মনাক্তা মেমতোম্বী হীকথদুনা তারি। অৱা অনানা থল্লবা তাইবঙগী ৱাংমদা মঙলৈবাক্তা য়াতারি। মঙলান অদুদা মহাক্না মহাক্কী পীক্লিবা মচাশিং অমদি মিনুংশি মরীক পক্ত্রবগুম তৌরবা মপুরোইবগীদমক পি শিন্থরি। অদুগা অশেংবা তাইবঙদা মোহোন্না তূম্বা য়ারমদে লাঞ্জদ্রবী মাগীদমক লেপচহৌবী মীনোক মীৎয়েংগী কল্লবা মৈশানা চাকথেক্কদবগী ঙাইহৌরিবী মাগী মোনিকাবু নীংশিংলকই।

– নোংসি অসুম্মক ঙন্দনা লৈরবদি নত্রগা থৌদোকসি মঙ ওইরবদি ফগনিদা। মোহোন্না খল্লকই।

তাং ২০/১০/২০০৩

# লৈ য়োনবী

— চনিপান, চমাপন, লীশিং অমা, লীশিং অনী, লীশিং অহুম মমাঙদা শন্দোক্তুনা লৈরিবা মঙা চৎপী, তরা চৎপী, য়াংখৈ চৎপী, চাম্মা চৎপীশিংদু মরোল মরোল লোনখত্তুনা কোম্বীরৈনা মশীং থী। পৈশাশিংদু চূপ্লগা মাগী মঞ্জুনবা মবুক চোল্লবা শেংগাউদুদা হাপচিল্লি। মৈ লাক্তে দ্বিপানিতাগী মোম্বত্তী পরেংগী মৈঙাল্লক্তা নুমিৎ চুপ্পা অমা নুংশাদা ফৌরুবগী কাথেক্লবা মাইথোঙদু নুমিদাংৱাইরমগী নোংজাবী মচুনা শঙলবা শক্তমদা ওস্থোরক্লে।

— ঙসিদি কয়া শীৎলকপগে?

মপুরোইবনা হংলকই।

— লীশিং অহুম শীৎলকই।

— হাকুমদি লীশিং অনী ফখিদদাই? কুমশিনা হেল্লেদনা কূমশিদি সনারৈ অথোনবনসু হেল্লে অদুগীসু মথক্তা ঐনা ঙস্তানা চৈঙাক পীহৌবদুনা লৈ পুম্নমক মপোপ কায়দনা ফজনা শাৎলে।

— লৈপরেং অশাঙবা লেপ হেন্না শাংবদুদি কয়া কয়াদা য়োল্লি?

— লুপা কুনমঙা কুনমঙা য়োল্লি। অতেনবনা তরামঙা কুন সুম্মাইনা চাংচত্তা য়োল্লি। হন্দক্কী নিঙোল চাক্কৌবগী খরচতি মসিনা পাঙনা শানবা শিন্নবা তারে। চেঙসু ৱালহৌরনি। অরেম্বদুনা পোষ্ট ওফিসতা থমজিনবা তারে। শেন্দোইসু চাউই হায়নৈ।

— তূংখৎপা ঙস্মু ঙমগদ্রনে অহোবা ময়ামসিগা।

— য়েংবা হায়বদুনি। সিদগীদি সনারৈ মরূশিংসি হুনবা মতম অমুক ওইরক্লনি। মথংগী চহীদা অমুক হেন্না শীৎনবা হোৎনসি।

লৈয়োনবী কোম্বীরৈগী ইংখোল পিক্তক তৌনা য়েংবদা পুক্লিং সুম্মৎলি। অঙাঙবা, অঙৌবা, নাপু মচু, হীগোক মচু, লোয়াম্বা লৈ মচু মখল মখলগী লৈশিংনা অউবশিংগী পূক্লিং চিংশিল্লি অসিতা নত্তনা উরৈশিংসু মখল সুনা শাৎলি। পীকতকপা পুখ্রিদা মতম মতমগী থম্বাল থরো মখল মখলসু মশাৎলি। নুমিৎ খূদিং অশাৎপা লৈশিংসি কৈথেলদা পুখত্তুনা কোম্বীরৈনা য়োল্লি। মদুদগী ফংলকপা

শেনফম্না মখোয় অনীগী পুন্সি হিংনবা ওইনরি। কোম্বীরৈনা মাগী মপুরোইবগা পানমিন্নরক্লিবসি চহী তরা শুরক্লে মমীত্তা মচাদি উবা ফংদ্রি।

— করম্বা মতমদা ঐখোয়বু ইচানা নোকপা নিংঙাই তৌবা উবা ফংলক্কদগে?

পুন্সি চুপ্পসিমা ইচা ফংজদনা অবেম্বদা মাঙলদ্রা খঙদে।

কোম্বীরৈনা মথন্ত মুরুম মুরুম হেক হেক শোল্লি।

— নহাক্কী নচাদি অমত্তবু নত্তেনা অসুক য়াম্না লৈরিসিদি।

নোংমা মপুরোইবনা লক্লখি।

— করিনো হায়রিবদুবো?

— অচুম্বনি, ইচা লৈতে হায়দুনা ঐখোয়না কবিগী ব্রারুনি ঐখোয়গী ইচা মশাং লাকঙমদনা লৈরিসিদি। মখোয়গী মপানসু চাবা ফংলবনি ঐখোয়দি। মপান্না থন্না শাংপা লৈহাউ পাম্বী অসিনা ইচা অহন্নি। জুবাকুসুম, অপরাজিতা, গুলাবনচিংবশিংসিনা মনাওশিংনি। মখোয়না মপান শাগুনা মোমোন মীনোক তম্লকপদা ঐখোয়গী থম্মোয়সু নোক্লিবনি। মখোয়না মনা কেল্লকপদা ঐখোয়না মিপাইজরিবনি।

— "অদুদি ঐখোয়দি লৈগী মমা মপা তারেনে।" অদুগা মখোয অনী থব্রায় তানা নোকমিন্নে।

— চাক্কৌবা চৎপদা শেৎনবা ফিদি লৈরব্রা?

মহাক্কী নুপানা হংলকই।

— লৈরে। ফীগেদি হান্নগী মুকাক্লৈদু অদুম শেৎলনি। ফিদি লৈমচু অরাওবা ঝমকিনা পীক্লা মপান চনবা অমা লৈরকই মসি ওইনা ইল্লগে।

ফিদু তনলৌ লৌথোক্লুরগা মপুরোইবদা য়েংহল্লি।

— য়াম্না ফজগনি নঙোন্দা লৈমচু য়াম্না পকচবনি। পুনবা পোৎচৈদি লৈরক্লব্রা ?

— লৈরক্লে। ইচে শখিগী মনাওনুপীদু হৈ য়োল্লি। মহাক্লা সেমগা কমলাগা কেজি মখায় মখায় খাকপীরম্লে। মীঙোন্দদি সেমনা কেজিদা য়াংখৈ য়োল্লি হায় কমলানা নিফু য়োল্লি হায় ঐঙোন্দদি নিফুগা কুম্ব্লাগদা পীথোরক্লে। যুবী অহুমগা, ক্রেকজেক পেক্কেদ অহুমগা, ক্বা খরগা লৈরক্লে, লফোয় লফাং অহুম অমগা য়াওরক্লে।

— অদুনা কোন্নরদ্রা পিবাদি অহুম্নি।

— কোন্নদবা হায়বা লৈপোৎনত্তেদা, অঙম্বা খর খর থুংবা হায়বদুনি।

– পোত্তি য়াম্না পুনীংদবা দখিনাদি য়াম্না পাম্বা হায়দুরা ?

– দখিনাসু কৈসু পামজদেদা।

– নহানমুক মৌ অহনগা অতোম্বীগী দখিনা ময়াম্না য়েংনবদা নঙনা চাকখিবদো ঐসু উহৌইকো।

– কদায়দা চাকইবা, মৱা লৌদে, দখিনাদি মখোয়না লৈদুনা পুখৈ পুরগা। ঐখোয়দি অদুগুম্বদু পামজদে। লায়রবা ঐগীসু পীবীরকপা খরা ইনাকখুনবা মখোয়গীসু মখোয়না থোকপা। মদুগীদমক ৱাফম লৈবা? চাক্কৌবীনবা লৈরিবসি ফরিবনি। কনা কনাগুম্বদি কৌবীনবা লৈতদুনা পি তানবসু য়াওনরিবনি।

– নঙগী থম্মোয়দি লৈদ লৈনি। ঐনা নঙবু ফংজবা লাইবক ফবনি। তৃম্মসি লাকও হয়েং য়াহৌ থেঙলনি।

অদুগা মহাক্না কোম্বীরৈবু মখুৎ পায়দুনা ফমুংদা চিংখৎলম্মী। নুংশিনা কোনবীরম্মী। নুমিৎ চুপ্পা নুংশাগী মৈশাদা হিংনবগী অকনবা লাম্হেং মাইয়োক্লবদা চোকথরবীদুগী অৱাবা কোংগায় মুৎলসনু মতাগুম হেন্না চেৎনা কোনবীরম্মী।

কোম্বীরৈগী লৈগী পোৎফম মহারানী থোংখোঙদনি। মহাক্কী ময়ূম্না তেরাদনি। নুমিৎ খুদিংমক্কী মখুৎনা থাজবা লৈশিংদু হেক্কুনা পোল্লাং থংকোক তৌনা মফমদুদা পুরকই। লাতোন অচৌবা অমদা হৈদোক্কুনা পৈশিল্লি। সনারৈ, গুলাব, অপরাজিতা অমুবা, অঙৌবা, জুবাকুসুম অঙাঙবা, অঙৌবা লৈমচু, হংগামপাল মচু, জাতিকুপ্পী, মলিকা, লৈহাউ, তখেল্লৈ, থরো থম্বাল, নাগেশ্বর, অসিতা নত্তনা মতম মতমগী উরৈশিংসু ৱাৎপা লৈতে মহাক্কী লৈগী পোৎফমদা।

কোম্বীরৈগী মপুরোইবনা হাযবা চুম্মী মচা লৈজদ্রবসু মখোয়গী অৱাবা লৈতে। লৈশিংবু মখোঙ শোম্বা, ঈশিং চাইবীবা, শম্বল খাজিনবীবা, হার চাইবীবা, তীন কাঙ ফাদোকপা অমদি অনৌ অনৌবা লৈ থাবনা মখোয়গী মথৌ ওইরি। নুংনাংবা ৱাখল অমত্তনা মখোয়গী কোক্তা লান্দারকপা লৈতে। অপোম্বীনা পোমশাৎনরক্কনি, পোমশাৎনবীনা ফূগাইনা শাৎলক্কনি। খোইমু খোইরেন ঙংলক্কনি। মচুগী ঈথক্তা কুরাক্না লৈনা লৈনা পাইরক্কনি। অমাং কোয়রৈ শান্নরনি। নুংশিবা লৈনম্না মাইকৈ থুংনা শন্দোক্লনি। পুম্নমকসিগী মথক্তা অমনা অমবু থাজনবগী নুংশিনবগী লৈহীনা নীক নীক চোন্না মখোয় অনীগী খোইরাদা শিন্থগনি।

— ঙরাংদি নবুং নৌপ্পাশিংনা করি দখিনা তৌবীরক্লবগে ?

*কোম্বীরৈগা থংননা ফল্লিবী শখিনা হংলকই।*

— করিবু থোইনা তৌরক্কবনোদা ইচে। ফনেক ফি ঙাক্তনি ঐগীদি। লায়রবা ইবুংশিংনা লৈতা লৈতা তৌবীরকপশিংদো ওস্থোক্লা মমল য়ামখ্রবগুম খল্লী।

— অদুনি ইবেম্মা, মচিন মৌপ্পাগী নুংশিববু পৈশানা খল ওনবা য়াব্রা? কৌবীনবা লৈরিবসি ফরিবনি ইচেতোম্বীখোয়গীদি মমা মপা মবুং মৌপ্পা অমত্তা লৈজদ্রেদো অদুনা মাগীদি মৌ মচীন মনাওশিংগী মমাঙদা ইকাইজদুনা মী নেকঅগা চাক্লৌবগী পাউ হায়হল্লে হায়য়ে অদুগা চাক্লৌবা নুমিত্তা মফি মরোল শেৎলগা চাক্লৌবা চৎপা শাদুনা থোরক্লগা বাজারদা পোৎফম ফম্মী হায়য়ে। মাগী ব্রারী তাবদা ঐখোয় লোইনা পি তানরিবনি।

— অচুম্বনি ইচে মতমসিগী চৎনবীসি পামজদে। নিংঙোল চাক্লৌবগী ফজববা মশকপু দখিনাগী ঈহৌসিনা হামুক তৈশিল্লে। ফ্রিজ তৌগেরা, কলর টিভি তৌগেরা, ব্রাশিং মেচিন তৌগেরা, সনা তৌগেরা ইনাকখুনবনা তৌজবনি। লায়রবা মীনা মতৌ তম্বা ঙম্বা নত্তে।

অদুবু নঙ ঐগুম্বা খরতগী ব্রানি ঐখোয় মৈতৈদি মিতৌ তম্বা য়াম্না কল্লি ইশাগী ফীভম য়েংনদে থাক য়েংনদে। মসিদনি ঐখোয়না পুখরিবসে। চাগা য়েংনা চাদিং তৌবসু হৈতে। চীনগা খুৎকসু মান্নদে। ঙাঙথোরপনা অমা তৌথোরকপনা অমা, পুকচেল তিংনা ব্রারী শান্নে। লৈয়োনবীশিংসিগী থম্মোয়সু লৈগুম থোৎ নৌবরা নত্রগা লৈয়োনগুম লৈহী চেনবরা ?

— ঙসিদি পোৎশিংসি খংহন হল্লেনে ইচে। দ্বিপানিতাদা ইকা ঙাগুম কারকখ্রবনিনা ফন কুইনদি লেপ তারেনে। করিবু চাদুনা হিংদোইনো লুখ্রে ঐখোয়না তৌগদবসি।

— ইবেম্মা নখোয়গীদি নখোয় অনীতনি নচা য়াওবসু নত্তে অদুগীসু মথক্তা নঙগী নুপানসু পুশিল্লকইবনি ঐখোয়নি লুরিবসে ইচা কোকথোং অমগা। নুপা ফংই তনবনা চেঙফু হূম য়েংলগা থবক শূবা হায়দো।

— "চেঙফু হূম য়েংলগা থবক শূবা হায়বদুদা তারে।"

মচে শখিগী ব্রাতাদুদা কোম্বীরৈনা নোক্লকই "ঐখোয়গীনা মরক মরক্তা খুবাক খুফমদা ফম্বা পৈশা লংথোকপদা চেজেৎকুম্না খনবা।"

– নঙগী নুপাবু অদুম্নকা তৌব্রনে? থাজদেদা থবক য়াম্না কনদাইনে। ঐনা থেংনবা খুদিংগী মী পুদুনা কন্না কন্না থৌবা উই। মাগী রিক্সো খুথৌদু থুমল্লিকো লম্বী মী খুৎচিনসিগা।

– থবকপুদি পঙকন মকনবা অমুক্তং ফম্মুবদা ফুরিৎখাউ মথক মখা ওস্থোক্লল্লগা লাকইবনি, নোংমা ফাদোক্লি হায়বা চুথ্রবা মচুনিনা পাক হেক কোকপসু ঙমদে। অদুনা নোংমদি মতেক মতেকশিংসিনা মপূম অমা ওইরক্কদৌরিবনি।

– নঙগী নুপাসু অদুম্না তৌবোইরে। ঐখোয় লৈবাক্কী নুপাশিংসে ৱাখল থেল্লিদকো মসিননি হিংদবা য়াদবনিনা নুপীনা মপান থোক্লরক্লিবা অদুগসু নুপী কৈথেলকা হায়জশারিয়ে মমায় ইকাইগেদি হায়দ্রদনা। নুপা মখোয়না উতাংবী ওইদুনা লৈরে। মখোয়সু মরোমদোম লেপচবা ঙম্লবদি ঐখোয়গী লৈবাকসি কয়াম চাওখৎকনি অদুদি নত্রদুনা মৈতৈ নুপীদি হা অদুনি অদানি হায়দুনা থাগৎ থাগৎলগা পাংগল শোনবী নুপীদা কোকথোং পুম্নমক পুহনবা হায়বসি অচুম্বদি নত্তে। লম্বী শরক্তা থেন্দুনা লৈরিবা মপাম্বোম নাম্মা কৈনা চাবা ঙম্লরোইদবা পাখংশিংসে উরগা, লম্মাং তৃম্মাংদা তাদুনা লৈরিবা য়ুঙাওবা, ফোর কাপ্পশিং উরুবগা খোয়দৌদা পঙশাউদা শাউগৎলি। অৱাবা হায়বসি ঐখোয় নুপীতগী শরুক্লি হায়না মখোয়না খনবগুম তৌই।

– ঐখোয় ঐখোয়গী ইচা ইৱা ফত্রগা পুম্নমক হেক্তা হায়বসু য়াপোৎ নত্তেদা ইচে, মীগী নুপা অফবা য়াম্না লৈ, মতৃ মচা লুনা তৌবা মপান থোকহন্দবা নুপাসু লৈ।

– ঐখোয়গীনা অমরোমদা খরবু ফৈ অদুগুম্বা নুপাশিংদুনা অমুক নুপী লোনগল্লি। মখোয়গী মমিত্তা নুপীবু লাইধিবীগুম্না উই।

– খঙদেদা ইচে নুপাশিংসিবু অমা নত্রগা অমা তৌদ্রবদি ইয়া য়াদবজাৎলা? মখোয়সি ঐখোয়গা য়াম্না খেন্নবা মখলগী মীশিংনি।

– ইবেম্মা করি লৈনো থিরিববো?

নুপী অমা চঙলক্কুনা লৈ য়েংলবদা কোম্বীরৈনা হংলকই।

– তুলসি অমুবা য়াওব্রা?

– য়াওই য়াওই মনা কয়ানো?

– তরানিপান্নি। লৈ অঙৌবগা, হংগামপান মচুগসু লৈয়ু হায় বীক্ষুদা কৎনবনি।

– লৈনি লৈনি লোইনা সুনবা পীরগেসে।

– কোম্বীরৈনা লৈ খন্দোক্তুনা লাতোন অমদা তুলসি মনানা অতোপ্পা লাতোন অমদা য়োম্লগা পূন্না য়োমশীন্দুনা পী।

– সে সে ইচেনা য়েংনা পীরবনি নঙনা হায়বা মচুশিংদুগী মথক্তা ঐনা খরসু হাপ্পীরবনি। ননীং থুংনা কৎলো।

– "ব্রানা থিরুবা লোইনা য়াওরম্মে নুংঙাইরেদা, লুপা কয়ানো?"

– মঙাদং থম্বীরম্মো।

নুপীদুনা পৈশাদু পীরম্মগা থোকখি।

– ঙসিদি লুপা মঙা খুলাংখাং কৌবদা ঙায়রি নুমিত্তি তাদৌরেনেসে।

– ঐদি খুলাংখাং ফাওবা কৌদ্রি কৈনো ঙসিসিবো লৈ ময়ামসি অরেম্বদা মাঙবা তারেনে।

– "পৈশা ফং ফংদবা লৈ অরেম্বদা মাঙবসিমুক নুংঙাইতবা লৈতে। চেঙনি ইঞ্জাং নাপীনি হায়দুনা থোংঙগা চানি হায়সু নত্তা। উহৈ ব্রাহৈনি হায়সু নত্তা। ফজখ্রবা লৈশিংসি লৈখোক্তা শাক্কুনা ফজনা লৈজদৌদু ঐখোয় হিংবনা লুই, ঐখোয়গী পুক্লা লুই হায়দুনা হেকতৎপীরেসে অদুগা অমুক লংথোক তারে। তেনখ্রবা মপুঙ্গিসিদা অমুকসু হেক্তৎপীরবনিনা হয়েংদি লৈমন চল্লনি। তৌহৈবা শিনফম নত্তেদা" কোম্বীরৈনা শোল্লকই।

– "মীশিংসিবু ঙসিসিবু লাইকা অমত্তা খুরুম্নদ্রজাৎলনে, কনামতা হেক লাক্তেদা। নঙ তাদসু মশা ঙমহৌদে। য়ুমদসু চেঙ মরূ অমত্তা লৈহৌদে। ঐদি ফম্ববু ঙম্মক্ত্রেনে নুমিৎ তাশিল্লকপনা হাল্লনি। ইচাশিংদুনা চেঙ লৈত্রগা অমুক হেল্লি চানীংবা।" মচে শখিনা শোল্লকই।

হায়না হায়না নুমিৎ তাশিল্লক্লে। উচিন নাচিন্না কোম্বীরৈদু লুপা তরাদি ফংহৌরে। মচে শখিদি নুমিত্তুমগী খুলাংখাং অদুম কৌহৌদ্রে।

– ইচে ঐগীদি য়ুমদা চেঙ খরা লৈহৌরি, তাদসু মশা ঙমদে হায়দাই। ঙসি শীৎপা লুপা তরাসি ইচে পায়খ্রো। হয়েং কোন্না লৈরগা হঞ্জিল্লক্লো। মসিনা য়াম্লা কৈনো লৈরগা অঙাংশিং পীজরুরো। ওম্থোকপা দাউ হায়বদুনি ইচিন ইনাউগী ঙসিগী দাউসি। কোম্বীরৈনা শখিদা লুপা তরাদু পী। শখিনা লৌনিংদা লৌনিংদা লৌদুনা চৎখি।

ঙসিদি শখিদু নুংশুক নুংজান্নবা ফম্মী। ৱা লান ঙাঙদে মমায় মমিৎসু ইপোম পোম্লে।

— কৈদৌরগে ইচে হকচাং ঙমদ্রবরা ?

কোম্বীরৈনা হংই।

— হকচাংবুদি কৈসু তৌদে ইবেম্মা লায়রবা হায়বসে পাপ্পি। মীৎকুপ খুদিং খোঙথাং খুদিং নুংঙাইফম ইরৈ লৈতে। মীনা তাথীবমক্তা লাকচবমক্তনি ঐখোয়না থেংনরিবসে।

— অদুবু কৈদৌরগে হায়বা।

— ইচানুপী অহানদো পুংকক চাউজরে। ক্লাস সেভেন কারবনি। অদুবু মিং চনবীবা ঙমদ্রে। মেত্রিক য়ৌগদৌবা চহী খজিক্তা ঙায়রকানসিদা লাইরিক তম্বা তোকপা তারব্রা খঙদে। মাদি অঙাংনিনা খঙদবনিনা ঐঙোন্দা পংশাউ মশাউই। খাঙবা ঙমদ্রদুনা চৈসু চৈবীরে ফূসু ফূবীরে ঙসিদি অসুক য়াম্না থৱায় নুংঙাইত্রিঙৈসিদা ঐখোয় মখারোমদগী ওফিসার অমা লৈবদো নঙসু খঙইদনা মাগী নুপীনা ঐঙোন্দা ঙসিদি ৱা অমা হায়রৈ।

অদুগা শখিদু ৱা মখা তাবা ঙমদনা ফীজিনা মমায় খুমদুনা কপ্পী।

— করি হায়বরিবা?

— নচানুপী অহনদো ঐখোয়দা থন্নো ঐখোয় শেমজরগে য়োকচরগে সিনিদনা।

— অদুদি য়াম্না ফৈনা শেম্বীবা ঙমদদনা মাঙগদবগী শরুক পীথোকখিবদুনা ফৎত্রা ইচে ইচা মী ওইহৌরগা লোইরে?

— নঙনদি লায়না হায়রিবা ঐদি খাঙবা ঙমদে। মখোয়না হায়রিবদো ফজবী লোন্দাদা হায়রিবনি। লৈশাবী মচা ফারকপতা ঙায়রিবী ইচাবু মখোয়গী লুখাক শেংহনগে থবক শীজিন্নগে হায়বনিনে ইবেম্মা। মসিবু করম্বা মমানা তাদুনা লৈবা ঙমগদগে? নঙদি নশাদা পান্দবনিনা খঙলম্লোই।

কোম্বীবৈদু মহাক্কী অরোইবগী ৱাহৈশিংসিনা কংবেপ্রক খংহনবগুম তৌখি।

— "মদুসু চুম্মীনে ইচে।" শোম্থাংননা শোল্লি। মহাক্না অঙাং ওইরিঙৈ মহাক্কী হায়রবী মমানা চোকশিন্না লুনা তৌবীখিবশিংদু নীংশিংলকই। "ইচাদি পুম্নমক্তগী হেনবীনি থোইবীনি" হায়খিবশিংদু নৌহৌনা তারকই। মচাশিংগী মফমদা মমাশিংনা য়েংজবা মীৎয়েং অসি অমগা অমগা খেন্নবা লৈতে মহারানী ওইরবসু

চাক্লিবী ওইরবসু। অদুনবু হায়নরিবনি, "নিংথৌগীসি শজিক্লোয় ইমাগীদি নিংথৌরেল।"

করি তৌরবগে নঙবু নমাই নমীৎকা ইপোম পোম্মীদুবু নশা ঙমদ্রবরা?

মপুরোইবনা হংলকই। মতমদু নিংথমথানি। ফুংগাদা কোম্বীরৈ মখোয় অনী মৈ তীকমিন্নরি।

— ঙসিদি থব্রায় য়াম্না নুংঙাইতে। ইচে শখিগী নুপা কতন্দু নুপী অমা পুরগা লাক্লে হায়য়ে। কয়াদা ধর্ম্ম লৈখিদ্রবা মীনো! মরাল পুম্নমক ইচে শখিদা থংজিল্লগা মচা অহুমদুসু পুরগা মপামদা চৎলো হায়না নুপীদুগী মমাঙদা ফুবী হায়য়ে। নোংজু নুংশা মরক্তা মানা মচা মব্রা করি চাগদগে খনবদা কয়াদা ব্রাজখিবা ঐদি শেংনা খঙই। নুপীদুসুনি ঐনা ঙকলিবদি মীগী নুপী লৈবা নুপাদা লাকপা ঙম্লিদুবু ঙক্লা? মশমশিংদু তুম্নৌ ফোয়বগুম ফোয়দৌনি।

— থিজখিসনু কৈদৌগে মীসু ওইরোইদবা নুপাদুবু?

— অদুবু হেক য়াব্রা ইচে শখিসু নহানি, হনুবীমকসু নত্তে অদুগীসু মথক্তা মচাসু য়াংগোল অমা লৈরিবনি অদুক থওই উশিত্তবা, মী হাৎপগা চপ মান্নে মানা তৌরিদো। ইচে শখিসে খর শোনমনখ্রে অদুননি ঐঙোন্দা থোকপা ওইরদি খঙদৌনি।

— কৈদৌদোইবা?

— নুপাসু নুপীসু অনীমক থাঙনা কক্লগা হাত্তৌনি।

— কিজরেদা, নঙদি ঙমদা ঙমদৌ মাল্লি।

— করিগী ঙমদনি ঐবু হাৎপা মীদি ঐনসু হাৎলম্বা তাবনি। হায়য়ুনে নঙবু অদুম তৌবা ঙমগদ্রা? কুইনা অব্রা নুংঙাই খাঙমিন্নরক্লবী, মকোকথক্তা কোকথোং পুম্নমক থোনগত্তুনা পুহল্লকপী অমবু কৈসু ওইদনা পোৎলুম পুনবা থম্বা শা অমগুম খনবা হায়বসে নঙবু য়ানীংব্রনে?

— য়ানীংদে অদুবু মী মীগী ব্রানি। অনৌ অনৌবা পাম্বা হায়বসিসু হৌনশানি।

— ঐখোয়সু মীনি, অনৌ অনৌবা অফ অফবা পাম্লিবনি হায়দুনা নুপাশিংনা তৌবগুম তৌরক্লবদি নখোয় করি ওইগনি? নখোয়সু শোয়দনা মী হাৎকে হায়রক্লনি।

— মসিগী ব্রাসি তোকসিদা। মখোয়না মখোয়নি। ঐখোয়না ঐখোয়নি। নঙগী

নফমদদি কৈদৌঙৈদসু থোকহল্লোই।

– অদুগী ৱা নত্তে ঐ য়াম্না নুংঙাইতে। ইচে শখিগী থম্মোয়দা ফাওরিবদু ঐঙোন্দসু ফাওই।

অহীংদু ফনা কুইনা কোম্বীরৈ তূম্বা য়াদ্রে। ঙাওন শাওন তৌদুনা লৈরে। কাইনথংদা মহাক্কী মপুরোইবনা মহাকপু চেৎনা কোনবীদুনা সুম্বীরম্মী। অদুতদা তপ্না তপ্না তূমথরক্লে। নক্করুবদগী ফাওরকপা মচেম শক্কবী অদুদগী থক্তোরকপা মৈচাক পুম্নমক মমি শাল্লক্লে। মহাক্কী মঙওই হাওই তৌবা মীৎকুপ্তা কোম্বীরৈনা তারকই মচে শখিনা হেক হেক শোনখিবা ৱাহৈ খর --- "লৈসিসু ঙসিদি শীত্রিনে মপাগা মচাশিংগদুবু করিনো ঐনা পীজরুদৌরিবসে ?"

অদুগা মহাক্কী মায়থীরবা মকশিল্লবা মাইথোংদু লুকথদুনা মাগী মনাক্তা ফম্লিবগুমসু উরকই।

২৯/১০/২০০৩

# অথোনবা সনারৈ

মিস রাধানা মাগী কাদা ব্রেকফাষ্ট চানা চানা উরকই মহাক্কী ফমুং নাকন্দা, ফক্লাংদা য়ানবা লাইশিংদা পিন্না ফা ফাদুনা থন্লিবা অঙাঙশিংনা ঙরাং পীরকপা লৈশিংদু। লৈহাউ, গুলাব, দালিয়ানচিংবা লৈশিংদু খরা খূইরুম চনবগুম তৌরে অদুবু অথোনবা সনারৈ অমখক্তি মহাকপু য়েংদুনা মপোপ কায়দনা নোক্লিবগুম তৌরি। খঙহৌদনা তারকই মপুং ফাদ্রিবা খোঙ্গোক্তু - "মিস, প্লিজ তেক মাই গিফ্‌ট।" অদুগা লোয়ননা উরকই নোকমি নোকমিবা, চন্নবা, নুংশিরবা মায়খোঙ, লৌথুপ লৌকোয় থাংদ্রবা লুরবা মমীৎ অনীদু। ক্লাসতা পারা থুনা ফাগনবা হায়বা ইনবা মতৌদু। মতম পুম্নমক্তা মহাক্তি মমান্নবশিংদগী তোপ্না লৈ। লঞ্চ অব্রারদা মমান্নবশিংনা মখোয় মখোয়গী মমানা হাপ্পীরকপা টিফিন্দু পুথোক্তুনা চানৈ। মমান্নবশিংদা লেন্নৈ। অদুবু মহাক্তি নোংমক্তা টিফিন পুরকপা উদে। মমান্নবশিংদগী লাপ্না থোঙনাউ মপাদা চথোক্তুনা লম্বীরোমদা মমায় ওন্সিন্দুনা অচৎ-অথোকশিংবু য়েংদুনা লঞ্চ অব্রারদু লোইখিবা ঙাইদুনা লৈরম্বা নোংমা রাধানা থেংনখি।

– হৈমা, হেনবা নঙদি কৈদৌরে তুমিন লেপ্লিদি? নঙগী টিফিন্দি কদায়?

– ঐগী টিফিন পুরক্তে।

– "করিগীনো? মামানা হাপ্পীবা কাউরব্রা?" মহাক্কী তুমিন তুকথদুনা লৈবা মতৌদু রাধানা চিংনদুনা অমুক্কসু হংলকখি,

– নহানখৈদি পুরকপ্রা?

– "পুরক্তে।" কিথি কিরুম্ননা খুম্লক্লম্মী।

– করিগীনো নখোয় মামানা হাপ্পীদ্রনে?

– ঐগী মামাদি অঙাওবীনি হায়। মহাক্তি কদায় কদায়দনো চৎখ্রে হায়।

খঙহৌদনা রাধাগী থম্মোয়দা শোকফম অমগী চৈনা ফাওরম্মী। মহাক্না নীংশিংলকই নোংমনা তাই পুল্লক্তে, নোংমনা বেল্ট ফারক্তে, মফি মরোল নতৈ চানা শেংলক্তে। লাইরিক সুদে, বোয় সুদে, ইরেজর অমদি স্কেল পুরক্তে। মীরাইবীরবা অঙাঙ অমগী শক্তম্নি। নোংমদি শাউনীংমন্দুনা মহাকপু নৌরিবা মখুৎ মচাদুদা চৈনা কনবীখি মদুদা মপী তরং তরং শিন্থদুনা কপখিবদো নীংশিংলুবদা মিস

রাধাগী থম্মোয় কায়রম্মী। মমীৎ অনীমক্তা পিগী ঈচেল ঈহৌরক্লম্মী। মাবু তঙক তঙক য়েংদুনা লৈরিবা অঙাঙদুগী মখুৎ শমদুনা পুথোরক্লগা স্কুলগী কেন্টিন্দা মবুক থন্না পীজরম্মী।

– নখোয়' য়ুমদা কনা কনা লৈ ?

– ঐখোয়' বাবানে, মামা অমনে, ননাউগা ঐগা লৈ।

– "নখোয়' মামাদুদি নঙবু লুনা তৌব্রা ?" পাউখুমদি ফংলমদে

মমীৎ অনীদুনা কিথি কিরুম্মনা মাবু য়েংদুনা লৈরম্মী।

– হায়য়ো ঐ কনাদসু তাকথোক্লোই।

– মাদি ঐবু হেক হেক ফুই, চাকসু পুক থন্না পীজদে।

– নখোয় বাবাদি কৈসু হায়দ্রা?

– মাদি য়ু ঙাওরগতা হঞ্জিল্লকই।

মথংগী নুমিত্তগী হৌনা রাধানা নুংতিমক্কী অঙাঙদুগী টিফিন পুবীরক্লম্মী।

রাধানা অমুকসু উরকই ফক্লাংদা থেৎলিবা অথোনবা সনারৈদু মকা লাম্না নোক্কুনা মহাক্কী মীৎমাঙদা সনা মচুগী পীক্লবা ঈথক অমনা কাদুগী মফম খুদিং ঙাম্থোরকহনগদবগী শেম শাদুনা লৈবল্লি। রাধাদু ফূক হৌগত্তুনা মফি মবোল হোংদোক্লগা থোরক্লে।

– "পুং মপান্দা চৎকনি হায়দাই? হৌজিক্লা কদায়দনো পুং তরেত্তমক তারি।" মমানা লাউরকই।

– অঙাঙ অমা গাড়ীনা থেংদুনা হোস্পিটলাইজ তৌখ্রে। ঐ মাবু য়েংবা চৎলিনি।

রাধানা হোস্পিটাল য়ৌরকপদা খঙলে অঙাঙদু ওয়থংবা মখোঙ শরু তেক্কুনা প্লাষ্টর তৌরম্মী। মাবু উবদা অঙাঙদুগী হরাওজবা খুদিং মমীৎ অনীদা মমি তারম্মী।

– গুদ মোর্নীং মিস।

– গুদ মোর্নীং। নঙ থুনা নাবা ফরো। মতুংদদি গাড়ী মুন্না য়েংলগা সড়ক লাম্থোকউকো।

মিস রাধানা উরম্মী নীংথিজনা শেৎ চারবী, লেন্নবা অমা য়াওরবী, হেনবগী মমা অতোনবীদু। হেনবগী মপাসু মশম মকোই ইশোঙ শোঙ খরুংদা ঈরাক্লরবা

শক্তম পুদুনা লেপ্লম্মী। ফজনা ফিজেৎ-লৈতেং তৌবীরবা চহী অহুম্মুক্কী অপীকপা নুপীমচা অমা হেনবগী মমা অতোম্বীনা পমদুনা লৈরি। অঙাংদু মশা থীংই তীঞ্জং কায়জংদে হেনবগা য়াম্না খেন্নে। মঙক্তসু সনাগী লীক মরী অমা শিরি।

— "করিগীনো হেনববু অসুক মীরাইবীরিবা?" খঙহৌদনা রাধানা হায়দোকখি।

— "নোংমতা অঙাঙগী টিফিন হাপ্পীরক্তে, মফি মরোন মীমান্নদে, তাদবু সরকারগী থবকসু তৌই হায়দাই। ঐ মাগী ক্লাস টিচরনি, ঐদি খূদিংমক খঙই।" ৱাহংসিগী পাউখুম থিবা ফংদে অনীদু।

— "অঙাঙসি ফগদবা অঙাঙনি। মমা মপানা মীরাইবীবদগী থোকপনি। অঙাংসিগী পাপ কনানা পুগনি ?" অশোকপদা থুম চাইবগুম থোক্লবসু ৱাহংসিগী পাউখুম হেনবগী মমা অতোনবীনা থিবা ফংলমদে। নারিবা অঙাংদা তাইনবকই.

— লমসু হেনখ্রবা হায়বদুনি, শোক্কনি পনগনিসু খঙদে, নাত্রং ওইনা তৌরদনা।

— চহী মঙা তরুক হায়বসে য়াম্না নৌরি, মমা মপাগী মিনুংশি, চোকশিনবীবা তঙাইফদবা ওইরি। মতুংদদি স্কুলদা অঙাঙ থাবীরকপদা খবা খবা যেংশিনবীরকউ।

— মচা শেন্নগনি হায়দ্রদনা নুমিৎ চুপ্পা অমা থক্লুনা লৈ। ঐনতা ফত্তবী তাই। মীগী মচাবু শেন্নগদ্রা ইচাবু শেন্নগদ্রা ? কনানা পুবা থাংবা ঙম্বা নত্তে।

হেনবগী মমা অতোম্বীনা মাগী নুপাদা শাউহৌই।

মপান্দা নোং থীৎলি থীৎলি চুরি। অহীং ফনা থেঙখ্রে। রাধানা অহীংগী মীৎকপ থোক্লকপদা উরকই ভেন্তিলেটবদগী হুমজিল্লকপা নুংশিৎকী সহুমদা কেলেন্দরদা থেক্তুনা লৈরিবা অথোনবা সনারৈদু তপ্পা তপ্পা হাইবি।

— "অঙাওবা! নোংজুথাসিদবু কদায়দগী সনারৈ অথোনবনো ?" রাধানা মোমোন নোক্লকই। নঙগী সনারৈ অথোনবসে ওম্থোক্লা মহূ ময়াই চাউখ্রেদা। রাধাগী থম্মোয়না শোল্লকই। মথঙদা নীংশিংলকই মহাক্কী মমান্নবী কল্লানা লীখিবা ৱারীদু। কল্লা হেনবখোয়গা য়ুল্লোন্নবীনি। অউনপোংকী হিদান্নবা মতমসিদা মবুং মৌপ্পা খুৎলিংদবী, লায়রবা ইমুংগী নিঙোলশিংদি মথৱায় পান্দবা লাইথিবীগুল্লবনি। নোংমা নৎত্রগা নোংমা শোয়দনা অঙাওবী ওইরগদবনি হায়বসি মরাইবক থীরবী হেনবগী অপোকপী মমানা খুদম পীদুনা তাক্লি। মচানুপানা মথৱায়

তানা পুরকপী শকহেনবী অমা ওইরবসু শক্তি তান্নবগী লানফমদা মহাক মাইথীখি। লুহোংলকপা নৌরিঙৈ মনেম্না লৈকায়দা পাউথোকপীখি- 'শক্লবু কৈদৌরুগবনো অঙাওবী লুহোংবা হায়বদুনি। মতমগী ঈরাংসু খঙদবা। লৈতবা লায়রবনকা ওইবা য়াবা নত্তে। অঙাওবা হায়বা অমা তোপ্না লৈবনি।'

অশোয়বা মচা অমদা শা ষনগুম থীনা নানা ঙাঙবীরম্মী। মহাক্কী নুপানা অচুম অরান থিজরূবসু কপ্পও লাউবও তৌদুনা ব্বারৌবগী নোংলৈ নুংশিৎ মপৈ অমা মমানা মহাক্কী মথক্তা হৈথরকই। লৈকাই কুম্মে ওইদুনতা তোকই। ব্বাকৎফম পাউদম্ফম লৈজদ্রবী হেনবগী মমানা মচি মচি চপ চপ লেপ্পকই। লৈকাইগী মীশিংনা করেম কথাইনবীরকই। অঙাংশিংনা নুংনা থোল্লকই। লম্মে চাকপগুম মায়কৈ খুদিং ব্বা ব্বা মনিল নাইরকই "অঙাওবীনিদনা অঙাওবীনিদনা" হেনবা পোক্লবা মতুং চহী অমা ফারকপদা ঙাওদুনা অদুম চৎখ্রে। মসিগী মতুংদা মমানা হেনবগী মপাবু মখুৎ চাবী মমৌ, লৈশাবী অমা লুহোংবীরম্মী। অদুবু অকোনবগীসিমদি মাগী খুবাম্নুংদা থম্বা ঙম্বী নৎলমদে। ইকুই কুইদনা লাঞ্জাও অমা থোক্লম্মী- "নঙগী নুপীনা ঐঙোন্দা মখূৎ থারবা ফাওবদা নঙনা তুমিন লৈরিবা করিগীনো? ঐসে নঙগী নমানি।" হনুবীদুনা কপ্পুনা মচানুপাদা হায়রম্মী।

– ইমানা নখুৎ চানা থিজবা নমৌনি ঐনা করি হায়রুনি? নখুৎ চানবা অদুম ব্বারকপিয়ু ঐদি ইমাগী য়াথং ঙাকপতনি।

মীগী মখোঙদা য়ুসনু খন্দুনা লংথোকখিবা তিংখং অদু নোংমদি শোয়দনা মশাগী মখোঙদা য়ূই হায়বদু হনুবীদুনা খঙজবগুম তৌরম্মী।

রাধা মশা কয়া ঙমদে হায়দুনা ক্লাস চঙলমদ্রে। অঙাংশিংগী হোম ব্বার্ক য়েংদুনা লৈরম্নগা থোরকপদা তুংদগী কৌরকই- "গুদ অফটরনুন মিস।" পীক্লিবা হেনবনি। মহাক্কী মমা অতোনবীনা মখুৎ শম্বীদুনা মখুৎ নামদুনা লাইরিকখাউ য়ানবীরদুনা লেপ্পমলিবদু উবদা মঙলা হায়নবু খল্লুরে। হেনবগী মমানা হায়জদুনা মখোয় অহুম স্কুলগী কেন্টিন্দা চা থকমিন্নে। মিস রাধানা খঙলে মীৎনা উরিবা নাকোংনা তারিবা ঙাক্তনা অচুম্বদি নত্তে। লৈশাবী অমবু নমথাক তৌদুনা করম্না অতোনবীগী ফমথোন পীখিবা? মহাক্লা থম্মোয় শেংনা তৌজবা খুদিং ইমুংগী অমদি লৈকায়গী মীপুম খুদিংনা থাজবীদবনা মহাকপু হূ পাম্বীগুম পুম্নমক্লা য়েংনরকখিবা। অমরোমদনা কল্লক খম্বনগী নোংলৈ নুংশিৎ মহাক্কী তাইনফম

লৈত্রবা অশেংবা মরলনি খল্লূবা মীশক্তুনা অতোপ্পগী মরল ওইদুনা লৈরম্বা। মৈচাক পুম্নমক মরৈ তমদুনা তনৌ তনৌরিবা হেনবগী মথক্তা হৈথবীখিবা! রাধানা নুমিৎসিদা মসিমসু খঙলে মীওইবগী থম্মোয় হায়বসি খ্বাইদগী হেন্না মথোঙ হুক্তবা অমনি। ওল্লাংথাগী মৈশানা য়ৈথরবা নুংথিল অমগী ৱারী হেনবগী মমা অতোনবীনা মাগী ৱাখল হোংখিবগী থৌদোক্তু তম্লকই- অপীকপা মচানা মাবু ওইনা সুম্বীরমদুনা নোংমা নুংথিল অমা কন্না তূমখি। খংকপ কপ্লকপা অঙাওগী মীকপখোন অমনা মহাকপু মীৎকপ থোকহনখি। মনাক্তা মচা তূম্লমদবা উবদা পাখৎনা চেম্থোরকপদা উখি মতমদুদা পীক্লিবা হেনবনা মখুৎ নাম্মনা অঙাওগী ফুরিত্তা য়াল্লগা মখুৎ নাম্মনা থোঙ্গ্রাগী মখোঙদা য়ান্দুনা কন্না কপ্লিবদু। মমীৎ অনীমক্তা পীক্লিবা মচানা নুংশিবগী ইংগিৎকা লোয়ননা মমাগী চৈফু অমদি মীচৈবু ঙাইজখিবা মতৌদো। অকনবা নোংজুনা নুংশানা হঞ্জিল হঞ্জিল য়ৈবদগী নুংজাউ কয়া মচেৎ তানা কায়খিবা ওইথোক্তবা নত্তে। - ‘‘পীক্লিবা ইচা অসিবু ঐনা খক থাদোক্লরোই। ঐনা হিংগদৌরিবসে ইচা অনীসিগীদমক্তনি। ঐগী ইচা অসিবু চ্যেশিন্না লুনা শেন্নবীরম্বগীদমক ইবেম্মগী লমন তৌন্সিল্লে।’’অদুগা মহাক্না মমীৎকী পি তৈথোক্লম্মী।

অকনবা য়ুহা হাবদা সমুদ্রগী ঈথক ঈপোম ফাওদোক্তুনা তপ্না তপ্না চীংদোল অমা মতোল লীৎখৎলক্লিবদু মিস রাধানা মহাক্কী মপুন্সিদা অহানবা ওইনা উরকই।

# সুইসাইদ নোত

ঐগী পুন্সি লীশাং শীৎনা অমম্বা লৈচীন মপৈ-মপৈনা মরোল মরোল নুমিৎকী মঙালবু খঞ্জিল্লদুনা য়োমশীল্লক্লম্মী। য়াম্না পিদোনবা কনা লৈজদ্রবা নাইতোম তারবা সমুদ্রগী ঈথৎ অমদা ইতোমতা লৈবগুম অচীকপা অকিবা ফাওরম্মী। মীশিংনা ঐঙোন্দা য়েংলিবা মরৌ লৈবা মীৎয়েং অমদি ৱাঙাঙ খুদিংমক নোংম-নোংমগী ময়েক শেংলক্লম্মী। ঐহাক্তি অপোকপা ইমা-ইপামক্না মচানি হায়নীংদ্রবা তুক্কৎচরবা অমোৎপা ময়োম অমগুম হঙ্গোইনা লংথোকপা পান্নবা মীশক্তি অদুবু থম্মোয়নদি য়ানীংলমদে অদুনা হেক হেক ইথন্তা হংজরকই ঐগী ইরালদি করিনো? ইরালদুদি থিফম খঙলমদে। করিগী ঐনা অসুক তমথীরবা চৈরাক অসি ফংলিবা? ঐগী অপোকপী ইমা অমদি অপোকপা ইপা মখোয় অনীগী অকাম্বা ইন্দ্রি খুদুম চনবা ঙমদবা নহা ওইরিঙৈগী অপাম নুংশিগী ঈথক্না ঙাথু-থেংথুনবদা ঐ অসি মরূ তন্নকখিবনি। লাল্লিবসি মখোয় অনীমক্তি। অদুবু কনাদনো ঐনা ৱাকৎশিংসে থাঙ্গৎলুগদবা? ঐনা মীৎ হেক পাঙথোরকপদা ঐগীনি হায়বা কনাসু লৈরমদ্রে। শুপ্নগী হনুবী অমখক (ঐনা ইবোক কৌবা) নত্তনা। মানা ঐবু পীজ-পীথক তৌরম্মী নারগা সেবা তৌবিরম্মী। লাইরিক তম্বা ফংলক্তে। ইমান্নবনা লাইরিক খাউ শেগাদা য়েপ্পুনা স্কুল কাবা উরগা ঐনা কল্লকচরম্মী। মমা মপানা লুনা চান্না তৌবিবা উরগা ঐনা মিতাজরম্মী। ঐনা ইবোক্তা হেক হেক হায়- "ঐসু লাইরিক তমগে, স্কুল কাগে। ঐগী ইমা বাবাদি কদায়দা চৎখ্রে?" অদুবু পাউখুমদি ঐনা পাম্বা অমত্তা ফংলমদে। নোংজু থা অমদা খোয় ককপদা ঙায়রিবা ঐবু শম্থী চেগী বোক্স অমদা হাপচিল্লগা থৌরিনা চেৎনা কিশিল্লগা স্বর হোনফম মখুল অমা হূৎলগা ইরায়বক য়েংজনবা নম্বুল তুরেলগী অচেনবা ঈশিংদা লংথবিরমখি। ঈন চিংলিঙৈদা ইবোক্কী ঈনদা লকখি। অঙাং কপ্পগী খোঞ্জেল তাবদা ইবোক্না থৌশাদনা হুন্দোকপা ঙমদ্রদুনা শম্থীচেগী উপুদুবু খুনগৎখিবনি। ঐনা পুংকক চাউরকপা মতমদা মীয়ম্না নিনফুং নিনফুং ঙাওনবা তাখি। ঐগী ইমানা ঐবু সমাজগী মীনোক মৈশা তেমশীংননা মথানুংদা কোন্দুনা থমজনীংলবসু মহাক্কী মমা মপা অমদি মরী-মতানা লোন্না কনা খঙহন্দনা ঐবু লংথোরকপ্রা নৎত্রগনা মহাক মশামক্না য়ানা

ঐবু পোৎলুম অমগুম খন্দুনা লংথোরক্লিব্রা? ৱাহংমক্তনি। পাউখুমদুসু অমম্বগী লৈরোন্নুংদনি। মমি শামি নীংশিংলি মশক খঙদবা লীপুন অমনা চেংনা পুল্লদুনা হৌরকখিবা ইবোক্কা ঐখোয়নীগী পুন্সিদু। নুমিৎ খুদিং মহাক্না থুমোক শেগায়বা অমদা ইম্খোলগী মনা-মশীং খরা পুদুনা চৎখ্রগা কৈথেন্দা য়োল্লুই। ফংলকপা পৈশাদুনা ঐখোয় অনীগী চান-থক্লবা ওইনৈ। চরা হেনবসু কোঙ্গোয়নি। কনাগী থোঙজীন্দা লেপ্লুদনা ফমুংদা উপ্রাক্লা উপ্তুনা অরাম খৌরাংবা খাওখিবা কোঙ্গোয়নি। মতমদুদা মহাক্কী মীৎতগী পি শীন্থখি।

নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা মঙাল-মশেক পীরম্বী ঐগী অতিয়াগী থা মচেৎতু অমুবা নোংগী মপৈনা খঞ্জিনখি। অদুদগী পুম্মম মম্লবা, থা-থৱাম্মিচাক থোক্তবা অতিয়া অমনা ঐবু কুপশিনখি। নোংমা নীনি নারম্লগা মহাক অরোইবা য়াহীপ তানখিরম্মী। মহাক্কী অনাবদু খোঙ হাম্বনি। মসিগী মতুংদা থেংনখি নাইতোম তাবা, কায়না মৈচাক, অরাম-খৌরাংবা অদুগা অকিবা। মচী মচী ইশে শেগায়রবা অমনবা ফীতৎ ফিদানা ফক্লাং মেনবা, ফক্লাং শেগায়বনা থোঙ পানবা য়ুমদুদা ঐ ইথন্তমক অহীং তৃম্লম্মী। কনানসু ঐবু হন্না য়েংলমদে। পুক লাম্বনা খাঙবা ঙমদ্রদুনা য়ুমদুদগী মপাল থোরক্লম্মী। হোটেলগী অরেম অপা লংথোকপা খুন্দুনা চারম্মী। অসুম্না মতম শাংনদি লেল্লমদে। লৈকায়দুদা লৈবা ইবোক্কী শোরাৎ শোনবিবা পুকচেল চাউরবা (ঐনা মাম্মা কৌবা)অমনা ঐবু ফাজিনবিরম্মী। মহাক্কী মচাশিংদগী পাথোরকপা নুংশিবগী ঈরিক খরা ঐঙোন্দা খাইবিরম্মী। মচাশিংগা লোয়ননা ঐবু স্কুল চৎহল্লম্মী। অতৈ মতমদা য়ুমগী থবক শীজিন্নরম্মী। মহাক্কী মচানুপা অমগা মচানুপী অমগতনি। মাম্মনা ঐবু লুনা তৌরবসু ইমুংদুগী মী অতৈনদি ঐবু মীনায়গুম্না উরম্মী। নুমিৎ চুপ্পা পোৎথাবা, শান্নবা ফংদ্রবসু মফমদুদা লৈজবদো ঐঙোন্দদি বর অমগুম থোক্লম্মী। অসুম্না ঐ চাউখৎলক্লম্মী। মেত্রিক পরীক্ষা থাখিরম্মী। মচীন-মৌপ্পাগুম ঐদি লাইরিক পাবা ফংলমদে। মন্নিঙৈদগী হৌগৎলগা ইমুং শীৎ শেংগনি। ময়ামগী চা লোনগনি। লুখাক ফেঙগনি ফিশূ ফিজাম তৌগনি। ইম্খোল শংবল হোৎনগনি। তৃম্বগী মতম খরগা স্কুলদা লৈরিঙৈ মতমদুদংগা ঐগী পোৎথানবা মতম ওইরম্মী। ময়াম্না তৃম্না হীপ্নখ্রবা মতুং অহীং অথেঙবফাওবা ঐনা লাইরিক পারম্মী। পরীক্ষা হায়দোরকপদা মচীন-মৌপ্পাদগী হেন্না ঐনা থাক ৱাংনা লাক্লম্মী। নুমিত্তুদগী হৌনা ইমুংদুগী মীশিংনা ঐবু লায়থোক্লা লৌরম্বদু

হন্থখিরম্মী। ঐনা তৌরম্বা থবক অয়াম্বা মেম্মীনা ঐগী খূত্তগী মুনখিরম্মী। ঐগী ফি ফাওবা মানা লোন্না লোন্না শুবিবা হৌরক্লম্মী। ঈনখৎলকপগী মপুং ফারবা হকচাং কয়াৎশিংবু লোন্না লোন্না য়েংদুনা লৈরম্বসু ঐনা থেংনরম্মী। মদুগী মরমদা ৱাহং কয়া ঐগী থম্মোয়নুংদা মখোঙ মখুৎ পাল্লদুনা কোয়চৎ চৎপা হৌরক্লম্মী। তপ্না তপ্না ঐগী লৈকঙলাগী পুন্সিদা তনৌ তনৌরবা লৈপাল অমগুম মেম্মী চোংখৎলকই। অদুবু কুইরমদে। তচাউ তচাউবা মিনুংশি হৈত্রবা খুৎ অমনা পৎ থদৎখি। মহাক্কী মমানা ঐগী ইথক্তা অখাবা মীৎয়েংগী মৈরী হৈথরক্লম্মী। করম্বা মমানা তাঙনা ফংজবী মচা নিঙোলগী ময়া ওইনা ঐগুম্বা পীতৎ পাতৎপা অমবু লম কনশিন্নীংগনি। অদুনা থুনমক মহাক্না মতীক চাবা নুপা অমগা হায়ন শীংনদুনা ৱারোয়পোৎ পুরম্মী। মচানুপীবু চ্যেকশিন্না শেন্নরমই। হৈজীংপোৎ নুমিৎকী অহীং অথেঙবদা মহাক লোন্না ঐগী কাদা লাকখি মাবু পুদুনা চৎলো হায়রকখি। কয়া কপখি অদুবু ঐনা নুংগী শক্তমগুম মাগী পিশিংদু য়েংদুনা লৈবা তাখি। ঐবু য়োকপী থাকপিরকপা ইমুং অদুবু নমথাক তৌদুনা লুহোংগদবা নীনিদা ঙায়রবী মহাকপু পুদুনা চৎপা ঐনা করম্না ঙমগনি ? অদুনা ঐহাক লৈতান্না শাবা মুর্তিগুম মহাক্না নীংবা কায়বগী পি শীন্থ শীন্থ লম্লানবগী ঙকশমদা কুন্দো পরেং হূকখিবদু য়েংদুনা লৈরম্মী। মহাক চৎখ্রবা মতুংদা ঐহাক অমুক মাগী নীংশিং খুদম্না থল্লবা য়ুমদুদগী খাঙবা ঙমদ্রদুনা অফ- ফত্তগী ৱাখল নাথৈরগা লোন্না চেল্লকখি। পল্লেপফম খঙদ্রবা নোংলৈনা পুবা ঊনাগুম কোয়পাই পাইদুনা লাকপা ঐহাক ঙসিদি য়ুমসিগী ভারাদা লৈররে। ঐগী লাইরিক তম্বগী পুন্সিসু মতাঙসিদা থুপচিল্লে। হিংবা হায়বসিনা, পুক্কী ৱাফমসিনা ঐঙোন্দা মরু ওইরক্লে। অদুনা ঐ লাই য়েকপা দুকান অমদা লাই য়েকপা য়াওরে। ঐনা স্কুল তন্লিঙৈ হাফ পেরিওদতা স্কুলগী মনাক্তা লৈবা লাই য়েকফম অমদা ঙাইহাক ঙাইহাক নুংতিগী ফমখি। ঙসিদি মদুনা ঐগী পুন্সি হিংনবগী লম্বী ওইররে। ঈথক মচা মচা হৌরম্বা পুন্নমক তুমিন চপ লেপখ্রবদা পুন্সিসে থাঙফমতনা য়োল্লবা পাম্বী অমগুম ঐনা হেক হেক উরকই। কদায়দনো ফজবা, শুক্ষৎপা, মপালগী শাথেক, লূমথরবা উহৈগী মঙলান। নুমিৎ, থা, থৱান্মিচাক, শাৎলিবা লৈ-শু, উপাল-ৱাপাল, মহৌশাগী শুক্ষৎপা শক্লোন পুন্নমক থৱায় পান্দ্রবা অয়েকপা লাইগুম উরক্লে। লেঙ হাইদ্রে, স্বর হোনখিদ্রে। ফীভম অসি করম্না ওইখ্রিবা ইশামকফাও খঙজহৌদ্রে। ঐগী পুন্সিগী লম্বী অসে

অসুম অসুম মরাক চপশীল্লকপগুম তৌরক্লে। ঐনা লৈরিবা কা অসিগী ফক্লাং মরিনা ঐবু চপখায়গদবগুম্লে। ঙসিগী তাইবঙ অসিদা ঐনা হিংদুনা লৈরিবা অসি চুম্লিবা? ইথন্তা তোয়না তোয়না হংজরক্লে। ঈথৌ লাংলবা ঐগী থম্মোয় অসিনা খৌরাংবা কোক্লবা ঈরিকশিং থিনা থিনা কেমখিবদা তারমাল্লে। নোংমদি ঐহাক লৈজবা থৌনা পুম্নমক খোমজীন্দুনা শিরসিরা হায়না হোৎনরুরে। ঐনা লৈরিবা ভারাদুগী থোঙ্গাল ৱাংমদা, লম্বী ময়াদা হৌরিবা কবুলিয়া পাম্বীদু তান্না থৌরী অমা পুদুনা চৎলম্মী। উপালদুদা ঐগী পুক্সিগী ৱাকৎ খুদিং থাঙ্গৎলম্লগে হায়না খল্লম্মী। অদুবু থৌদোক অমা থোকখি। ঐনা উপালদু কাগে হায়না হোৎনরিঙৈ খুৎ অমনা ঐগী ফীজি পায়দুনা য়াল্লক্লম্মী। অদুগা য়াম্না থাজদবা অঙকপা মওংদা ঐনা ভারা লৌরিবা য়ুম্বুদুগী মচানুপী লেপ্তুনা লৈরম্লে।

মহাক্না হায়রকই -

— করিগীনো পুক্সিবু অদুক লায়না লৌরিবা? ঐখোয় মীওইবনা পোক্লক্লিবসিবু অসিগুম্বসি তৌনবরা?

— হিংবদা কান্নদ্রবা মীদি অসুম্না তৌবা তাবনি।

— নঙগী মরুম থুপ্না হিংগদবা মী অমগীসু খল্লু।

— ঐগীনি হায়বা কনাসু লৈত্রবা লৌবুক্কী থরোই অহাম্বগুম্লবা অমনি।

— নহাক্না নশাবু অদুম্না লৌরবসু কনাগুম্বী অমগী মফমদদি নহাক মমল য়াম্লবা মীশক অমনি।

— মদু করম্না হায়রিবনো?

— শোয়দনা হায়গে। হায়দ্রিঙৈদা নহাক্না লৌরিবা ৱারেপ্তুদগী হন্দোরকউ।

— মদু ওইদ্রবা কান্নদ্রবা ৱানি। ঐগী লম্বী থৎলিবা নঙ কনানো ?

হন্দক্তি মহাক্কী মমীৎ অনীমক পিনা ঈমায় চোল্লকই। থাশিরমদাই থাজগী মচেৎ তারবী মায়থোঙগী মঙান্দা পিশিংদু মুশি মুশি উরকই। করিগী পিনো সিদি? ঙসিসু অমুক কনাগুম্বী অমনা ঐগীদমক্তা, অঙকপনি, অঙকপগী কুয়োম্না য়োমশীনব্রা পুক্সিসে।

— অদুক মিনুংশি খঙদবা? অতোপ্পবু অদুক থাজবা ঙমদবা নহাক ঐগী শীম্বুরিবা পিসিগী মমল খঙলম্মি থাজদে। অশাবা মুর্তিগুম পাউখুম পীদনা ঐহাক

তুমিন লেপখি। মানা ঐগী খূৎ পায়দুনা চিংলক্লম্মী। জাদুনা শুম্লবা মীগুম ঐসু মতুং ইন্নরম্মী।

— নশাগী পুন্সিবু মমল য়াওদবনি খল্লবসু নঙগী পুন্সিবু পাম্মুজবী অমখক্কী পুন্সিগী মমলদি নহাক থিফম থোকই। মহাক্কীদমক নঙ হিংবা তাই।

— কনানো মহাক অদো ?

— নমাঙদা লেপ্লিবী ঐহাক্নি।

নোংথাঙ কূপ্লগুম ব্রাহং কয়ানা ঐগী কোক্কী লৈরোন্নুংদা কেকু লোৎপী শান্নরম্মী। মসিবু ওইথোকপা য়াবা? ঐনা মঙলাক্লবগুম লৈরিঙৈ মানা ঐগী খূৎ অনীমক পায়দুনা হায়রকখি-

— নহাক ঐগীদমক হিংদবা য়াদে। নহাক য়াওদনা ঐ হিংবা ঙম্লোই।

— নহাক্কী ব্রাখল অদো করম্বা মীকুপ্তগী পোকখিবনো? মদুগী ইঙ্গিৎ অমত্তসু ঐনা ফংখিবা লৈতে।

— মশাগী পুন্সিগী অকোয়বদগী হেন্দোকপা ঙমদবা মীনা করম্না অতোপ্পগী চৈনা খঙলুগনি। নোংমা নঙনা ঐগী শক্তম্বু য়েকখিবা নুমিৎতু নীংশিংলিবা?

— নীংশিংলি।

— নুমিৎ অদুদগী ঐগী থম্মোয়দা মরূ অসিসু হুনখ্রবনি।

— ঐগী থৌরাঙ অসি নঙনা করম খঙলিবনো?

— ঐনা নঙগী দাইরী লোন্না হেক হেক পাখি অদুনা সুইসাইদ নোৎতুসু থেংনখি। অহীং তূমদনা ঐনা নঙবু শেন্নদুনা লাকপনি।

— অদুবু ঐনা হায়রি নহাক্কী পুক্লিংগী ফিরেপ অদুনা অশেংবা ওইরবদি মদু হোংদোকউ। ঐগী পুন্সিদি লৈকঙলানি। ঐগা নক্লবা অদুসু ঈখৌ লাংবা অমদি ইরোয়তা লোইনরগদবনি।

— লৈকঙলানি হায়রিবা নঙগী পুন্সি অদুদা অমঙবা নোং ওইনা ঐহাক লাক্লবনি।

— অমঙবা নোংদুম কয়া লাকখ্রে। মীৎকুপ অমা অনী উরুম লাংহল্লম্লগা অঙাওবা নোংলৈনা হুমদোকখিবা ঙাক্নি।

— "থাজদবা তৌগনু। অঙাওবা নোংলৈ কয়া লাক্লবসু ঐগী থম্মোয়সিবুদি মায়থীবা পীবা ঙম্লরোই। ঙসিমক ঐবু কদায়দনো পুদুনা চৎলো।" অদুগা

মহাক্লা ঐগী থবাক্তা ঙাথরকই। ঐনা মীরোন তারকপা মীৎকুপ্তগী ইশাগী পুন্সিবু কিনা অমদি তুক্কৎচনা য়েংলকখিবদু মীকুপসিদদি পুন্সিবু পাম্মুনা নুংশিনা চেজেৎ কোনশীঞ্জনীংলকখি। খঙহৌদনা ঐগী ব্রাখন্দা অয়েকপগুম লৈরম্লবা মহৌশাগী শক্লোন পুম্নমক তপ্লা তপ্লা লেঙ হাইবা হৌরকই। নুংশিরবা ঈশৈগী সুর অমনা মালেমসিবু ঈথক হৌহল্লকই। তপ্লা তপ্লা মহাক্কী শম্লাংগী মনম্লক্তা ইশা পূম্নমক লূপশিন্দুনা খাঙনীংলকই।

তাং ১৩/০৬/২০০৪

# নাপল

দ্রেশিং টেবলদা, মমাঙদা পাউদর, ফিয়ার্নেস ক্রিম, আইব্রোনচিংবা কেনবা মপোৎ মচৈ তাদুনা লৈরি। মখূৎনা লীপষ্টিক পায়খৎলি অদুগা মতম কুইরবগী তুংদা নৌহৌননা মিংশেলদা তারিবা মশাগী মমিবু য়েংজরকই। অসুম্না কয়াম কুইনা শকয়েং মিংশেল মমাঙদা মশাগী শক্তম্বু য়েংদুনা লেপ্লুরবনো খঙদে নুংশিতোম্বী। মহাক্কী মায়থোংগী মচি মচিদা, পীসুম অনীগী কারক, মীৎচি অমদি চীনবান নাকচি নাকচিদা মকূ মকূবা ময়ীশিংনা মহাক্কী চহীগী চৈথেং তাক্লা ইংগীৎ তৌরকই। লুচীন্দা লাংকপ লাংকপ কাপথোরক্লিবা পোকশিংদুনা ঐবু কনানা মায়থীবা পীগদৌরিবনো মতাগুম নাপল তৌনা তৌবা ঙম্বা মতীক উৎলকই। পুন্সিগী পোৎলূম নম্বো কয়াগী চৈনা খাঙবগী মমি মহাক্কী মমীৎ অনীমক্তা তারি। মদু মমশিল্লকুবা য়াচঙবগী মমিগুম্মী। মহাক্কী মশাগী মমিদুবু য়েংনা য়েংনা তারকই মহাক্কী নুপানা মঙোন্দা হেক হেক হায়খিবশিংদু "পাউদর থাদ্রবদি লিপষ্টিক থাদ্রবদি নশক্তু য়েংবা য়াদ্রে। কেনা কেনা লৈয়ু নুংশি।"

– কেবগা শংজদেদা। মথী মকুম থৌয়াম্বু পুগদ্রা? ইচাশিংগী লাইরিকপু তাক্কদ্রা? থবক্কী থবকমক্তনি। নখোয়নদি খঙবীবা নত্তে।

– নুপী খুদিংমক মচা শেন্নরিবনি, লাইরিক তাক্লিবনি। মথী মকুমসু পুরিবনি। নঙগুম্না কুফা চন্দুনা চমোৎ চমোৎ লৈবদি কনাসু য়াওদে। হয়েং নীংঙমজরোইকো।

মমাংঙৈগী মতম ওইরবদি "ঐখোয়বু মেছিনলা? নুপীশিংশিবু নুপাশিংগী মীৎ থকহন্নবগীদমক হিংলিব্রা" অসিনচিংবা থিংবা ঙমদবা ব্রাহ্মেগী নোং মকুম মথাগী নেংজুগুম চুথরমগনি। তৌগদবা মথৌনা খূরক হাঙদনা অমগী মথং অমা পরেং লেংদুনা লৈরি। ঙাইহাক লৈরগদি মচাশিং স্কুলদগী হল্লক্লনি। চরাম চদৎননা নুংশা মরক্তা লাক্কদৌরিবনি অদুনা মখোয়গী চান থক্লবা খরা শেম শাদবা য়াদে। মহাক্কী নুপানা হায়রিবশিংদু থৌওই ব্রাওইনা তারমদনা প্রপ প্রপ থোকখি। মতম কুইরবগী তুংশিদা মহাক্লা মশাগী মরায় চায়থরক্লবা শক্তমদুগী মরুমদা চেক মোক লাউদনা লোৎপ্রবা মহাক্কী পুন্সিগী অঙনবা অয়ুক্কী তাংকক অমসু নীংশিংবশিংগী ঈথক্কত্তা তোংদুনা লাক্লে। মতমদুসু মহাক্লা মিংশেল য়েংখি। য়াম্না তোয়না য়েংখি।

ফোংনা য়েংবা ইকাইদুনা ফমুংদা লোন্না পুশিন্দুনা ফুগাইনা শাৎকদবগী তেমশীংলক্লিবা, লৈকা খূদিংমক্তা লৈহীনা নীক-নীক য়াম্থুগদবগী শেম শারিবা পোৎশাৎনবী গুলাবকুল্লবী মায়থোংগী মশেক মঙালতনা লৈতেংলবা মহাক্কী তথক তথকপী, মরোল লোনবী মীৎস্না অনীদু মথন্তা য়েংজরগা পেঞ্জরম্মী। 'অসুক সুম্মৎলবী মায়থোং অসিগী মপু ওইগদবা লাইবক ফবদু কনানো? মহাক অদু কনানো?'থম্মোয়না তত্তনা হংজখি। অদুদগীদি কুইহৌদে ফুগাইরবী লৈরাংগী লৈনমদা কোয়ঙাওনরবা খোইমু খোইরেলশিংনা লৈনম্না মাইকৈ লাং থাক্লকপদুদা কোয়ঙাওননা পাইশিন্নরকখিবশিংদো। মখোয়গী মরক্তা য়াওরকখি সনাতোম্বসু। মহাক্কী থম্মোয়বু হূখি, তৎন থানররোই খঞ্জবা লীপুন অমনা চেৎনা পুনশিনখি মখোয় অনীবু। হৌনরুবা নাইদনা অমনা অমগী মনাক্তা অসুম অসুম চঙশিন্নখি। মমৈথংদা অমত্তা ওইনা তিনশিন্নখি সনাতোম্বা অমসুং নুংশিতোম্বী। মসিনি মহাক্কী অঙনবা পুন্সিগী তাঙ্কাক। মতমদুসু মহাক্না মিংশেল মমাঙদা মকে শেমখি। সনাতোম্বসু তুমিন্না মহাক্কী মতুংদা লেপ্পখি। ফিজেৎ লৈতেংনা মপুং ফাহল্লবী মহাক্কী মায়থোংগী ফজবগী ময়াই থম্মোয় পেন্না থকখি। মতমদুদা মখোয় অনী অমগা অমগা খন্নখি'ঐমুক লাইবক ফবসিবু কদায়দা লৈরিদগে' নুংশিতোম্বীগী মফমদা থবক শূবগী অৱাবা, চোকথবা লৈরমদে। মতম খুদিং মায়থোং মকা লাম্মী। য়েংলু য়েংলুবদা অনৌবা আশাগী ঈফুৎমক্তনি। মনেম মকু কৈরোয় লৈকাইগী মীপুম খুদিংমক্না নুংশিবী। পুম্নমকসিগী মথক্তা সনাতোম্বগী ময়াই কল্লবা নুংশিগী ঈথক ঈপোম্না মীৎকুপ কাংদনা মহাক্কী থম্মোয় তোবর্বান্দা য়ৈররী। ঈশৈনা নিলহল্লে মহাক্কী পুন্সি অতিয়া মকোয়দু। মতমদুদা খল্লূবা শংদে মশাগী পুন্সিগী মরমদা, মশাগী খোঙফমগী মরমদা। করম্বা হিদেন তাফম অমদা মহাক্কী পম্বুংফম ওইগনি? মদুসু খল্লুদে। কাওশিংগুম তাউথরিবা পুন্সি অসিদা য়াম্না পেঞ্জরদুনা ৱাখল অমত্তনা মহাকপু মথৌ চিলহনবা ঙমখিদে। মতমদুদা ইনশিনবা য়াওদনা মকে শেম্লম্মী। ফিজেৎকী অমদি লৈতেংগী খনবদা মথৌ চিল্লম্মী। ঙসিগী অসিগদি কয়াদা লাপ্পরবা! নোং ঙানবগা ফমুংদগী ফন চোংথবদা থবক ময়াম্না ঙাইদুনা লৈরম্মী। মহাক্কী নুপানা ওফিস কাবা, মচাশিং স্কুল কাবা নংনবা চাক থোংবা তাই। লম-তু নান্না থম্বা তাই। ফিশূ ফীজাম তৌবা তাই। ইংখোল শম্বলসু কোইবা তাই। মখোয়গী ইংখোলদু নীংথিজনা কোইরবদি চহী অমগী মনা মশীং, মোরোক হৈরোক, আলু

অমদি হৱাইনচিংবদি চহী চুপ্পা কোন্নবা ঙম্মী। মদুনা সনাতোম্বগী ইমুংগী চাদিংদসু হম্থুহনবা ঙম্লীবনি।

উচেক মচাগুম মপীনা চাক ইনবা ঙাইদুনা লৈবা অদু মহাক্তি পামজরমদে। অসিগীসু মথক্তা খোঙ থাংজিল থাংজিল্লক্লগা খঙলকই পুন্সি হায়বসি অপাম নুংশিগী ঈরিকখক্তবু পুক পেন্না থক্লগা হিংবা য়াবা পোৎ অমদি নত্তে। মহাক থবক ফংদবা গ্রেজুএট অমনি। মচা লৈত্রিঙৈ ইংলিস স্কুল অমদা ওজা ওইদুনা মতম লেন্নবা মশাগী খরচতা ওইরবসু পুনবা নোংমা ফাদোক ইমুং মনুংগী মকুপ মতাইসু মেন্নবা হোৎনরম্বনি। মথং মথং মচা অহুম সুরকপদদি মচা শেন্নবনা মরু ওইবা হেল্লকপনিনা ওঝা ওইবদু তোকখি। মমান্নবা মরক তিনবগী নুংঙাইজবা, মপান থোকপগী ৱাই শংবা পুন্সিদুনা মাবু নাথৈবীরকই। অদুনা মহাক্লা ইমুংগী কৃপনোমগী অহাঙবা শরক শরক্তা ইংখোল শমবল কোইদুনা মহাক্কী নুপাগী, ইমুংগী মতেং পাংনবা হোৎনবনা হেন্না তঙাইফদবা ওইরকই। ওজা ওইরিঙৈদদি ঙাইহাক্তা ওইববসু মিংশেল মমাঙদা মকে শেম্বা, চানবা ফীজেৎ লৈতেংগী ৱাখল খনবসু তঙাইফদনা তৌরম্মী। মতমদুদা মহাক্কী নুপাগী কল্লক মিহৌসু থাক ৱাংনা লৈরম্মী।

– “কেরেদা, কনানা কল্লক্লবা কেরিনো?” নোংমা সনাতোম্বনা ওফিস কারমদাইগী খোংউপ মরী কিশিন কিশিন্দুনা মাবু ফল্লপ য়েংদুনা হায়রকই।

– কেবা য়াদ্রবরা? নঙসু কেরিদুদি?

– খুৎকে খুৎকেদা লৈ। নঙ মমাংঙৈগা মান্নদ্রেকো; ঈরাং অমা ইচেন চেল্লি।

– করিনো হায়রিদুবো? ঐনা কনাদা ঈরাং তৌরবগে?

– নঙগী লমচৎপু ঐনা করিগী খঙলোইদৌরিনো? থবক ফংদবা মতম লেনবা লাকপা নখোয় স্কুলগী ওজা পাখং শরীশিংদুগা ঈরাং তৌনদুনা ক্না লান্না লান্না চাবদো ঐনা খঙলোই খনব্রা?

নুমিত্তু তশেংনা লাঞ্জাউ অমা থোকখি। স্কুল চৎকে খন্না মফি মরোল হোংদোক্লম্বদু অমমমতা লৌথোক্লগা মফিশিংদু লোইনা লাক লাক্তুনা লংথোক্লগা নুংশিতোম্বীদু ৱারৌবা খোয়শাউনবগী অরোইবা থাক্তা লেপ্তুনা মপি শিস্থ শিস্থ ফমুংদা চঙখি। স্কুল চৎখিদে। সনাতোম্বগী থম্মোয়দদি মোমোন নোকখিমাল্লে। মদুগী ইংগীত অহীং অথেঙবদা নুংশিতোম্বীনা ফংখি। মহাক্কী মনাম তারবা, য়াল্লবা,

কুপশীৎ কুপ্লবা, মোন মোন লাউবা অমুবা শম্লাংদু মখুৎনা নাম্থবীরগা সনাতোম্বনা নুংশিনা হায়খি- "ঐদি সুপ্নগী ফাগি অমত্তং তৌরুবনি। করিগীনো মৈগী চীং পোকখায়বগুম তৌরিদো?"

— ফগি খূত্তৌ চাদে। ফাগিবু অদুম তৌনবরা?

— "নুংশা থীবনি, নুংশিমন্দুনা তৌরিনি। নঙনা কেবসি য়াম্না পকচৈ। নুপাশিংসে ফজবী উবা য়াদবনি।" নুমিত্তু মপানদা নোং খাক লাউনা, নোংখোং ফৃইনা চুখি অদুবু শমিন অমত্তা ফংদনা মহাক্কী নুপাগী মথানুংদা চীক্লা থম্মোয় পেন্না যাতোখি।

অসুম অসুম মতম হৌখিবগা লোয়ননা নুংশিতোম্বীনা খঙলকই- পুন্সিসে হোংবা নাই। মহাক্কী লাম্বা লৈতে হায়না মশোং ফন্না লেপ্লপ্বা ৱাং চাউরবা চীংজাওশিংসু অকনবা নোংনা, নুংশিৎনা, নুংশানা অসুম অসুম মথীক নেমথহল্লকই। লোয়না লোয়ননা মখোয়গী নাপলসু নোংমদি মরাই চায়থখি। নোংমা সনাতোম্বনা মখোয়গী শূমাং মতোন্দা হৌবিবা বরল্লৈ পাম্বীদু শীংজংনা দোম দোম থাদুনা য়ানবা হৌরম্মী। মদু নুংশিতোম্বীনা চাকশঙদা চাক থোংনা থোংনা উরক্লম্মী। চেস্থোরক্নুনা হায়রম্মী-

"করিগীনো বরল্লৈদু য়াম্থৎলিদুবু?"

হোয়, মাই অমত্তা হায়দনা সনাতোম্বনা শীংজংদু অসুম লেপ্তুনা উদুগী মখোঙদা হাইথরম্মী। নুংশিতোম্বীদু কপকদৌরে। মহাক খাঙবা ঙল্লমদে। বরল্লৈ পাম্বীদুগা মহাক্কা অয়াম্বা মতম লেনমিন্নরক্লবনি। মহাক লাকপা নৌরিঙৈ, মঙানি চাক্কৌবা নুমিত্তা সনাতোম্বনা থৱায় য়াওনা পুরক্নুনা থাখিবনি। মদুবু ঈশিং চাইবা, তীন কাঙ ফাদোকপা, শেন্নবনা নুংশিতোম্বীগী মথৌ ওইখিবনি। মনা পুঙখৎলকপা, মরেপ তাল্লকপা, শারেপ ফারকপা অদুদগী মপান্না জুম জুম শাৎলকপা খুদিংমক মহাক্কী মীৎমাঙদনি। নুমিদাংগী মৈঙালদা মৈ লাক্তবা নুমিত্তনি থাবলদা মহাক্লা মাংগোল দারীদা ফমদুনা অঙাঙবা জুম জুম তারিবা বরল্লৈশিং য়েংদুনা সনাতোম্বা হল্লকপা হেক হেক ঙাইখিবদু। মহাক্কী পুন্সিদা অঙাঙবা মচুগী ঈথক হৌখিবা মতমশিংদু। নুমিত্তুবু থম্মোয়দা চেৎনা থাগোন্দুনা থল্লম্মী। লৈপালদুদা শীংজংনা য়াল্লকপা খুদিং মহাক্কী থম্মোয়দা চৈনা ফাওরম্মী।

— করিগীনো উসিবু য়াম্থৎপীরিসে?

হন্দক্তি চান্ননা চঙশিল্লক্কুনা হাইগৎলিবা শীংজংদু পায়রিবা খুত্তু ফাদা ফারগে মতাগুম মমীৎ অনীনা লাঙতক্লনা য়েংলদুনা হায়রক্লম্মী। মহাক্কী মতৌদুদা সনাতোম্বদু নোকথোরক্লে। হাইগৎলম্বা শীংজংদুনা উখোংদুদা হাইথরগা নুংশিতোম্বীবু য়েংলম্মী।

– করিগীনো ইপা পাখৎলিদুবো? উসি মশা মরেং ফন্দোরক্লে মফম চাদ্রে অতোপ্পা পাম্বী অমা থারগে তৌবনি।

ব্রাহৈদুমক্লা অমুক হেন্না মাগী থম্মোয়বু চৈনা পীরকপগুম ফাওরম্মী। থম্মোয়নুংদা হায়খি- মতম কুইনা হৌজরবা লৈপালশিনা মশা মরেং ফন্দোক ফন্দোক্লগা ঐনা কয়াদা হরাওজরিবা ! অদুগা মসিবু য়াম্লুৎনীংলিবা নঙগী করম্বা ব্রাখলনো?

অদুবু নুমিত্তু সনাতোম্বনা ঙমদুনা লৈপাম্বীদু অদুম্মক য়াম্লুৎখ্রে। মদুগী মহূত্তা কদায়দগীনো হংগাম্পাল মচুগী উতোংলৈ চারা অমা থব্রায় য়াওনা অমুক থাররে। মদুবু মশামক্লা শেন্নবা, ঈশিং চাইবসু নানথোকপা য়াদবা মথৌ ওইরক্লম্মী।

– উতোংলৈ পাম্বীসিবু কদায়দগীনো?

– ঐখোয়গী ওফিসকী চৌকিদারগী শম্বলদা হৌবনি। মপাল শাৎলকান্দা য়াম্না ফজে লমসু পঙকন কন্দে।

নুংশিতোম্বীনদি লৈপালদুবু মথৌমক ওইনা শাউনীংলম্মী। মহাক্কী মীৎমাঙদা কাউবা ঙমদনা শন্দোক্কুনা লৈরি অঙাঙবা বরব্লৈগী অঙাঙবা মচুগী ঈথক্লা। ইকুই কুইদনা পাউ তারকই- সনাতোম্বা নুপী অমা গারী মনীংদা হাপ হাপ্পুনা চৎলে। য়াম্না চৎলে। নক্লবা মরী মতানা, মাবু নুংশিবীবা মীশিংনা, লৈকাইগী মচেম মনেমশিংনা পাউ কয়া তম্লে। হোটেলদা চা থকমিন্নহৌই। সিনেমা হোলদা লৈহৌই। অরাপ্পা মফমদা চৎমিন্নহৌই, অসিনচিংবা। অদুগা নুংশিতোম্বীগী মফমদা পুক্লিং কয়া চঙলক্তবা, অহীং অথেঙবদা য়ু ঙাওরগা হল্লকপা, মহাক্কী অনৌবা শাজৎ ওইরকখি। খুদিংমক্কু নুংশিতোম্বী খাঙবা তাখি। খাঙখি। অদুবু লেম্নদি তোকখিদে; মদুগী মরমদা মখোয় অনী নিঙাই চক্রি য়াম্না থাংনখি। কয়ারক মথম্মোয় কায়না কপখি। মহাক্কী পিগী ব্রাকৎ থম্মোয়গী নিংঙাই সনাতোম্বনা খঙখিদে, খঙনীংখিদে। থম্নাথক্কী লাইজনা ঈপাকথক্তা তিনবা হৌনশানি খন্দোকখি। অদুবু মশাবু মীনমজদুনা সনাতোম্বনা হায়খি- "নোংমা ফাদোক

চৎমিন্নবা য়াদ্রবরা? মীগী মতেং পাংবা য়াদ্রবরা? মহাক মরাইবাক থীরবীনি।"
ব্রাফমদু ফজমনখিদুনা নুংশিতোম্বী মখা তাবা ঙমখিদে। অদুগীদু মথক্তা তারিবদু পাউনি; মমীৎমক্লা উরুবসু নত্তে। লৈকাইগী পাউনিনখোন্নি। পাউনিনখোন্দুদা অচুম্বা খরদি য়াওরে হায়বা মহাকসু খঙজরে। মহাক্কী নুপানা মঙোন্দা করিমত্তা লোৎলোই হায়না খনখি। থাজবা অদুমক্লা মহাকপু তপথখো খামখি। অদুবু মহাক্লা তাবা নুংঙাইতবা ব্রাহে অমত্তংদি 'মরাইবক থীরবীনি' হায়বসিনি। অতোপ্পা নুপী অদুসু নুপা কায়নরবী অমগী মফমদা মিনুংশি উৎপদুমদি মহাক্কী থম্মোয়না কনথী থোক্লা য়ানীংলমদে। মথন্তা হেক হেক হংজখি- "নহাক কয়াম পুকচেল চাউবা মীনো? লম্লানবী অমগী থীরবা লাইবক্কা ঐহাক্কী লাইবক্কা ওন্থোক্লগে হায়না খল্লব্রা?" খুদক্তুদা উবকই শুমাং মতোন্দা তনৌ তনৌ চোংখৎলক্লিবা মপাল শাৎকদবগী তেমশীংলক্লিবা উতোংলৈ পাম্বীদু। ভৈরবীগী শক্তম লৌরদুনা থাঙজৌ অমা পায়রগা মদুগী মখোঙদা মশা থক থক নীক্লা লেপ্লম্মী। সনাতোম্বনা মাগী মতৌ খঙলবগুম তান্নরক্লম্মী। অশাউবনা নুংশিতোম্বীগী মমীৎ অনীমক মমশিল্লম্মী। মখুৎনা পায়রিবা থাঙজৌদুনা উতোংলৈ পাম্বীদুগী মখোঙদা যানগে হায়না থাংগৎলম্মী অদুবু সনাতোম্বনা ফাখ্রে। থাঙদু মুন্নবদা মাগী মখুৎসু শোকখ্রে। চৈনা ফংলবদা শাউবগীরা করম্বা ব্রাখলদগীনো মহাক্লা নুংশিতোম্বীগী থোৎলবা মখজাইদা তচাউ তচাউবা মখুৎত্তুনা কম্থি থোক্লা থাজিনবীরম্মী। নুমিত্তুসু মহাক কপখি, থম্মোয় শোক্লা কপখি। অহীং তুম্বা য়াখিদে। থেম্বীগদবা মহাকসু থম্মোয় পান্দবা উকংগুম তুমিন অদুম লৈখি। মহাক্লা অহীং তূমদনা হোংলক্লিবা মহাক্কী পুন্সিগী কুদ্রুক কদ্রাকপা লম্বীশিংদু য়েংজরম্মী। নুপা নখোয়গী নাপল হায়বদু অসিরা? মথন্তা থম্মোয়নুংদা শোল্লম্মী 'নখোয় নুপা ওইবশিংগী নাপলগী চীংদোল মরুমদা নাশোন পীক্লা চেম্থরিবা পুন্সি ঈচেলবু করম থোক্লগদগে য়েংদুনা লেনবা অসিনা নুপীশিংগী লাইবক্কা?' অসুম্না অহীং কয়ানি হৌখিবা। অদুদগী নোংমা মচা অতোনবদু কাফৈ কাফৈ চৎলকপা মতমদুদনি অকনবা নোংলৈ নুংশিৎ অমা হৌরকখিবদো। আশা কয়াগা লোয়ননা শাগৎচবা উচেক্কী মহুমসু তমথীবা নোংলৈনা হুমদোকখি। পাউ লাকখি, সনাতোম্বদু চৌকিদারগী মচানুপী মৌ হল্লকপীদু পুদুনা চৎখ্রে। পাউদু তাবদা সনাতোম্বগী মমা ও খোংনা কপখি। মমৌনুপীগী থীরবা লাইবক্তুগীরা? মচানুপাগী লাইবক্কীরা, মশূশিংগীরা নৎত্রগা

মা মশাগীরা? মহাক্না কন্না থিংবদগী নুপীদু য়ূমদা পুশিল্লকখিদে। ভারাদা থমখি। সনাতোম্বদু ভারাদা অদুম লৈখি। অদুগা নুংশিতোম্বীদি ৱারৌবগী অরোইবা পনখৈদা লেপ্তুনা মপোৎ মচৈ য়োমদুনা মপাম চৎকে তৌবদা মনেম মকুনা খামখি। মচাশিংনা ফীজি য়ানখি মহাক খোঙ থাঙদোক্তুনা মপাম খোঙদাবা ঙমখিদে। মতমদুদা মহাক্না খঙলকখি মহাক্কী মমানা মঙোন্দা হেক হেক হায়খিবশিংদো 'ইবেম্মা নঙ নুপীনি।' মহাক্না অঙাং ওইরিঙৈদগী লৈশাবী ফারকপা মতম ফাওবদা খ্বাইদগী তানিংখিদবা ৱাহৈদি 'নঙ নুপীনি' হায়বসিনি। করিগীনো মহাক্কী মমানা মপানা মীপুম খুদিংমক্না মহাকপু "নুপাগুম নঙসু মীওইবা অমনি।" হায়বীনিংখিদ্রিবা? ঙসিসু ৱাফম অসিনা মাগী থম্মোয়বু থুগায়রগে মতাগুম ঙংবা হৌরকই। অসুম্না চহী মঙাগী মতম হৌখ্রে। নুংশিতোম্বীগী থম্মোয়দা হৌরম্বা নোং নুংশিৎসু ফনা য়াম্না নেমথখ্রে। সনাতোম্বগী মমা কন্না নারি। মতমদুদা নোংমা সনাতোম্বনা পাউ থারকই, লঙজখিবা মরালশিংদু মমা অমদি নুংশিতোম্বীদা ঙাকপীয়ু হায়জবা পাম্লে। পাঞ্চিরমদাইসিদদি মহাক্কী মরালদু খঙজরক্লে। মহাক্না থাংজিল্লুরিবা খোঙথাংদু মঙালগী লম্বীদা নত্তে, সুক সুনা মম্লবা থা থৱানমিচাক্কী মমি উদ্রবা থামম্বা অহিংগী শা কৈনা থল্লবা জঙ্গলদনি হায়বা মা খঙজরক্লে। মহাক্কী নুপী অতোম্বীদু মখোয়না লৈরিবা ভারাদুগী য়ূম্বুদুগী মচানুপা পখাং শরীদুগা অরোনবা মরী লৈনরম্লে, মদু মমীৎমক্না উরে। মানা লমচৎ নাইদবা অনীদুবু পুলিসতা শিন্নখ্রে হায়বা পাউসু তারে। ঙসি সনাতোম্বা মতম কুইরবগী তুংদা মশাগী ময়ুমদা, নুংশিতোম্বীগী মনাক্তা লাক্কনি। চীনবান নাকচীদা মকা ফোংদনা মীনোক অমখক লুপ্লিবগুম তৌরি। থংনবা মীৎকুপ্তা মহাক্না থম্মোয় পেন্না হৌনা অমুক্তং নোক্লীংলকই, মশানা মশাগী অশোনবা মীৎকুপ অদুবু কম্থী থোক্না করেম্ননীংঙকই। মহাক মশাদা খাঙবা ঙমদবা পোৎলুম অদুবু মৈচাক অদুবু মহাক্না কয়া লায়না নুংশিতোম্বীগী কোকথক্তা থাংগৎপিখিবা; মদুবু তেরা মফোলগুম য়াংনা মতম অমদা খনখিবা অদুগা হৌজিক্না ঙাকপীয়ু অমুক হায়ররিবা। অদুগা মহাক্না থম্মোয় শোন্থগে তৌরক্লিবা। ঙসিদি নুংশিতোম্বীনা তশেংনা খঙজরকই মদু মাগী মায়পাকপা নত্তে মায়থীবনি। মচীনবান য়ৌনা থাংগৎলুরবা মতম কুইনা থাদোক্নরক্কবা লিপষ্টীক্তু তপ্না অমুক থাদখি। অদুগা মশাগী মমিদা মমীৎ অনীমক্তুনা মুন্না য়েংলকই। 'কয়া কুইনা লাইধিবী অমগুম নশাগী অপাম

পামদা ফোঙদোকচদনা অতোপ্পগী য়াকাদা য়েংদুনা লৈখিনি? থম্মোয়দা ওল্লিবা চৈনা মৈচাক খুদিং লোৎশিন্দুনা কয়াম কুইনা তাৎ তৌদুনা হিংখিনী? নঙসু মীওইবনি। মীওইবগী নাপল অমদি অদুম্মক শাগোন্নরি।' মহাক্না মশাগী মমিদগী লৈথোক্কুনা নারিবা মনেমগী মনাক্তা লেপ্পরে।

"ইমা ঐ চৎলগে। অসুক কুইবসি ইমাবু থাদোকপা ঙমদদুনা য়ুমশিদা লৈরকপনি। ঙসিদি ইমাবু য়েংশিনবীগদবা, শেন্নবীগদবা মহাক লাক্লবনিনা ঐগী ইথৌ লোইরে। ঙসিদি ঐবু খাম্বীরনু।" অদুগা মনেম্বু খুরুম্লকই। মনেম্না ৱাহৈ অমা হায়নীংদুনা মখুৎ থাংগৎলকই হায়দোকপদি ঙমদে। মমীৎ অনীমক্তা পিনা থূম্না লৈরিবদু নুংশিতোম্বীনা উবা ফংই। করি হায়রিবনো? মশূশিংগী ৱা হায়রিবরা? শোয়দনা ওইরমগনি হায়বা মহাকসু খঙই। মচাশিংগী ৱাখলননি লীপুন অদুননি মহাক্কী নূঙ ওনগে তেমশীংলকপা থম্মোয়বু হেক হেক মহী চেলহনখিবদু। নুপীওইবীশিংগী অশোনবা থম্মোয় অসিদা য়াচন লাক্কুনা নুপা ওইবশিংনা মখোয়বু থৌনিংবা মায়কৈদা শাথৌরিবগুম মহাক্না খল্লকই। মহাক্কী মমানা মঙোন্দা তম্বীখিবা পারাশিংদু ঙসিসু চীনফা পুরি,' অখাঙ কনবা অমসুং ঙাকপী হৈবনা নুপীশিংগী গুন্নি।' ৱাহৈশিংসিনা মাগী থম্মোয়দা শিংলি নাউরীদা তুংদুনা লৈরম্লে হায়বসি মহাক্না খঙজরক্লে। মদুমক্লনি মহাক্না মীরাইবীবগী লাকচথীবগী চৈনাশিং খাঙদুনা লাক্লিবা। অদুবু ঙাঙপীবা হায়বদুমদি মহাক্না অমোৎপা অমাংবা অমগুম মহাক্কী হকচাংগী তুখোঙ খূদিংদগী তাম্বোকপা পাম্লকই। মহাক্না মচা অপীকপদুগী খুদাং পায়রকই অদুগা মীওইবা অমগী নাপলদি মাইথীবা মরক্তসু লেঙদনা লৈ হায়বা অসিমত্তং থম্মোয়দা চেৎনা থাগোন্দুনা মফমদুদগী থোক্লকই।

# নিংঙাই

— “পামজদ্রে পামজদ্রে, পৈশা মরিগী তরা তরামুক তৌরবসু সুকপাম পামজদ্রে।” জানকিনা মুরুম মুরুম শোন্দুনা মাংগোল ৱাই শীৎলি।

— “তানীংদবনা শিরে, মমাঙদদি অমুক্তা ঙাঙবা ঙমদে ইমানা তৌরিদো। মানা হেক থোকখিবগা পোরোক শোনবদা ঐখোয় অমত্তা লৈফম চাফম খঙদ্রে। ঐখোয়সু লোইনা চৎচগ্রগে।” মচানুপী বীনানা ঙাঙলকই।

— চৎপীখ্রো চৎপীখ্রো। কনামত্তা লৈত্রগা ৱাই শংগদবনি। মৌনেনা তৌরিসিনা নোংঙানবগা ইমুংগী অহোবদি য়েংদে চৎকদবগী মখোঙ থাংগত্তুনা লৈ। হঞ্জিল্লকএ উপু অখোংবী অমগা মমীৎ মনা উইশিন্দুনা বেবা-বেবা খোংবদা নাকোংদ্রম শেগায়দৌরে। ৱাখল অমত্তা মেন তানা খনবা ঙমদে। করিনো ঐগী লাইবকসিবো?

মেমচানা য়ুমসিদা মৌ ওইনা লাকপা চহী অমা ফারক্লে। লাকপা নৌরিঙৈ ইমুংগী মী পুন্নমক্লা মহাকপু লুনা তৌবীরম্মী। মপুরোইবগী নুংশি মীৎয়েংখাদা মহাক্কী পুন্সি আশা কযাগা লোয়ননা শাৎকায়গনি হায়না খঙ্খি। অদুবু নোংমা নোংমগী মহাক্কী শাগৎচরুবা আশাশিং মখোঙ চেত্ত্রবা লৈঙোয়গী ফূরাগুম নীংখায়বা হৌরকই। মহাক্তি খুনাইদা মহাক্কী মফম অমা কল্লবী শৈশকপীনি। মপান নাইদ্রবা শুরগী ঈথক ঈপোমদা ঙানু থংগোংগুম তাউজবনা মহাক্কী মঙলান্নি। মহাক্কী মপুরোইবনা মহাক্কী লম্বী শেম্বীগনি খল্লুই অদুবু খল্লুবা ৱাখলগী ওন্ন তৈনবদা খূদিংমক্লা মহাক্কী লম্বীদা তিংখং ওইররে। মনেম মকু অমদি মপুরোইবগী পেন্নবা হোৎনবদা, য়ুমগী মথী মকুম থৌয়াম পুবদা মহাক স্প্রীংনা শাবা লাইথিবী অমা নোংমা শোয়দনা ওইরক্কনি হায়বসি মহাক্কী থাজবগী ৱাংমদনি। কুইরে মহাক্লা ঈশৈগী থৌরম অমত্তসু য়াওবা ফংজরক্ত্রিবা। অদুগা অমরোমদা মহাক্কী খোঞ্জেলদা মহাক্কী শুরদা সুন্ধৎলবা মীশিংনা মহাকপু ঙাইরি খৌগংলবী নোংগৌবীনা কুমগী ঈরা ঙাইজবগুম।

— “কুইরে ঐনা ঈশৈ শকপা য়াওরক্তবা। হন্দক্তি প্রোগ্রাম অমা ফংই, ঐ য়াওরুবা তারে।” মহাক্লা মপুরোইবদা হায়রকই।

— য়াওরুচোনা নঙবু কনানা খাম্বগে? য়াওগনু কনানা হায়বগে?

— চীন্না হায়দ্রবসু থবক্লদি ঊৎলি। নোংমত্তা ঐনা চখোল্লুবা হল্লকপদা নঙনা হরাও হরাও লৈরম্বা য়াওবা? ইমুংশিগী করম্বা মীওইনা ঐবু তরাম্না ওকপীরম্বা য়াওবগে?

— মদুদি নঙনা থোকহঞ্জবনি। তৌগদবা নথৌ তৌরম্লগা চৎলবদি কনানা নঙোন্দা ৱা ঙাঙগনি?

— ঐনা নুমিৎ খুদিংগী তৌরিবনি। নোংমা ফাদোক্তি ইমুংসিগী মীশিংসু তৌবীবা য়াই মতাং মতাং হায়বদুনি। নঙনা ঐবু ঐগী পামজবদা নীংতম্বা পীগনি হায়বদাই? পীরিবদি অসিরা ?

— নঙনা হায়রিবদু ঐঙোন্দরা ? ইমুংগী মকুপ মতাইবু ঐঙোন্দা তৌ হায়রিববা? নৎত্রগা ইমাদরা নঙনা হায়রিবদো। য়ুম অমগী মৌ থিবা হায়বসে অপীকপদগী অচৌবদগী পোৎলুম পুন্নমক লৌনবা থিরিবনি। ইমুং মহী লাঙহন্নবা নত্তে।

— অদুদি ঐখোয়বু নুপা ময়ুমগী মমল পীদবা মীনাই অমগুম খল্লীবরা? ইশাগী মী অমা ওইবগী অপাম পামদা ফোঙদোক্লবা হক অমত্তা লৈত্রবরা?

নুমিত্তু লাঞ্জাও অমা থোকখি লোয়ননা ঈশৈগী থৌরমদুসু নাম্থোকখি। মপুরোইবনা মহাকপু মাগী চীম্থক্তা খুম্মী হায়দুনা ফূবীরম্মী। ইমুংগী মীপুম খুদিংমক্লা খামদোকপীবগী মহুত্তা মঙোন্দা মরাল পুন্নমক থঙজিল্লম্মী।

— মানা ঐখোয় পুন্নমকপু পোকপীরগে হায়রিমাল্লে। কদায়দগীনো শূনীংদবী ঈরাং তৌবী অমা লাক্লুনা ইচাগসে লোইনা ঙাওহন্দৌরে। অরায়বা মী নত্তেয়ে শায়াম থেংনরবীনে মহে তৌদুনা ইচাগসে ফাবীরি ওইরিনিয়ে।

নুমিত্তুদা মনেম্বোক্লা মচীন পেনবমখৈ মহাকপু চৈবীখি। অদুগা মহাক্লা মরোনথোক্তবা লাইধিবীগুম তুমিন তাশিন্দুনা লৈখি। নুপীনা য়ুম পানবা হায়বসি পাপ অমরা হায়না খঞ্জখি। নুমিৎসিগী মথংগী অয়ুক্তা মহাক্ল ৱাই তৈরম্দু মনেম্বোক্ল অমুকসু হঞ্জিন্না তৈখি। মহাক্লা ফেঙলম্বা কোনশিংদু মচন্নুপীনা অমুক থাংদোক্লুনা ফেঙখি। মখোয়না তৌরিবদু করিনো হায়না মথম্তা হংজরম্মী।

— "ইমাগা অঙাংশিংগনা থবক তৌরিসি নঙদি তৌবা য়াদ্রা?" মাগী নুপানা হায়রকই।

— ৱাইসু ঐনা তৈরম্লবনি কোনসু ঐনা ফেঙখ্রবনি।

— নচীনথীনু মখোয় অঙাওবা নত্তে।

— থাজদ্রগা মখোয়দা হংবীয়ুনে?

— অদু ওইরবদি নঙনা তৌবদু মচু তারম্লোই। ঈথক ঈরাংদা তাউরিঙৈ থবক ফজনা তৌনি খঙলম্লোই।

ৱাঙাও খুদিং খোঙথাং খুদিং মহাক্কী মরালতা পীরম্মী। মহাক্কী হকচাং তংখায়নি, মখোয় অনীগী থৱায় অমত্তনি হায়দুনা অতিয়া মালেম মী, লাই পুন্নমকপু শাখি থমদুনা মহাক্কী ঙকশমদা কুন্দো পরেং হূকপীখ্রবা মহাক্কী মপুরোইবনা ফাওবা মাবু খঙবীবা ঙমদ্রে। মাগী থম্মোয়গী চৈনাখোল তাবীনবা কনাসু লৈতবগুম্লে। মী অমা ওইবগী অৱা অনা, পুক্নীংগী অপাম পামদা খুদিংমক ফোঙদোক্লবা তাঞ্জা ফংদনা ফংলবসু তাবীনবা লৈতনা মেমচানা মপুরোইবগী মনাক্তা লৈরক্লিবসি চহী অনী ফাজিল্লক্লে। পুন্সিগী মীৎকুপ মীৎকুপ্তা মহাক্না অঙাং ওইরিঙৈগী, মপামদা লৈশারৈঙৈগী থৌদোকশিংবু হেক হেক নীংশিংজে। মহাক্কী মমা মপানা, মবুং মৌপ্পানা মহাকপু কয়াদা নুংশিনা কয়াদা মমল লৈনা তৌজখিবা ! মফমসিদদি পুন্নমক ওন্নতৈনরে। “গাড়ী ষন্না পোৎলুম ময়াম অমা অমগী মথং অমা অমগী মথং অমা মথক্তা নন্থরদুনা চৎলি কুদ্রুক কদ্রাকপা লম্বীদা। ৱাদুনা খজিক্তং নিংঙাই তৌজরুবদা মনমদা শাজে থারকই। মখোয়গা ঐগা করিদা খেন্নবগে? খেন্নবা থোইনা লৈতে। ৱাখলগী নম্বো ময়াম অসি করম্বা মীৎকুপ্তা থাংথদুনা হিংবগী মহাও ফংবা ঙমগনি। মহাক্না হেক হেক খঞ্জরম্মী। ইমুংগী মীপুম খুদিংমক্না মহাকপু য়েংলি। মহাক্কী খোঙথাং খুদিংমক্কী অশোয়বা থিরি। মহাক্কী মপুরোইবনা ফাওবা নোংমত্তা মহাক্কী অপাম-পামদা, অৱা নুংঙাই অমত্তসু খঙবীনবা হোৎনদে।

— মা ঐ থম্মোয় থম্মোয় খঙনদুনা লম্বীসিদা লাকপনি অদুগা করিগীনো ঙসিনা লম্বী লমখাঙদা থেংনবা লম্বী মরূপ্তা মরূপ ওইরক্লিবা?

নীংশিংলি নুমিত্তু য়াউশঙ মনূংনি। মখোয়গী মমাঙ শড়ক্তা ফম্বা হোটেল অমদা মখোয় অনী চা থকমিন্নখিবদো।

— নঙনা ঐগী নাক্তা লেঙদনা লৈরগদবা নুমিত্তো হায়রো। ইমানা পুশিল্লকও হায়না তকশিল্লকএ।

— নখোয় ইমা খঙব্রনে?

— খঙই, করিগী খঙদনি মচানা তৌবা থবকপু।

— নঙসি নখোয় ইমাদা ব্বারী য়াম্না শারমগদবা মাল্লি।

— শাবা য়াবমখৈদি খরা খরা শাই। ঐনা মহাক্কী মচা অহন্নি অদুগীসু মথক্তা অমত্তা য়াওজবনি।

— ঐনা হয়েং নখোয়দা লাক্লকান্দা নখোয় ইমানা ঐবু লুনা তৌবীগদ্রা?

ঐনা পামজরিবা শিনফমসিদা অথিংবা পীরোইদ্রা?

— য়াম্না লুনা মচানুপীগুম্না তৌগনি। ঐখোয় ইমাদি য়াম্না ফৈ। ঙসিফাওবদা য়াম্না কায়বা নত্রবদি ঐখোয়না তৌনীংবতা তৌহন্দুনা লাক্লি।

— নঙনা ঐবু থিংলোইদ্রা?

— নঙ ঐ অমত্তা ওইরদবা নত্রনে?

মতমদুদা হায়খিবা ব্বাহৈশিংদো ঙসিদি কয়াদা তাইয়োন্নরবা ! য়াউশঙগী অঙাঙবা, অশংবা, হীগোক মচুগী পিচকারী মহীশিংনা মচু শঙলবা অতিয়াদা মহাক্লা মহাক্কী পুন্সিগী মচুশিং শাগৎচরুই। য়েন্নীংথাগী লৈপালশিংনা তৌবগুম লৈচু উত্রিবা পোল্লিবা লৈরাংশিংগী লৈকাবু করম্বা মীৎকুপ্তা হাইদোক্লগদগে হায়না খোয়রাংনা ঙাইজখিবা মীৎকুপশিং অদো ঙসিগী মীৎকুপ অসিবূরা? অতিয়াদা নীংতম্না পাইরিবা চেক্লাবু উরগা, মখোয়গী ঈশৈবু তারগা মাগী থম্মোয়দা সূরগী ঈথক হৌরকই। লমদোন নাইদ্রবা মালংদা ঈশৈশিংদুনা মাঙখিবগুম মহাক্কী সুরসু মদোম চন্নফম খঙদনা তিনখি থম্মোয় অতিয়াদা।

— "পোন্দা ফাজিন্দুনা থল্লিবা চেক্লাগা ঐগা করিদা খেন্নবগে? চেক্লা ওইরবসু তেনব্বানি, মপুনা তম্বীবা মরোন্তমক লোন্নবা হোৎনবদা মশাগী মরোল কাউশিল্লক্লবা। পোনসিদগী নাম্হোক্তুনা থম্মোয় পেন্না শৈশক তমজরবদি।" মহাক্কী থম্মোয়না লাঙতক্লজে। অদুবু থদৎপসু ঙমদে য়োৎহ্লীংসে মখোঙ অনীমক্তা চেৎনা কিখিবনা।

মতম কুইনগী তুংদা ঙসিদি মহাক টিভিদা ঈশৈ শকপগী বার্ত্তন অমা ফংলে। মদু য়াম্না চাউবা ওল ইন্দিয়া দিদি কেগী ফাউন্দেসন দেগা মরী লৈননা পাঙথোকপা থৌরম্নি।

— মখোয়না য়ারবসু য়াদ্রবসু হন্দক্তি ঐ চত্তবা য়াদে।

মেমচানা ব্বারেপ লৌরকই। নুমিদাংদু মহাক্লা মহাক্কী ইমুংগী থবক পূম্নমক লোইশিঞ্জে অদুগা মপুরোইবগী নাক্তা চঙলকই।

— ঐগী কার্দ অমা থরকই ঐ থৌরমসিমদি তঙাই ফদনা য়াওনীংই। মপুরোইবদা কার্দ ঊৎলি।

— চৎলু অদুবু ইমাদা অমুক্তদি হায়য়ু।

— ইমানা য়াদ্রবদি চৎকনু হায়রিবরা?

— য়াদ্রবদি করম চৎকনি?

— অদু ওইরবদি ঐ হায়বা ঙন্নরোই।

— করিগীনো?

— ইমানা য়ারক্কনি থাজদে।

— করিগীনো নঙনা ইমাবু অদুক য়াম্না থাজদ্রিবা? শোয়দনা য়ারক্কনি। ঐ হায়গে। সে, চঙশিল্লকউ ব্রা অমা হায়গেবা।

মহাকপু মখুৎ পায়দুনা মনাক্তা চিংশিল্লি। করাম চাউবা মতৌদা মহাকপু চেৎনা কোন্সিল্লকই অদুগা হন্না হন্না চুপলকই। মহাক্কী সন্থুম চাউনা হোল্লকপা নুংশাশ্বরনা মহাক্কী মশাদা য়ৈরকপা মীৎকুপ্তা মেমচানা খল্লকই

— "মসিখক্কীরা নখোয়না ঐখোয়বু তাৎ তৌরিবসে ? থম্মোয়দি পীবা ঙমদবা, ঐখোয়গী থম্মোয়বুসু হাঙদোক্কুনা য়েংনীংদবা।" খঙহৌদনা মহাক কপ্লম্মী।

— কৈদৌরগে ঙাওরব্রো? করিগীনো কাপ্লিদুবো? সে তোকওবা ইমাখোয় তারনি।

— "নুমিৎচুপ্পগী ইমা ইমা। নঙগী থম্মোয়দা লৈরিবা ইমাগী মফমদু ঐনা মুনগে হায়বদি নত্তেদনা। ঐগীসু মফম খজিক্তং পীবিয়ু হায়বনি।" মহাক্না কপ্না কপ্না হায়রকই।

— সে তোকওবা অদুগী ওইরে। নঙনা নঙনি ইমানা ইমানি। অমগী মফম অমনা শিনবা য়াবা নত্তে।

অদুগা মহাকপু হেন্না হেন্না চেৎনা কোন্সিল্লকই। লাউখোংনা চেল্লকপা ঈপাম্বাগী তুরেলগী ঈচেলবু অশেংবা সমুদ্রনা চেকমোক লাউদনা য়োৎশিনখিবগুম মহাক্কী ঈখৌ লাংবা অদুনা মেমচাগী থম্মোয়গী নিংঙাই খুদিংবু য়োৎশিনগদবগী হোৎনরকই।

— ঐখোয়গী ইনম্মগী মখোন্দো নুংশিদ্রা ইমা? মশকসু অতৈদগী মানা ইহেন হেল্লি ফজবা। ঐখোয় ইনম্মসে ঈশৈদি হৈদি হৈবা জাৎনি। মাগী ঈশৈনা

সুক্মৎপগুম তৌই।

মেমচাগা মপুরোইবগা মাঙ্গোল দারী কাখৎলকপদা ফম্ফম কাদগী মচন্নুপী বীনানা হায়রকপা তায়। মখোয় অনীমক চপ মান্ননা খোঙথাং লকক তৌই।

— খণ্ডজদে খণ্ডজদে ঐখোয়, চাক্কুম থিবীনবা তৌরুরো য়ৌরক্লনি।

— ঐখোয় ইমাসে মমৌসে নুংদি নুংশিবা জাৎনিকো।

— "সুম চগৎ চগৎ ঙাঙদুনা লৈরেনে মীনা হায়বদি তাদে। ঈশিংগদু খর লুমখৎপীয়ুনে মখোঙ মখুৎ হামজনবা নুমিদাংসিদা ঈংবনা লোইরল্লনি।"

অদুগা হনুবীদু চাকশঙলোমদা চঙখিরম্মী।

তাং ১৬/১০/০৩

# য়েন্নীংথা অমুক লাকপদা

– হন্দক লাকপা ক্লার্কসিদি মমাংঙৈদা লৈরম্বশিংগা পূমখেন খেন্নে, পূংচম্লি। মশক্লা মশক ফজরিবা।

– "অনৌবা ওইদুনা তৌরিবনি মপোকথা লাল্লক্লবদি মমাংঙৈগীশিংদগী মানা থগায় অমা হেল্লকপসু খঙপোৎ নত্তে।" ওফিসকী কেম্পসতা ফম্লিবা শিংজুগী পোৎফমদুদা থারিবা ফাম্সাংদুদা পরিংদা শেম্বাং তোংবগুম তোংদুনা ওফিসকী ষ্টাফশিংদুনা শান্নরিবা ৱারীশিংদু তোম্বীমচানা শিংজু শোইনা শোইনা তায়।

– "ইবেম্মা নঙগী শিংজুদুবু লোইদ্রিবরা? লঞ্চ আৱার লোইরক্কদৌরে।" নুপী অমনা হংলকই।

– লোইরে লোইবে ইচে, লুপা কয়াগী তম্মকউগে?

– "তরাগী তম্মকউ, থোইদিং বেসোন নম্মল্লকউ। মোরোক খরা শারপ থাক্লকউ। কাংঙৌগা পাক্লমগা তরা অমা পীরকউ।"

তোম্বীমচানা প্লেট অনীদা শিংজুগা কাংঙৌ অমদি পাক্লমগা হাপ্পুনা পী।

– "হায়সু হায়বনি য়াম্না ফবা অঙাঙনি। মহাক লাকপদগী ঐখোয়গী তলব থীন্থবদু তৌদ্রে। জি.পিগী করিগী মঙোন্দা ৱাফম অমা হেক হায়রুবদা ফাইল থাংদোরক্কনি। অদুগা খুদক্তা লোইনবা হোৎনগনি। চা থক্লবা ক্না চানবা য়াংখে চাম্মা থাদবসু লৌ হায়বা সুকয়া য়াদে "অসিগুম্বসি তৌবগীদমক তলব চারিবনি" হেক্তা হায়। হৌজিক্কী মতমদা মখোয়গুম্বা মীসু থেংনরি, অঙকপনি।" শান্নরিবা ৱারীশিংদু ইতা তাদবগুম নুপী অমনা হায়রকই।

– অদুবু হায়বা, পাখং ওইদুনা তৌরিবনি। মতীক চানা নারেং থাংবা ঙম্বী অমা হেক থেংনখিবদা পুম্নমক হোংখ্রদৌবনি। অদুনা মহাক্কী নুপীদি ঐখোয়না থিবীবা তারে।

– নারেং থাংবা হৈতবী অমা থি-তারেনে অদুদি।

অদুগা নুপীশিংদু অমুক্তং য়া লাউনা নোক্লকই। তোম্বীমচাসু হাইফেৎ নোকই। মহাক্কীদি ময়ামগী ৱারীনা অৱা পোত্থাফম্লি। শিংজু পুখম অমা থনবদু ঙাইহক্তংদা স্বাই মাঙখ্রে। ঙাঙনা ঙাঙনা মখোয় অহুম্না তকশিনখিবদু তিল্লাইখোম্বীনা থম্না

চাবসি মণ্ডায়। মহাক্কী লুকমায়দা লুপা কুনচৎপী অমা থাদরম্মগা মরী মরী হৌগত্তুনা থোকখিবদা ঙায়রি নুপা খরসু চঙলক্তুনা ফাম্সাংদুদা ফম্লরে।

— ইবেম্মা চা মরি কাংঙৌ মরি।

— চা থক্ত্রিঙৈদা ঈশিংদু গ্লাস অমত্তা হান্না থকহৌগে।

তোম্বীমচানা ষ্টীলগী জগতু থাংগত্তুনা গ্লাস অমদা ঈশিং হৈরম্মী অদুগা চাগা কাংঙৌগা শেমদুনা পী।

— ইবুংঙো মোহেন, ঐখোয়গী ওফিসকীদি পোৎফমসিনা কেনতিনসু কৈসুনি। পোৎফমসিগী শিংজু অমুক্তং চাখ্রবা মীদুদি অতৈগী শিংজু চাবা য়াররোইদবনি। নত্রনে ইবেম্মা?

হেদক্লার্ক্কুনা তোম্বীমচাদা মমীৎ খৎলকই।

— কদায়দগীনো তাদনা পঙথা থাগৎপীরে পাঙনা শানবা হায়দুনি।

— "পঙহায় হায়বসু য়াবা নত্তে চারগা খঙবা হায়দুনি।" মোহেন্না হায়রকই

— ইবুংঙোসে মীনৌনি। ঐখোয় ওফিসতা বিল ক্লার্ক ওইনা লাকপনি থা অমা ফাবদা ঙায়রি মানা জোইন তৌরকপা, ঙসিদি ঐখোয়না পুথোকপীরক্লিবনি। ঐনা য়াম্না নুংশিবা, ওফিসারনা য়াবা অঙাংনি।

— "ঐসু তাজরে।" অদুগা মোহেন্দা হাইফেৎ য়েংলকই। মোহেন্না মাবু হান্না য়েংদুনা লৈরম্লে। মীৎকুপ্পুদা তোম্বীমচাগী থম্মোয়দা ফাওখি, "মতৌ অমদি লৈদনা।" মোহেনসু মীৎকুপ খরদং মীৎয়েংদুদা লম্মুক্রবগুম তৌরম্মী। হায়বগা তৌবগা মথঙগী নুমিত্তসু, অদুগী মথঙদসু মমান্নবা অমা নত্রগা অমগা লোয়ননা পোৎফমদুদা লাকপা হৈনরে। তোম্বীমচাগা কোইনবসু শাফরক্লে। মীৎ মীৎ য়েংনদুনা ৱারী শাবা ঙম্নরক্লে। পোৎফমওই হোটেল ওই তৌবা মফমসি নত্তনদি ময়ামগী ফম্ফমসু লৈতে

— নৌনা মরাইবক থীরবী অমনি। মহাক্কী নুপানা অতোম্বী অমা লৌদুনা লৈখ্রে। হন্না য়েংলক্ত্রে। মচা অপীকপা অনী অমসু মানা তেক তেক তাল্লগা হোৎনজরিবনি। মীঙোন্দা থোইনা কায়বা অঙাং নত্তে। অসিবু হুন্দোক্তুনা থম্বীরিবা অসিবু অঙকপা পুকচেলনি।

হেদক্লার্কনা মোহেন্দা ৱারী তৌই। তোম্বীমচাদি তাদে। ওফিসকী গেৎ ৱাংমদগী ঈশিং শোকপা চৎখি। হল্লক্লে। সনাবুল খ্বাঙদা য়েপ্পুনা ঈশিং পুরক্লিবী

শাবান অদু উহৈনা লূমথহল্লবী হৈপালগুম্মী। তনৌরিবী মাইথোঙদুনা নোংলীকনা য়ৈথৎপীখ্রবী গুলাবকুম অৱাবগী চৈথেং কয়াগী মমি তারি। নহানমখৈ থোইনবু খল্লুদে ঙসিদি মোহেনগী কনাগুম্বী অমত্তগী মমি তাদ্রিবা থম্মোয়না শক্তমদুবু হন্না হন্না য়েংনীংবগুম তৌরকই। অঙৌবা চেবাংদা ময়েক লাদবা পেন্সিলনা শক্তমদুবু হাইফেৎ খোৎচিনখিবগুম তৌরকই।

— চা অমত্তা থকচগে?

তোম্বীমচানা লৈরঙ মৈ কাপ্লিঙৈদা খোঞ্জেলসি তারকই। হন্না য়েংথোরকপদা নোকমি নোকমি লেপ্লম্বা মোহেনগী মীৎয়েংগা থেংগাইনখি।

— চানবা য়াওবীগদ্রা?

— বোরা খরগা পীবীরকও।

— ঙসিদি কনামত্তা লোয়নবীরক্রেনা?

— ঐগী মরূপশিং লাক্রে। ছুটি লোইনা লৌনখ্রে। হেদক্লার্কসু লুহোংবা অমা চৎকদবা লৈ হায়দুনা ঙন্তা চৎখ্রে।

তোম্বীমচানা চা বোরা পুথোক্কুনা পী। মোহেন্না থকপা হৌই।

— মেম্মীগী য়ূম কদায়দনো?

— ওফিসকী হেক মখাথংবদা লৈরিবা লম্পাক অসিগী ৱাংমদনি।

— চহী কয়া সুরবগে?

— কুনমরি।

— ঐনা চহী মরীদি হল্লে। ঐদি কুন্নিপাল সুরবনি। অঙাং কয়ানো ?

— অনীনি।

— কয়াম কয়াম চাউরবগে?

— অহন্দুনা ক্লাস ফোর, অতোনবদুনা ক্লাস টু।

মোহেন্না হংগে খনবা ৱাহং অমদি হংবা ঙমদনা অদুম হনখ্রে।

মথঙগী নুমিৎ ওফিস কারকপদা তোম্বীমচাগী পোৎফমদা হাইফেৎ য়েংশিল্লুই হৈনবী অমা ওইনা। মহাকপু হান্না ঙাইরম্বগুম ফম্লম্বদগী ফুক হৌগৎলকই, মোহেনবু খাম্লকই। মফমদুদা মহাক্না তোংলকপা বাইক্কু ষ্টার্ট মুখৎলে।

— ঙরাং ঐগী পোৎফমদা তামোগী আই কার্দ তাহৌরে।

মহাক্কী ঙসিগী মিংগৌ অসিনা মোহেনগী থম্মোয়দা ঈথক হৌহল্লকই।

কার্দতু লৌবদা খঙহৌদনা মখুৎ অনীদু শোক্লখি। মতম অমত্তদা অনীমক্কী থম্মোয়দা শকখঙদবা ঈচেল অমনা পাথোক্লা চেল্লকই। তঙাং তঙাংলবী তোম্বীমচাগী মাইথোঙদু মোহেন্না য়েংবগী পেনবা নাইদনা য়েংলকই।

মথঙগী নুমিত্তনি। তোম্বীমচানা ফি শেৎপা মতমদা ৱাখল তৌই। করি মচু শেৎসিগে খল্লী। মমৈথংদা অঙাঙবা কুরাও মপানগী ফনেক্তু পামজনা শেৎলকই। মোইরাং ফিজিন চনবা হংগাম্পান মচুগী ফি মতেক্তু ইল্লকই। মিংশেলদা মাঙ তুং য়েংদুনা মশক শেম্বা পান্নকই। কুইরে মহাক্না অসুম তৌখিদবা। থেংনে থেংনবা হেক্তা শেৎকন ইনগনবনি। মিংশেল মমাঙদা কুইনা মতম মাঙহন্দবনি। ঙসিদি কুইরবা চহী অহুমগী মতৃংদা তপ্লবা ঈচেল অমগী খোম্থাং নৌহৌনা তারকপগুম তৌরকই। কুইরে মহাক্কী মপুরোইবনা মহাকপু থাদোক্কুনা অতোপ্পা নুপী অমগী মকাদা য়ারেকখিবা। মহাক্কী থোৎলবা থম্মোয়বু মখুৎমক্তা থাঙ পায়দুনা নুংশি হৈতনা শিংকুপ শানা য়াম্থুৎপীরম্বা মীৎকুপ্পুদগী মহাক্কী থম্মোয়দা থাজবগী ময়োল পুম্নমক কংলুরবনি। তাইবংপালসিদা লৈরিবা নুপা হায়বা কাঙলুপ্তুবু মহাক্কী য়েক্লবনি হায়না খল্লক্কবীনি। অদুবু ঙসিদি থাজদনা মেঙলবা য়েন্নীং থাগী শৈশক অমনা মাগী কংশিল্লবা থম্মোয় লৈপালদা অনৌবা য়েন্নীং চোংহল্লরে। মহাক্কী মীৎমাঙদা মরাল লৈত্রবা মোহেনগী শেংলবা চন্নবা শক্তম্না কেকু লোৎপী শান্নররে। মোহেনগী থম্মোয়দনা মিনুংশিনি। লৌথুপ লৌকোই থাংদ্রবী, ইকাইথীজবী, নৌজরীবী অদুগী পুক্সিদা থেংনরিবা শোকফম অদুগীদমক নুংনাংবনি অদুগা নক্লবনি। মশামকসু খঙহৌদনা থম্মোয়গী চেবাঙদা তপ্পা তপ্পা তারক্লিবা মমি অসিনি। মোহেন্না ওফিসসিদা লৈরক্লিবা চহী অমা ফারে অদুবু মীশিংনা ঙক্লরিবদি মহাক্কী লমচৎ হোংদবা অসিনি। থম্মোয় শেংবগী মতৌদুনি। অপীকপা শিনফমদা লৈবা মহাক্কী মতৌবু ওফিসতুগী ওফিসারশিংনা কোক নোল্লিবা অদুনি। অচুম্বা অফবা হায়বসিদি অঙৌবা লৈনি। মীৎকুপ অমত্তং ওইরবসু থম্মোয়বু পেলহনবনি, মীৎপু ঈংহনবনি। অদুবু মসিদগী হেন্না ময়াম্মু ঙকহনবা অমদি তোম্বীমচাগী পোৎফম থোঙ লোনবা অসিনি। তারিবা পাউ অসিনি। ওফিসতুদা লৈবা মীপুম খুদিংমক মচি মচি ফমদুনা অরুবা ৱারী অমা শান্নবগুম তৌরি। মখোয় পুম্নমক্কী মাইথোঙদা অঙকপগী মমি তানরি। হেদ ক্লার্কনা হায়- "অনীমক চপ মান্নে। মান্নবা পোৎশক অনী নকশিন্ননা থল্লবদি অমত্তা ওইশিনখি।" হেদ ক্লার্কনা হায়রিবসে মীয়াম্নসু য়ানীংলম্মী।

অমরোমদা মোহেনগী মমানদি মশম মনা ফোয়দুনা মথবাক্তা খুত্তুম্না শুদুনা কপ্পী,

— ঐগী ইচাদো মাঙলেদো। ঐনা পোকচবদা মঙায়রে মৌ হল্লকপী অমনা ফাবীখ্রে।

মোহেন্না তোম্বীমচাবু পুদুনা ভারাগী য়ুম অমদা মচা অনীদুগা লৈরম্মী। চৎলমদাইদা মহাক্না মমাদা হায়রম্মী-

— ইমা, মহাক্কী মরাল লৈতে। মসিদা লানবা তারবসু ঐনি। ঐনা মাগী পুন্সিবু পাম্মুজরুরে। ইমানা নচাবু নুংশিরবদি মহাকপুসু নুংশিফম থোকই।

— নঙবুদি ইচানি করিগী নুংশিদনি অদুবু তুমল চাজেনবী অমা পুরকপা অসিদি য়াম্না চাউনা অরানবনি। ওক্তবী অসিনি অমুক হেন্না লাল্লিবদি। মীগী মচা পাখংনি হায়বা মহাক খঙদ্রা? থোঙ ঙাক্কনু। ইকাই খঙদবী অদো মরূ কোক্লগা সুনু য়াইঙং তৈরগা থাখিগে।

শাউনা চোংশিল্লকপা মমাবু মানা ঙাকথোকখি। তোম্বীমচানা লৈরিবা কাদুদা চঙহল্লমদে।

— মাসু মীওইবনি। মীগী পুন্সিবু হৈ-লৈগুম খনবদু ঐদি পামজদে। ঐনা লেপ্লিবা ফিরেপ অসি হোংলরোইদবনি। মী অমগী পুন্সিবু মীওইবা অমনা কনবদা করি কায়বগে?

— মা অমা কন্নবা হোৎনবদা নঙদি শিরগে ঐখোয় পুম্নমক শিরো অসিরা? তূমল ওইরবসু খর ফরে, মীগী মচা অনী অমসু য়োক্কদৌরিবা ! য়েনবীনা ঙানুমচা চেনবগুম চেন্দৌরিবা ! মীনা করি হায়নদোইনো? ঐখোয় মী মরক্তা হিংলিবনি। মীয়ামগী ৱা, চৎনবী হায়বা অমসু লৈরি।

মীয়ামগী ৱা, চৎনবী হায়বদু মফম মতমগী মতুং ইন্না হোংদোক হোংজিন তৌবা য়াই। ঐখোয় মীওইবনা শেমখিবনি ঐখোয়না শেমদোকপদা করি কায়বগে? মপানা মীরাইবীরবা নৌরিবা অঙাংশিংদুগী লাইবক্তু খনবীয়ু। থাংজিল্লুরবা খোঙথাং অসে পুন্সি চুপ্পগী ওইনা হন্দোক্লরোই।

হায়ফম তৌফম খঙদ্রবী মমানা মখোঙ মখুৎ শৎ তিংথোক্লুনা মচাবু ঙাওরে, মহৈ তৌদুনা ঙাওহনবীরে হায়দুনা ও খোংনা কপ্পা হৌরক্লে। মোহেন্না অরোয়বা ওইনা মমাদা হায়রম্মী

— ইমানা ঐবু নুংশিবীরিবা অদুগী মরিক খরদং মখোয়দা খাইবীবা ঙম্লবা মীৎকুপ অদুদা ঐখোয় অমুক ননাক্তা লাক্কে মতম খরা কদায়দনো লৈরুখিগে।

মমানা 'চৎপিখ্রো ঐগী ইচা শিখ্রে লৈত্রে' হায়দুনা কপ কপ্তুনা মাবু শিরাপ তৌহৌই।

তোম্বীমচানা ইমুংগী থবক পুম্নমক লোইশিল্লগা অথীৎপা ধুপতু চৈশিংদা পেক পেক্তুনা তৈবা হোৎনরি। থেঙলে, অহীংগী পুং তরানিথোই য়ৈখ্রে। তাইবং পূম্বা ঈচিক হুনখ্রে। মহাক্তি মোহেনগী ওফিসকী কেম্পসতা হোটেল তৌবসু ইকাইজৈ হায়দুনা তোল্লবনি। ধুব শারগা দুকান দুকান্দা কোয়না থারিবনি। মখোয়না ভারাদা লৈরল্লিবসি চহী অনী ফাজিল্লক্লে। থেঙজিল্লক্লবদুদদি মহাক্কী মচাশিংগী মনাক্তা চঙলক্তুনা হীপ্লরে। মচাশিংনা দবল বেদতা মকা লাম্না তূন্লি। নৌরিবা মখোয়গী মাইথোঙশিংনা তাইবংগী করিগুম্বা অমকপা মমি অমত্তনা খঞ্জিনবা ঙমদনা মঙলানগী লৈকোলদা চেন চোংনা শান্নরি। হৌজিক ফাওবা মোহেন হল্লক্ত্রি। করি তৌরজাৎনো ? মশাদু লৈতানা লৈবা ঙম্লমদে। মচাশিংগী মাইথোং য়েংনা য়েংনা হৌখ্রবা পুন্সিগী চেনা কয়া ফাক্কত্তুনা য়েংলুরি। মহাক্কী মপুরোইবনা মহাক্কী পুন্সিগী অঙনবা শরুক্তা কয়াদা নুংশি চান্না তৌরম্বা। ঙাইহাক্তং উদবদা চহী কয়া হৌখ্রবগুম কোইথী থিখিবা, মহাক অমদি মচাশিংগী নুংশিবদা ঙাওজখিবা। চথোক্লবা হঞ্জিল্লকপদা মহাক্কী মতৌবু য়েংনীংদুনা লোত্তুনা মহাক্লা লক্লখিবা, মকাদা ওইনজখিবা কয়া তামখ্রবা মঙলান অমদা থোকখিবা থৌদোক্নুম মহাক্লা লায়না নাথৈদুনা থন্লম্বা। মহাক প্রেসকী প্রোপ্রাইটরনি। নুপীগী মচাশিংগী করি থোনসিগে করি পীজসিগে খনবদা থবক চিল্লম্বা মহাক থেঙনা যুমদা হল্লকপা হৌরকখি। মরক মরক্তা য়ু ঙাওদুনা হল্লক্লগা প্রেসতা নৌনা লাকপী কম্পোজিতর অমগী মখুৎ চৎপা, মী খোনবা ব্রাঙাঙ শাঙাঙগী মরমদা থাগত্তুনা হেক হেক ঙাঙলৈ। অসিদা নত্তনা অয়ুক নুংথিলদগী হেন্দোক্তুনা অহীং ফাওবা হল্লক্তবা য়াওরকখি। হংলুরবসু খবর পুথোক্কদবা, জর্নেল পুথোক্কদবা লৈদুনা তৌরিবনি থবক চিল্লি হেক্তা খুম্লকই। চমজরবী মাগী থম্মোয়দা অমকপা লৈচীলনা খঞ্জিনবা হৌরকই। মহাক্কী পুন্সিবুসু খঞ্জিন্নবা শেম শারকই। নুমিৎ নিনি হুম্নি মনাক্তা হল্লক্ত্রবদা মহাক্লা য়েংবা চৎলুই। মহাক্কী প্রেসতু বাজারগী গলি অমদনি। অমম্বা কা অদুদা কম্পোজিটর

অদুগা মবান্নিদং লৈরম্মী। ওবসিন বুক অমা নুপীদুনা কম্পোজ তৌরম্মী। মখোয় অনীগী শেংলবা লূরবা ঈচেলদা খূৎ অদুনা নৈখায়গদবগী শেম শারিবা অদু উনা উনা মহাক্না করিসু হায়জবা ঙমদনা মপুরোইবগী অয়াকপা মীচৈ তাদুনা ময়ুমদা হল্লকপা তারম্মী। থৌদোক অসিগী মতুং ইকুই কুইদনা মহাক্কী মপুরোইবনা মহাকপু থাদোক্কুনা চৎখি। মহাক্কী পুক্সিনা লৈকংলাগুম ঈখৌ লাংনা লেপ্লকখি। নুংশি হৈত্রবা খুৎশা অমনা খাঙতপ্তা ককথৎপীখ্রবা, নৈহৎপীখ্রবা থম্মোয় লৈপান্দা য়েন্নীংথাগী অনৌবা য়েন্নীং ওইনা মোহেন লাকখি। মসিগী মতুংদা করি অমুক ওইরক্কনি ? তমথীরবা খুৎশা অমনা য়েন্নীং অসিবুসু অমুক ককথৎপিখ্রবদি! খল্লুবদা নুংশা মপী অমা খঙহৌদনা হোন্দোকখি।

থোঙদা কাক কাক থীল্লকই। মহাক্না থোঙ হাংদোকই। মোহেন লাক্লে। করিগীনো অসুক থেঙনা হল্লক্লিবা হায়না হংগদবা ফাওবা মিপাইখিবনা হংবা ঙম্লমদে।

– “নহাক নুংশা থীবা? ঙসি ঐ খরা থেঙখ্রে।” খঙহৌদনা তোম্বীমচানা অঙাংমচাগুম মোহেনগী মথবাক্তা মমায় উপশিন্দুনা হীক হীক কপ্লকই। মোহেন্না নিংঙাইদু খঙলকই।

– ঙসিদি নুংঙাইবা পাউ পুরকইসে, কপ্লনু, ৱাখল নুংঙাইনা লৈগদবা মতম্নি। অঙাঙ মশা ফনবা, মশক ফজনবা। ইমানা ঐখোয়বু হয়েংমক লৌবা লাক্লনি হায়হৌই। নশাগা লুম্বগা ভারাদা লৈবা মতম নত্তেসু হায়রকই।

মহাক্কী মশম নাম্বুবীরদুনা মোহেন্না পাউ তম্মী।

– ঐবুদি খরবু ফরি ইচাশিংসিবু ইমানা লৌশিনবীনিংগদ্রা?

ফিজিনা মপি তৈথোক তৈথোক্কুনা মহাক্না হংলকই।

- থাজদবা তৌগনু নুংশিবা হায়বসিগা নক্লবা পোৎ খুদিংমক্কী মমল লৈবনি। অদুগা মহাক্না তোম্বীমচাবু চেৎনা কোনবীরকই।

তাং ৩/৪/০৪

# চ্যেকপলনুংদা

– হল্লো
– উরিপোক্তগী হায়বা?
– কনা পাম্বগে?
– ও ও ঐগী মিংলো সনাজাউবা।
– ঐ হৌজিক দি.এম. কলেজদা ফিজিক্স্য ওনর্স তল্লি।
– লৈফম্বুরো? থাংমৈবন্দ।
– ঐগী ববা পি.দব্লীয়ু.দিগী হেদক্লার্কনি। ইমানা ওজানি।
– অদো নহাক্কী মিংদি?
– সোনিয়া হায়বা? চহিসি ঐখোয়গী লোনগা নত্রো কুন, কুনমাথোই?
– য়াইয়ে তিন্নসি নখোয়গী ইমা ববা অতৈ অতৈ অকুপ্পা মরোলদি?
– কোন্না হায়গে হায়বা?
– হোয় হোয় টেলিফোন নম্বরসু কোন্না হায়গে হায়বা?
– য়াইয়ে অদো ঐদি নুমিদাংৱাইরম যুমদা লৈগন্দে তাল্লক্তা অসিগুম্বা মতমদা তৌবিরকউ ওকে থল্লগে।

ইঙক ঙকই পুন্সিদা মঙদা ফাওবা মঙখিদ্রিবা থৌদোকসু হেক হেক থোকই হায়বদু ঐঙোন্দসু থোক্লরে। ঐগী চহী লোনগাগী লৈশাবী অমনা ঐঙোন্দা ফোন তৌরক্লি। মানা ঐবু করিগুম্বা মীৎকুপ্তা উখ্রবজাৎলা ঐগী মরমদা তাখ্রবজাৎলা? মানা ঐবু মাগী মরূপ ওইবা পাম্মী হায়রক্লি। মহাক্কী মমিংদুবু, সোনিয়া। উরিপোক্তগী। ইহে, যূম্নাক্তি হংহৌদ্রেদনা ঐদি। খোঞ্জেলদু য়াম্না নুংশি। তঈং তঈংবী রাশি লৈবী মুদং তৌবীকা ওইরমদৌবা মাল্লি। ঐদি কুচু ঙৌবী কয়া পামদে। মমীৎ নুংশিবী, চীনবান পীক্লা মরোল লোনবী, নাতোন তুমতক তৌবী, য়াতা ফজবীনি ঐনা পামজবদি। মহাকপু করম তৌরমদোইজাৎনো? খোঞ্জেলদু খোয়থুম্নবা অমা যাওই তখৎ তখৎপীসু মান্দে। কদায়দনো অমা চীংলেম্বগী মমিসু তারি। মশা পারপ তোংগাননা ৱাংঙমদৌবা শাবানসু মাল্লি অদুবু শেংনা তাক্লক্তে মহাক কনানো কনাগী মচা মশূনো? করম্বা ক্লাসতা করি কলেজদা তল্লি। মসিননি ঐবু

হেন্না লাঙতক্লহল্লিবা। নুমিৎ চুপ্পদুমা ঐবু ঊংজা পুহল্লে। মাঙদা লাইরিক ফাকতোক্তুনা লৈরি। ঐনা লৈরিবসি ঐগী রিদিং রুমদনি। ইমানা হরাওনা কোফি পুশিনবীরকই। মমা ওইবীনা হরাওজবদি মচানা লাইরিক ফাক্তোক্তুনা থল্লায় য়াওনা পাবনি। - "ফাইনেল নকশিল্লকবনিনা কোয় লংবা তৌরনু ওনর্স ফংনবা কন্না পারো।" অদুগা তনচৎ চৎখিদুনা লফোয়গা বদাম অতাওবগসু প্লেত অমমমদা হাপ্তুনা পুরক্লগা ঐগী নাক্তা থম্বীরম্মী। অদুগা মাইথোং মকা লাম্না ঐগী নাক্তগী থোকখ্রে। বদাম মরূশিংদু মকু খূবীগা খূদোম্বীগনা নোই নোইদুনা খোল্লগা য়াদা মরূ অমমমতং তপ্না তপ্না হুক্তুনা চাবা হৌরে মহাউদি অমত্তসু খঙদ্রে। লফোয়দু মকৃ খোক্তুনা চারে অদুসু অদুমঙায় কোফি থাংগত্তুনা থক্লুই অদুসু অদুমক মহাও অমত্তসু খঙদ্রে। করম্বা মতমদা লোইখিবনো খঙহৌদনা লোইখ্রে। লাইরিক্তা পূক্লিং চঙনবা হোৎনৈ অদুসু কান্নদ্রে। ঐগী নাকোংদা খোঞ্জেল সিতমক তাদুনা লৈরে "সোনিয়া" "সোনিয়া" "নঙবু ঐগী মরূপ ওইবা পামজৈ।" "করম্বা মরূপনো, লম্বী লমখায় অমগী মরূপ্না নত্রগা পুন্সিগী মরূপ্না নঙনা পাল্লিবসে ?" মহাক্কা মীৎচান্ননা ব্লাহংসি ঐনা হংবা পাল্লি। পুন্সিদা নুপী কয়া থেংনখ্রে। খোয়দারুবসু য়াওখ্রে অদুবু অসুক শক্তি লৈখিদ্রি। খোঞ্জেলসিগুম মতীং লৈবী য়াওখিদে। আরবকী অহীং লীশিং অমগা অমগী ব্লারীগুম অঙকপা থৌদোক ব্লাথোক্তনা থনব্রা পুন্সিসে? নহা ওইবগী তাংককসে? মাঙদা হাংদোক্তুনা লৈরিবা লাইরিক্তুগী ময়েকশিংদু অমত্তা উখিদ্রে ইহাও হাঙবা সুন্তরং ওইরে। কাইনথংদা চৌক্রিগী নমঙাদা ঙাথদুনা মীৎ চেৎনা উইশিন্দুনা মঙলান্দা পাইরিবা তন্দন ময়াম ফানবা হোৎনরুই অপীকপা অঙাংশিংনা তৌবগুম।

– "ব্লারবা? তোকও তোকও ঙাইহক পোত্থারো। পোত্থাবা হায়বসিসু য়াম্না মরু ওইবনি।" ইমাগী খোঞ্জেল তাবসিদা ঐহাকপু মঙফাওনহল্লি। ইথন্তা নোক্লীংবা পোকই। কয়াদা ফাক চৎনরিবা ইমাগা ঐগা! হোয় মাই হায়দনা ফুক হৌগত্তুনা শড়ক্লোমদা থোরক্লে। ঐগা লুনা তিন্নজবা শরতকী য়ূমদনি ঐনা লাক্লিবসে। পাউশিংদু তম্নীংবনা লৈতাহল্লমদে।

– হল্লো

– চাকপুরো চারে। সোইবুমগা ঙাক্রাগা থোংএ নখোয়গীদি?

– পোরোম থোংবা? কনানা থোংবগে?

— নঙনা থোংবা য়াম্না হাউরমগানি।

— নোংমা পীজগে হায়বা নোংমদু কৈদৌঙৈনো?

মহাক নোক্লকই, মীনোক্তুসু ওম্থোক্লা সুক্নৎলি নুংশিরবা জন্তুগী খোঞ্জেল অমনা তৌবগুম খোয়রাংহল্লি।

— কৈদৌঙৈনো নঙনা ঐগী মাঙদা লেপ্লগদৌরিবা?

— ঐগী কুচু ঙৌই ইশা ফৈ। কয়াম ফরিনো খঙদে মীনা ফৈ হায়নৈ নঙসু উরগা শোয়দনা খঙলনি। শক্তি থীরিরা ফজরিরা খঙদেদা।

— হায়জিন্ননু নঙদি য়াম্না ফজবীনি ঐগী থম্মোয়না হায়রি। ঐগী রিদিং রূমসিদা গন্নাদা অঙাঙবা গুলাব অমা পোমশাৎনরক্লে সুপ্নগী অমখক্তনি। মসিবু ঐনা নঙমক্লি হায়না খঞ্জরি।

— ভাবনা শাবগী ব্রানি। লৈনা লৈনি মীনা মীনি। নঙবু উবা ফংজদবগী লৈসি ওইনা য়েংদুনা নঙগী শক্তম্বু শাগৎলি হায়বনি।

— অদু হায়রো কৈদৌঙৈনো নঙগী নশক ঐঙোন্দা উহনগদৌরিবা?

— কোন্না হায়গে কোন্না হায়গে। কয়া কুইরে ঐখোয় অনীনা টেলিফোন্দা খঙনরক্লিবসে। ঙসিদি য়াররোই নঙগী টেলিফোন নম্বর ঐঙোন্দা খঙহল্লু মদুতংদি প্লিজ, সোনিয়া। নঙসে ইচম চম্বী নুপীমচা অমা নত্তে।

— টুটুথ্রিএইটএইটফোরফোর। নঙ ঐ শক শক উন্নগদবা মতম অদো শোয়দনা লাক্লগনি। মতম অদু নকশিল্লক্লে। ওকে, গুদ নাইট, স্বীটড্রিম।

মতম অসুম হৌখি। ওলাংথা অমদগী ওলাংথা অমা য়ৌশিল্লক্লে। মতমগী খোঙচৎপু কনানা থিংগনি। ঐহাক মণিপুর য়ুনিভসিটিদা এম.এসসি ফিজিক্স্য তম্বা হৌরে। ঐদি নহা ওইরবসু ইমান্নবদগী খরা তোপ্পা হৌরকই। ইমান্নবশিংনা, ঐগী চহী লোনগাগী পাখংশিংনা তৌবগুম ইমাদা গারী লৈবীয়ু হায়না নিংঙাই তৌখিবা লৈতে। কলেজ কাবগীদমক্তদি অরুবা ব্রাফমসু ওইখিদে য়ূমদগী নকপনিনা। ট্যুসনসু ঐখোয়গী লৈকায়দা তমখি। ঐ কাহেন্না ফবা মহৈরোই অমদি ওইরকখিদে। চৎনবা য়ানা ফবা, ওজানা লুনা তৌবা মীশক অমা ওইনদি হৌরকখি।

— সোনিয়া, ঐনে করি এক্সাং থোংবগে চাক চারবো?

— সোইবুমগা ঙাক্রাগা থোংই হায়বা?

— ঐ ঙসি নখোয়দা চাক চাবা লাক্তবা য়াররোই ঐ হৌজিকমক লাক্লনি। নঙ

নীংশিংলিব্রা নঙনা ঐঙোন্দা টেলিফোন অহানবাদা তৌরকখিবা নুমিত্তো নীংশিংলি ঐদি। ঐনা নঙোন্দগী হেল্লে সেনসিটিব ওইবা অদুগা ঐনা নঙবু নুংশিজবনসু হেল্লে।

— অদুবুদি ঐবু উরগা নঙসু শোয়দনা খঙগনি। নখোয়গী ববাদি অন্দর সেক্রেটরিনি। ঐগী ববাদি ইচম চম্বা হেদ ক্লার্ক অমনি। অদুনা ঐগী শাগৎচরুবা আশাশিংসে নীংখায়রগদ্রা মিপাইবা পোক্লে। ঐখোয় অনী থাক য়াম্না খেন্নে।

— হোয় থম্মোয় থম্মোয়দবুদি লৈ। নুংশিবা হায়বসি থম্মোয়গী ওইবা পোৎনি। অদুবু ঐখোয়না হিংলিবসিদি মেটরিএল ৱার্লদনি। থম্মোয়গী পোৎশিংনা চ্যেক্কুপ উফূল তানা মাঙহল্লকপা ঐখোয়না ঙসিদি তোয়না থেংনরি।

— হোয় ঐ অমা ওইরমদবা য়াই নঙ অমা ওইরমদবা য়াই। নখোয়গী অহল অমন, কৈরোয় লৈকায়গী মীশিংগী ৱা হায়বা অমসু লৈ। ইজ্জৎ হায়নরিবসে।

— মতাংসিদা ঐগী মত হায়রবদি অৱাংবগা অৱাংবগা অনেম্বগা অনেম্বগা মদুনা থম্মোয়গী অঙ্গংবদি ফংনরি। থোং মান্নদবা অনী পুন্সিগী অতোঙ অকুৎ লম্বী চৎপদা নুংঙাইবা হৌনদে।

নুমিত্তু মহাক্কী হৈনীংবা খূদিং মাঙখ্রবগুমই। খঙহৌদনা তরু তরুবী অতিয়াদা ফুইরবা নোংদুমশিংনা খুমখিবগুম্মী। মা ঐ কুইনা টেলিফোন্দা ৱাবী শান্নখি। মাগী খোঞ্জেল ঐনা চীনফা পুরে ঐনা মীৎ উইশিল্লিঙৈ মানা মাঙদা লেপ্পরবসু খোঞ্জেলদুদা অদুমক খঙবা ঙম্লনি ঐগী সোনিয়ানি হায়বা। নুমিত্তু মহাক্না টেলিফোন থম্লগেদং হায়রগা তপ্না থমখ্রে। হংনীংবা হায়নীংবা কয়া হায়হৌদবগী খোয়রাংবা মথক্তা অনেম অৱাং থাক্কী ৱাখলনা মহাক্কী থম্মোয়দা লোয়রং শীংখোং ওইখ্রবরা খল্লক্লে। ইথন্ত ইকাইজবা পোক্লক্লে করিগীদমক থীক নেম্বনা থা লাম্লুবা। পম্থুংফম তান্না চেন্থমিন্নগনি খল্লুবা অকনবা ঈচেলগী শাফু থৈদোকখ্রবরা ? নুমিৎনা তরং তরং ঙাল্লি অতিয়াদদি অদুবু ঐদি উরি ৱাউরিবা ময়াম্না য়োমশীল্লদুনা নুমিত্তু হৌখ্রে। মথংগী নুমিত্তা ঙাইঙমদনা অমুক টেলিফোন পায়খৎলুই অদুবু মহাক্কী খোঞ্জেলদি তাবা ফংদে। ঐগী খোঞ্জেলনা কাদু খোম্থাং য়ৈরমগনি, সোনিয়া, সোনিয়া। অসুম্না মথংগী নুমিত্তসু মদুগী মথংদসু নুমিৎ মঙানি হৌখিরম্মী ঐঙোন্দদি চহী মঙাগী মতম্নি। ইথন্তমক নুংনাংজরুই করিগীদমক ঐগী অশেংবা ফীভম হায়দোক্লুরিবা। অৱাং অনেমগী চোই চাং ওন্নরবা মতমসিদা

খোয়দাজবী মহাকপু পান্বে অমা নত্রগা অমা তৌদুনা ইখুৎ চন্নবা হোৎনহৌদ্রিবা করিগীনো? ঐখোয় অনীগী মরীসি খঙলক্তুনা মপানা মহাকপু কদায় কদায়দনো লাপ্না থাদোকখ্রবজাৎলা? মরূপ শরতকা খন্নরবা মতুংদা মখোয়দা চৎপা হায়না লেপ্নরম্মী। ঐনা ফি শেত্তুনা থোঙগাল্লোমদা থোকখিবদা পোষ্টমেন অমনা থারক্লিবা মীগী এদ্রেস থাদবা চিঠি অমা পীরম্মী। ঐনা কাদা হঞ্জিন্দুনা লাঙতক্লনা পারুই। য়াম্না চোকশিন্না মশা তাশিন্না ইবা তম্ফা থিনবগুম ফজবা খুৎইশিংদু মথং মথং ওইনা পারুরি-

মরূপ,

পুন্সি হায়বসে অওইবা অমদি ওইদবা, নমথক কয়ানা পুন্সিন্দুনা শেম্বনি হায়বা ঙসিতমক খঙলক্লি, মসিগী চৈনাসু ফাওরক্লি। অদুবু চৈনা অসে মরাল লৈজদবা ইচম চমজবা অমদদি ফাওহঞ্জনীংদে। অদুনা ঐনা ইশা পুম্নমকপু কুপশিন্দুনা থল্লিবা ওইদবগী ফীজংশিংসে হাইদোক্তুনা মরূপকী মফমদা অশেংবা ঐগী শক্তমদু খঙলবা মতুংদা নহাক্লা ঐবু তিনশীৎনবা অদুনা লঙজরুবা ইরালগী চৈরাক ওইরসনু। ঐহাক তাইবংপাল অসিদা হিংলিবী লাইবক থীবা পুম্নমক্তগীসু হেন্না থীরবী, কনাগুম্বা য়ুম্বুরেন অমগী মখাদা ইমুংগী থবক শূদুনা হিংনবা হোৎবিবী অমখক্লি। ঐগী য়ূমদি লাপ্লবা খুঙ্গং অমদগীনি। ঐগী ইমা লৈখিদ্রে। ফীভম শোইনাইরবা ঐগী ববাগা ইপ্বানুপা চহী তরাগী নুপামচা অমগতা মঙায়হৌরে ঐগীনি হায়দুনা লৈহৌরিবা। ঐনা ইমুংসিদা থবক শূদুনা ফংলকপা শেনফম্না মখোয় অনীগী পুন্সি হিংনরি। ঐনা শীজিন্নরিবা সোনিয়া হায়বা মিংসিদি য়ূম্বুসিগী মচানুপীগীনি। মহাক দেল্লীদা এম.বি.বি.এস তল্লি। ঐগী অশেংবা মিংদি নঙোন্দা হায়দোকপা ঙমদ্রে। মরাইবক থীরবা মিং অসিদা ইসুং ইমান্নবা কনানা তিনশীৎনবিবা, পাউথোকপীখিবদুমক্তি ঐহাক্কী অপাম্বা নৎত্রে। সোনিয়াগা ঐগা চহী লোনগনি। মসিমত্তং নহাক্লা খঙবীয়ু। অদুগা মসিমত্তংগা খঙবীয়ু ইনখৎলকপা মতমগী হৈখা মপাল মালহৈ মপালগী ঈথক্লা কুপশিল্লবা, থম্মোয় মরাং হৌহল্লবা পুন্সিগী মীৎকুপ অসিদা ঐদি হিংবগী কম্থা কল্লেংনরবা চোকপলনুংদা ইদোম তরক লেল্লিবীনি। য়ূম্বুসি মহৈমশিং হৈবগী মতিক পুকচেলসু চাউই। মহাক্লা ঐবু ইমুংগী কুপনোমশিংগী মরক্তা লাইরিক লাইশু তম্মন্দুনা ঙসিদি ঐহাক বি:এ গী মহৈরোই অমা ওইরি। হিংবগী কৈশুমশঙগুম্লবা চোকপল থ্বাংমা লান্না মীৎকুপ

খরদং লমগী চেক্লাগুম তুফাং খপ্পা পাইনীংবা মীৎকুপসু লাকই অদুনা ঐগী অহাঙবা মতমদা শক খঙদবা লন্নানবা অমগী মফমদা টেলিফোন্দা ৱারী শান্নবা পামখি। অসুম্না নঙগা থেংনখি। মথোঙ চাদ্রবা ঐগী পুন্সিনা নফমদা মতম খব য়েৎলম্বগীদমক ঐবু ঙাকপীরোইদ্রা ?

নহাক্কী,

সোনিয়া

চিঠিসি পারুবদা খোয়রাং খোয়শাউবা, অঙকপা অমদি পৃক্লিং নুংশিবনা মতম অমত্তদা ঐবু লান্দারক্লম্মী অদুবু ঐগী থম্মোয়দা খারম্বা মা অমদি ঐগী অনেম অৱাংগী পলদুমদি মথন্তা কিন্থখ্রমাল্লে। থম্মোয়দা তাখ্রবা মমিবু লাযনা হেক্তমক মৃথৎপদি হৌনব্রা ? মসিমদি মহাক্লা খঙখিদ্রমাল্লে। মহাক্কী পুন্সি ৱারীনা কল্লবা শামু থৌরী ওইদুনা ঐগী থৱায় হকচাংবু লেঙ ওৎপা ঙমদনা পুন্সিল্লক্লম্মী। মহাক্কী মশক উনীংবনা ঙাওরম্মী। চিঠিদু ফৃরিৎখাউদা হাপচিল্লগা মরূপ শবতকী য়ূমদা চৎলর্ম্মী।

শরতকা ঐখোয়নিনা চঙলিবা য়ূমদু ৱাং চাউরবা, অউবশিংগী মীৎযেং চিংশিল্লিবা অন্দর সেক্রেক্টবী বিনয়গী য়ূম্নি। থোঙজিন্দা থেৎলিবা কোল্লিং বেলদু নম্বদা ঐগী খুৎ নীক্লম্মী। থম্মোযগী মিহুন মখোন থোক্লা চোংলক্লম্মী। থোঙ হাংদোবক্লে। শজিবুগী কোকচিন্দা পোমশাৎনরকপী লম্ফেল পাৎকী কোম্বীরৈগবু চাংদম্নসিরা নৎত্রগা ঈয়াইগী থরোগবু চংদম্নসিরা? মহাক কুচু ঙৌবীদি নত্তে।

- 'সোনিয়া।' খঙহৌদনা ঐগী চীন্দগী শোন্দোকখি।

রাশিনা চবোং চূল্লবী মীনোক্তুনা হায়রি মহাক ঐগী সোনিয়ানি। মহাক্লা শবতকা ঐখোয় অনীবু দ্রোইং রুমদা ফম্ফাল্লম্মী। মখুৎনা কোফি শেমদুনা পুথোরক্লম্মী। ঐনা কাদু কোয়না য়েংলম্মী চাউরবা দ্রোইং রুমদু উবদা খঙলে মহাক্লা মথন্ত য়ূমদুদা করম্না মতম লেল্লমগদগে হায়বা। চাউরবা য়ূমদুগী কাশিংনা মরোল লোন দুনা মহাকপু চৈনা পীরমগদবদুসু খল্লক্লি।

- নহাক্কী অশেংবা মিংদুতবু খঙজরবদি ঐগী নুপা ওইবা মপোক মহৈ য়াল্লে খঞ্জরগে।

- অচুম্বা?

- অচুম্বনি।

- থবা।
- থবাদি সুপ্লগী ঐগী থম্মোয় অতিয়াদতা ঙানগদবনি।

ঈংলবী মীৎস্না অনীনা ঐবু নুংশিনা য়েংলকই। লোয়ননা পুক্লিং নুংশিবা অমসুং ওইনবগী পিরিকশিংনা মীৎকুপ্তুদা মচা তারবা শোঙলবা পাশিংগী পল নমখায়গদবগী তেমশীংলিবদুসু ঐনা উরকই।

২৩/১০/০৪

# অশিবগী পাউজেল

" দং দং দং দং"

হন্না হন্না থীল্লকপা খোঞ্জেলশিনা ঐবু মীৎকপ থোকহল্লি। ঈচিক হুল্লবা অহীংসিদা কনানো থোঙ্গালদা থীল্লক্লিবসে ? পাখৎপনা মিহুন চেনগুম চেনগনৈ। থোঙদা থীল্লিবা মখোন্দুগা কনানা হেনবগে মতাগুম থম্মোয়গী মিহুন্না কন্না কন্না দং দং চোংখৎলকই। ৱারী কয়া কয়ারক হন্না তাখ্রে থোঙদা হন্না হন্না থীল্লকপগী, সিফাইশিংনা ওৎনৈরম্বগী, নুপীগী ইজ্জৎ মাঙহল্লম্বগী, কনাগী ফীজিগী লন ওইরীবা ইনখৎলক্লিবা মচাবু ফাদুনা পুখ্রগা লমখাঙদা নোংমৈনা কাপ্তুনা লংথোক্লম্বগী, কনাগুম্বগী থম্মোয়গী লন ওইজরিবা মপুরোইববু মমাঙমক্তদা মওং থীনা ওৎ নৈবীরম্বগী। লৈবাকসিগী য়ুমথোঙ খূদিংমক্কী থোঙ্গালশিংদা নত্রগা য়ুমগী থোঙশিংদা অহীং ঈচিক হুল্লকপদা থীল্লকপগী মখোন্না নিল্লক্লিবা কুইরে। খোঞ্জেলশিংসিগী খোম্বাংনা চীংলোন মাপল লাম্থোক্তুনা সমুদ্র ঈৱাংমা লান্না পাইখিদুনা মালেমগী লৈমায়থক্তা নিনখ্রে। মীৎ জোরা কোটি কোটিনা লমদমসিদা ওনসিন্নরক্লে। পীক্লা রাশি লৈরবী চীংলৈপক্কী উথম্বালগুম্লবী ইরমদমসিগী লৈমায়থক মোংফমগী মৈশানা থল্লক্লে। তমথীরবা কল্লক চাউরবা হীয়াঙ অথৌবগী খূৎশিংনা মমল য়াম্লবা হীরাশিংবু মোংফমগী অকায়বা চফু মচেৎকুম চন্নফম খঙহন্দনা মাঙহন্নবা তেমশীংলক্লিবা কুইরক্লে। দাইনোসরনা মালেমগী লৈমায়দগী মূৎখিবগুম হক্লবা খোঙ্গুলশিংসি লৈমায়সিদগী মূৎখ্রগদ্রা ?

– "থোঙ কন্না কন্না থীল্লক্লিবসি তারব্র?" ঐনা ঐগী নুপাদা হংই। মহাক্না খুম্বা নংদ্রিঙৈ ঐনা অমুক নোৎশিল্লি "সিফাই ওইরমাল্লে। মৈদু মূখৎপনা ফত্রা?" ঐনা ঐগী মোবাইল ফোন হাংদোক্তুনা পূংশিং য়েংই·নোংঙাল্লমদাই পূং অনী তাখ্রে। তাইবঙ অপুম্বা অমম্বগী ফীজংনা মতীক মথৌনা পুথোক্তুনা কূপশিল্লক্লি। মৈসু লাক্তে। ঐগী নুপাদি মহৌশাগী মহৌশা মোম্বত্তী চুখত্তুনা লাইরি ইবা পাবা তৌরি। ঐনা ফমুংদা লৈরি।

– মৈদুবু মূখৎপনা ফত্রা? মানা কৈসু খুল্লক্তবদুদা ঐনা অমুক্কসু হায়। মমাঙগী য়ুমদগী হূইশিংনা 'য়ৌ য়ৌ' খোংলমপগী খোঞ্জেলগা 'দং দং' লেপ্তুনা থোংগালগী

জীংঘদা থীল্লকপগী মখোলগনা অচীকপদা লান্দারকই। মমাঙৌদা অসিগুম্বা মতমদা অমুকসু থোঙ থীল্লকখ্রে। রাশি মচেৎ অমত্তা য়াওদ্রবা কম্থা কল্লেংনরবা খোঞ্জেলশিংদুনা ঐখোয়বু হৌদোকখ্রে। মদু মখোয়না পাম্বা শিকায়গী শা অমা তান্নরকপনি। নুমিত্তুদি ঐখোয় মখোয়গা মায়য়োক্লখিদে। চোক মোক লাউদনা ইমুংদা মৈ মূত্থত্তুনা নুংশা শ্বর পীক্লা হোন্দুনা লৈখি। য়ূম পূনবা কা থংনবা ইতৈখোয়দি শো লোল্লম্নগা ইচেগী মপামদা লৈখিবা নুমিৎনি। সিফাইশিংদু য়েন্নখা য়েংখুন থুংনা চৎলম্লগা য়ুনম নম্বা নুংশা শ্বরশিংদু চাইখাইরম্লগা "মী লৈতে" হায়না তকশি শোন্দুনা চৎখি।

হন্দক্তি ঐনা হায়বদু তারমাল্লে মহাক্লা মৈ মূত্থৎখ্রে। থোঙনাউগী অকায়বা মিংশেল মখূন্দা য়েংলুরগা হায়রকই - মী লৈতবা য়াওমাল্লে। থোঙ্গালসু হাংদোকখ্রমাল্লে শূমাং মতোন্দগী লাউরকপা তারে।

– "মী লৈত্রে মী লৈত্রে সোরাইশমগী মনি লৈত্রে।" অশিবগী পাউ পুবা পাখংদুগী খোঞ্জেলনি। অসিতদা ঐখোয় শ্বর চনীং তানা হোন্নরকই। মহাকসু মৈ অমুক থানগত্তুনা লাইরিক পানীংবগী মুদ মাঙখ্রমাল্লে ফমুংদা অমুক চঙলক্লে। অয়ুক অঙনবদা অশিবগী মথৌ মঙম পাঙথোকপা য়াওরুদৌরিবনি। থৌনা ফনবা পাখঙ অদুদি য়ূমথোঙ খূদিং চঙদুনা অশিবগী পাউজেল লাউবা তারি। অহীং য়াথোক্লিবা অথৌবা হূইশিংনা মঙোন্দা চোংশিন্দুনা ময়া খিগত্তুনা খোংবগী খোঞ্জেলনা অচীকপা অহীংসি পূম্নিল নিল্লি।




তাং ২১/০২/০৭

## অইবীগী ফোঙখ্রবা লাইরিকশিং ঃ

১। শিঙ্গারেগী লৈকাদা (নোভেল) ১৯৮৩।

২। লোইনাইদ্রবা থবায়গী ঈশে (শৈরেং) ১৯৮৮।

৩। উজোল অমদি উচেকশিং (শৈরেং) ১৯৯১।

৪। শংবায়বা অতিয়াগী ঈপাক্তা (শৈরেং) ১৯৯৫।

(খাইদেম প্রমোদিনী গোল্ড মেদল ১৯৯৮, ফংলবা)

৫। মৈরী (উপন্যাস) ২০০৩।

(মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমী এবার্দ ২০০৫, ফংলবা)

৬। লৈকংলা (উপন্যাস) ২০০৬